ঝাটে ঝামে

# মীনা মীদা



এনঃ প্রেমকুমার

ঝাঐ ঝাঋ

# মীনা মীদা



এনঃ প্রেমকুমার

# য়াওফম তাকপা



লাইরিক্কী মমিং - মীনা মীদা

মথল - ৱারী মচাশিং (পুন্সিনবা)

অইবা - নোংথোম্বম প্রেমকুমার

ফোংজবা - নোংথোম্বম প্রেমানন্দা



মখুম য়েকপা - বুধি আর্ট, খুরাই লমলোং বজার

কোপী মশিং - ১০০০

অহানবা ফোংবা - ডিসেম্বর, ২০০৭ ইং

লাইরিক ফংফম - অইবগী য়ুম,
খুরাই চিঙ্গাংবম লৈকায়,
থিঙ্গোম লৈরক
(9862268025/9862284510)
(অতৈ লাইরিক য়োনবা দুকানশিং)




মমল - লুপা ঃ- ৬০/-

লাইরিক নম্ফম - Mec-Duff Computerised Offset Printers
Opp. Khurai Girls Sec. School

শ্রীমতি নোংথোম্বম লোইতাং দেবী



শ্রীনোংথোম্বম বীরা সিংহ



# কচ্চবা

তাইবঙ চেংজেল লোইদুনা
লাইরমলেনদা তিনখ্রবা
ইপা পোকপা ইপুবোক
ঐনদি 'বাজি' কৌজখিবা
নোংথোম্বম ৺বীরা সিংহ অমসুং
ইবোক ৺লোইতাং দেবী
নখোয়'নিগী নফমদা পাংজদ্রবা নশুনা
ঙসি কচ্চরি —
লৈরাং ওইনা লাইরিকসিমা নশুগী
লৌবিয়ুকো তরাম্না ।।

ঐখোয়না লৌশিং তারকঙৈ
অরাবতা খাংদুনা লেনলকপদু কাউদরি
মতমদুদা ঐখোয়সু শারেপ ফাদবা ওইবনা
অরা তেংবাঙনবসু ঙমখিদে, নুংনাংজরি হৌজিকফাও
নশুশিংগীদমক ৱাজখিবা কাউজদরিকো ঙসিসু ।
তিনফা-কাকফে কিদনা, লৌবুক্তা খুলং চৎতুনা
নশুশিংগী চারা নোংখমনখিবা কাউজদেকো ইবোক
ঙসি নখোয়বু নিংশিংবা মীকুপসিদা
থিংবা ঙমদনা শিঙ্গরক্লিবা পিরাংসে
নশুগী অশেংবা ইরননি কচ্চরিকো লৌবিয়ু ।।
মীরমলেন্দা অরাবা খাংখিবদো
লাইরমলেন্দদি নুংঙাইনা পোথাবিয়ু ।।

এন: প্রেমকুমার

# ৱাহৈ খরদং

পুক্নিংদা ফাওরকপা নিংলকপা অদুতং
ফোংদোকপনি ইচম-চম্বা লোয়া ।
লৈখিদ্রবা লৈরিবা তাইবঙ কনাগসু
মরি লৈনদবা অশেংবা কল্পনানি ।।

কুইনা লৈরুই ফোংঙমদনা তাবুনুঙদা
শেল-থুমগী খুদোংচাদবনা, 'দুগীসু মথক্তা
কিজবনা ৱাংথোয়রবা মরিপুরি সাইহিত্যদা
দোষ লংশিনজবগুম থোক্কনি খন্দুনা
'দুবু ঙসিদি ফোংদোকচরে তাকপিরক্লবা
অখঙ-অহৈশিংনা অশোয়বা অরানবশিং ।।

অখঙ-অহৈ ওঝা-গুরুশিংনা
তাকপি-তম্বীরকপা ময়ামগী মনুংদা
লৌশিং থেনবা ওইরুবনা খজিকখক্তা মখঙহৌই,
খজিকখক্কু শিজিন্নদুনা ফোংদোকচবসিনা
লমন শিংবা ওইজগেকো তাকপি তম্বীরকপগী
ওঝা-গুরুশিংনা ।।

অরান-অহুই য়াওরম্বা ঙাকপিগনি 'পুম্বনা
অফ-ফত্তা পাউতাকপিয়ু চুমথোকচগে মতুংদা ।।

লাইরিক অসিবু পুথোকপিবা ইনাওনুপা প্রেমানন্দা, ঐবু পুক্লিং থৌগৎপিখিবা মরুপ-মপাংশিং, থবায় য়াওবিখিবা প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিং, মখুম য়েকপা পাংবিরকখিবা বুধি আর্ট, লাইরিকসিবু পাবিরিবশিং, অফ-ফত্তা পাউতাক পিরিবশিং পুম্নমকপু থাগৎচরি ।।

পাবিরিবশিংনা বারি মচা খরদি মতমসিগা চান্নদবা মওংদা থেংনবিবা য়াই মদু মতমদুগী ফিভম কাইহনিংদদুনা লেংদনা থমজরে ।

লাইরিক মনুংদা য়াওরিবা বারিমচাশিংগী মনুংদা ‘‘কুইনা হিংনিংলিদা’’ হায়বসি Ulesco Publication গী খনগৎলবা বারিমচাশিংগী লাইরিক ‘‘অয়েকপা শক্তম’’ দা য়াওখ্রে । AIR Imphal গী ‘‘নহারোলগী খোঞ্জেল’’ থৌরমদা অইবনা পাথোকখ্রবশিংদি — ‘‘অউনপোৎকিদমক্লা, নোংমা চৎথোকলুবদা, (লৈ লাংবা 20th Issue দসু ফোংবিরকখ্রে) অমসুং পরিক্ষা’’ নি । "H.I.V. +ve" না Voice of Pelco গী October '95 গী Issue দা ফোংবিরকখ্রে ।

লাইরিক অসি অপাবশিংদা শিন্নজরে, পাবিরগা অমুক্তং য়েংবিয়ু পূক্লিংদা করি ফাওবিবগে ?

* বারিমচাশিং অসি শেমদোক্লগা নত্রগা মসিমক হিরম অমদা হেক্তা শিজিন্নবিগে খনবিরবদি মাংজৌননা অইবদা খঙহনবিয়ু ।

থাগৎচরি ।

অইবা

# ‘অফোংবা’গী থম্মোয়দগী

পীক্লিঙৈ মতমদা অতৈ অঙাংগুম্না অনৌবা ৱারী তানিংবগী অপাম্বা য়াম্না ফাওখি। মতমদুদা ইচেনা ৱারী কয়া লিবিদুনা তাহনখি। হায়নিঙাই লৈতনা নুঙাইবা ৱারীশিং য়াওখি। করিগুম্বা মতমদা ‘অইবা বোয়’ অমদগী পাদুনা ইচেনা ঐখোয়বু ৱারী কয়াসু তাহনখি। নোংমা ইচেনা পারিবা বোয় অদু য়েংলুবদদি ৱারীশিং অদু ঐগী তাচৌ (লাইরিক অসিগী অইবা) না ইবা ঙাহাক্তা ওইরমখি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা ঐসু তাচৌনা ইবা বোয়শিং থিদুনা ইশানা ৱারী কয়ামরুম পাজখি। মতমদু ইশাগী ক্লাস VIII/IX তম্বা মতমনি অদুগা তাচৌনা মতমদুদা ক্লাস XI/XII তম্লমলগনি হায়না খল্লি। মতমদুদা ফাওখিবা ৱারীমচা পাবগী নুঙাইবদু হৌজিকসু লেংদনা লৈরি। ৱারী মচাদা নত্তনা মহাক্লা ইশৈ ময়েক, শৈরেং, উপন্যাস অমদি ৱারেং কয়াসু ইবিখি। তাচৌনা ইবিবা ৱারেং, ৱারী মচা, শৈরেং অমদি ইশৈ ময়েক কয়া ঐগী ইচিন ইনাওশিংনা মাগী মাগী স্কুল কলেজশিংদা অমদি অতোপ্পা চাংদম্নবা কয়াদা পাদুনা, থীদুনা, অমদি শক্তুনা শরুক য়ারুবদা মনা কয়ামসু ফংলকখি।

শেল থুমগী অৱাৎপা অমদি মীচং শঙ্গা লৈজদবনা তাচৌগী ‘অইবা’ শিং অরেম্বদা কনানসু খঙবিদনা তাদুনা লৈবা উরুবদা হায়নিঙাই লৈতনা নুঙাইতবা ফাওজখি। অইবশিং অসি অমুক্তং ফোংদোকচদুনা তাচৌগী অনিংবা অসিবু থরদ ওইরবসু থুংহন্নবা হোৎনজগে হায়বসি ঐগী মতম কুইনগী মমাংদগী মঙজরকপা মঙ ওইজরকখিবনি। ঙসিদি ঈশ্বরগী থৌজালদগী অহাম্বা ওইনা তাচৌনা ইবিবা কয়াগী মরক্তগী সুপ্নগী ৱারী মচা ১৪ থক থনগৎচরগা অপিকপা ভোল্যুমদা ‘‘মীনা মীদা’’ হায়না মীংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি ফোংদোকচরি। লাইরিক অসিগী অফ-ফত্তা, অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরম্লবসু পুকচেল চাওনা ঙাকপিবগা লোয়ননা অশোয়বশিং অদু তাকপিরক্তনি হায়না থাজজে। লোয়ননা তুংদা ফোংজগে হায়না থৌরাং তৌজরিবা অইবা অসিমক্তী লাইরিকশিংবুসু থৱায় য়াওনা পাবিদুনা অইববু পুক্লিং থৌগৎপিগনি হায়না পুম্নমক্তী মফমদা থাজবা থমজরি।

নোংথোম্বম প্রেমানন্দা

(অফোংবা)

# বাহৈ খরদং

## i) (মীনা মীদা হায়রিবা লাইরিক অসি পারুবদা)

ওঝা Prekumar না ইবা বরীমচাশিংগী লাইরিক 'মীনা মীদা' হায়রিবা লাইরিক অসি Press কী Copy ওইনা লৈরিঙেদা পাজরে। লাইরিক অসিদা পুন্না বরীমচা তরামরি য়াওই। বরীমচা অয়াম্বা নুপীশিংগী চরিত্রদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবনা মপুং ওইনা তৌই। বরীমচা অয়াম্বা হৌজিক্কী মতমসিগা চুনবা হৌজিক-হৌজিক থোক্লিবা সমাজসিগী problem শিং নৈনবনি হায়বদা লাম্লোয়দ্রা হায়না খঞ্জে। খুদম ওইনা হায়রবদা 'মীনা মীদা' হায়না মীংথোনবা অরোইবা বরীমচা (লাইরিক অসিগীসু মমিং ওইনা থোক্লিবা) অসিদা মপুরোইবা লৈখিদ্রবা নুপী অমনা সমাজসিদা থেংনরিবা অৱাবা হায়বদি নুংশিননা লৈমিন্নরম্বা ইমুং অদুদা মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচানুপাশিং অমদি মনাওনুপীশিংনা মঙোল্দা য়েংলিবা মীৎয়েং চৎলিবা শাজৎ অদুগা অমুকসু মপামদা হল্লক্লুবা মতমদা হিংননবগী লানফমদা অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা হোৎনরিবা মঙোল্দা ময়াম্না য়েংলিবা, খল্লিবা, উৎলিবা লমচৎ ব্যবহার পুম্বা তশেংনা থোক্লিবা য়াম্না পুক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইবা মীনা মীদা হায়না থোক্লিবসিমক য়াম্না চুনবা মমিংনি।

অদুগা 'H.I.V. Positive' হায়না থোক্লিবা বরীমচা অসিদা য়াম্না ফজবা parent শিংনা অমদি ছাত্রশিংনা খঙজিনবদা কান্নরবা বরীনি হায়নিংই মরমদি লাইরিক ফরম্বা ছাত্র ছাত্রিশিংনা মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপ্রগা (লোইনমকপুদি নত্তে) লৈফম খঙদবদগী নত্রগা ফত্তবা ছন্দ তিল্লুবদগী ওক্তবা মী ওইরকপা অমদি মীয়াম্না কিনরবা লায়না পক্লকপা অদুগা হায়দোক্তবদগী নত্রগা খঙদবদগী মসিনা লায়না অসি শন্দোরক্লবগী মচাক ওইরকপা খল্লুবদা তশেংনা কিনিংঙাইহনি। অদুগা 'অউনপোৎকীদমক্তা' হায়রিবা বরীমচা অসিদা য়াম্না নুংশিননা লৌন লৈনখিবা নুপা নুপী অনি মনেমবোক্লা অউনপোৎকী খল্লগা ওৎ নৈবিবা মদুদা মাগী নুপানসু য়াওশিনলকপদা নুপী অদুনা থেংনরিবা অৱাবা খল্লুবদা তু চুংই। মসি করিদগী থোকপনো হায়বদো খজিক্তং নৈনহন্নিংই। পোলোইদা Solution য়াওহন্নিংই। 'লৈনমদুদি লৈহৌরি' হায়রিবা বারিমচা অসিদি তশেংনা লৈকাই খুদিংমক্তা থেংনরিবা Problem নি হায়বা য়াই। জ্ঞান তাদ্রিবা নুপাশিংনা নুপী থিজল্লবা মতুংদা নিশা চাশিন্দুনা য়ুমগী নুপী অঙাংদা ওৎ-নৈবা খাল্ল খাল্লগা হেন্না, নুপী অদুনা খাঙবা য়াবমখৈ খাঙবা, ওল্লক্লগা নুপা অদুগী মখুৎতা লৈখিদবা নত্রগসু মথন্ত Suicide তৌখিবসু য়াওদবা নত্তে মদুনা পোলোয়দা থম্মোয় মৈচাক ওইদুনা পুন্সিচুপ্পা অৱা মৈচাক খাংদুনা লৈবা তশেংনা খছনিংঙাই ওইবা ফজবা বারিনি হায়নিংই। অদুগা অমুকসু 'খোঞ্জেল অমা' হায়রিবা বরীমচা অসিদা য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নরম্বা ইমুং অমা য়ুমদুদা মৌ লাকপা হৌবদগী খৎনবা, মত

মান্নদবা, মচিন মনাওগী খন্দনা মানা অপান্বদা হুমদুনা পুনবা হোৎনবা তশেংনা থোক্লিবা থৌদোকনি হায়বা য়াই। মতাংসিদা য়াম্না ফজরিবদি ময়াম্না ওইরিবা অদুনা থোক্লিবা problem অদুগী অচুম অরান মুন্না থিদোক্লগা মাগী নুপীনা শোয়রিবদু চুমথোকখিবা য়াম্না থাগৎনিংঙাইহনি। মদুমক ওন্নবদি ইমুং মনুংদা থোক্লিবা মত মান্নদবগী থবকশিং খরমখৈদি হুম্বহনবা ঙমগনি। ওঝা Premkumar হান্ননা বারীমচা কয়াম ইস্ত্রবগে হায়বদি ঐ খংদে অদুবু হন্দক্কী পুথোক্লিবা বারীমচাশিংগী লাইরিক 'মীনা মীদা' হায়রিবসি তশেংনা মনিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা খুদোল অমা ওইরগনি। মতুংদসু Premkumar না অসিগুম্বা বারিমচাশিং খুদোল তমলকখিগনি হায়না খল্লি।

অদোমগী

**S.S. Singh**
Kwakeithel Mayaikoibi, Imphal

## ii) "মীনা মীদা" হায়বা বারীমচাশিংগী লাইরিক অসি পারুবদা ঐগী বাখলদা ফাওরকপা ইথিল"

বারী অয়াম্বা নুপীগী চরিত্রদা Based তৌরগা ইবা Sir Premkumar গী "মীনা মীদা" হায়বা লাইরিক অসি পাজরে।

সমাজসিদা লৈরিবা নুপীশিংগী Character দা হেন্না পুক্লিং চঙলুবনরা নত্রগা নুপী ওইরুবনরা নুপীশিংগী চরিত্র য়েকপা বারি-মচাশিং পাবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা ফাওই। হৌজিক হৌজিকমক সমাজ অসিদা থেংনরিবা Problem খুদিংমক পুথোকলগা শেমখিবা বারীগী নাচোমনি হায়জনিংই।

বারী মচা খুদিংমক য়াম্না লায়বা বাহে বাতা শিজিন্নদুনা ইবা, পাবদা নুংঙাইবা লাইরিক অমা ওইরে হায়জনিংই।

পুন্সিদা থাদোক্লবা য়াদ্রবা সহিত্যগী লৈকোলদা, সহিত্যগী খুদোল কয়া লেপ্তুনা তৌবিরকখিনি হায়বা থাজবা অমা Sir Premkumar গী মফমদা থমজরি।।

**Salam (O) Pratima Devi**
Kwakeithel Mayaikoibee

# সংসারসিদা কুইনা হিংনিংলিদা

ঐনা হেক খোইদারুরিবদি মাগী ইঙাও ঙাওজবি মতৌদুনি। মানা তবি-তবি চেন্দুনা নংহৌররোই মতাগুম তৌবা থবক, ঐগী মীগী হায়বা ইখন খন্দনা মানা নিংলকপদু হেক্তা হায়দোক-তৌথোকপা, মাগী ইচম চমজবা মতৌশিংদুনা ঐগী মনিং তমলম্বা পুক্লিংবু খুদুম চনখিবনি। খংদে, মাবু কাওথোকপা হায়বসি ইরাই হেক লাইগনি হায়বসি ঐ খাজদে। হকচাং মচুগী মেডি স্কর্ট, মচুদুমক্কী অশাংবা খোংমোজা, স্পোগু থাবা বিন্ড প্রুফ কী অঙৌবা জেকেট মঙোন্দদি ওহোক্লা চুসিন্নজে। নোংমা মোইরাং কলেজগী সাইন্স ব্লোক্কী মমাং থংবদা লৈবা লম্পাক মচাদুদা ফমলিঙৈদা মাবু ইহান হানবা ওইনা ফিজোলশিংসিগা লোইননা উখিবনি। নোংমতসু কনাগুম্বী অমত্তদা মীৎচিনা ফাওবা য়েংবা ঙমজদ্রবা ইমিৎসে করিগীনো খংদে মাবুদি ওহোক্লা খোয়দানা য়েংলুই। খংনিংবগী লাংতক্লবা অমনা থম্মোয়দা লান্দাসিনলকখি। খংদে, পুন্সিসিদা অসুম্না অমুক্তা হুনখিদ্রিবা মিহুন অমনা নিংদোল পিং পিং চোংহনখি। মাগী মরমদা খংনিংলকপা কয়ানি অদুবু নুমিৎভুদা মহাক "কুম্বীদগীনি" হায়বসিমতংদি ঐগী ইনাক্তা ফম্বা নহারোল খরনা ৱারি শান্নবদগী তাহৌদুনা খংবা নত্তনা অতৈ করি অমতা খংবা ঙমহৌদনা নুমিৎভুমা লোইসিনখি। "হে! যবন, নঙগী অঙকপা নগুন হায়বদো ওইরেকো, অহিং চুপ্পা মাবু অমুক্তা কাওথোকপা ঙমহনখিদেদা!"

মথংগী নুমিৎতু য়াম্না হৈনিংনা ঐ কলেজদা চংখি। নুমিৎভুদা ঐগী ৱাখলগী মঙলানদি অঙকপনি, স্বর্গসি ইখুৎনা লাম্বা ফংবদু মঙাই। ঐ ঙকই, মাগী করম্বা শক্তিনা ঐগী মনিং তমজরম্বা ৱাখলসিবু পুক্সিন্দুনা থমখ্রিবা? কলেজ হেক য়ৌবগা মাবু উনিংবগী কঙাওনরবা

থম্মোয়সিনা মাবু কোইয়েং য়েংদুনা থিখি। অদুবু ঐগী মীৎমাংদা মাগী অশেংবা শক্তমদুদি লেপলখিদ্রে। "ওহোকপনি, নুংঙাইবতা খল্লবসু অৱাবতা নংবোইরেকো!" নিঙমদবা মপৈ অমা পোরদুনা ঐ হল্লকখি। অহিংদুমা মাগী মঙলান্দা ঈরাক্লখি।

মাবু ইহান হান্না উখিবা লম্পাক্তুমক্তদনি, পুখ্রি মপানগী পল্লি শাবা অতোওবা মফমদুদা ইতোমতা ফমদুনা ভেক্তরগী লাইরিক অমা ফাক্তোক্তুনা পাবা হৌবতা মঙাইরি। ইনিন নিনবা মীখোল অমা তারকপদুদা মাই লৈথোক্তুনা য়েংলুই। ঐঙোন্দগী পংলাপ লাপতনা মীনা ইকোয় কোয়সিন্দুনা লৈরম্বদু উবদা কনা কৈদৌনবা য়াওরবনো খন্দুনা হৌগৎতুনা য়েংলুগে খল্লিঙৈদা -- "ঐখোয়দি বাহুখ্রব্রা হায়দুনা পাখৎলুরেদনা, নকোক ঙাওবা ওইরবদি লারায়দু ঈশিং খর চোৎহল্লু" হায়দুনা নুপা অমনা হায়রকপদু তাবদগী কৈসু থোইদোকপা নৎতমানলে হায়দুনা পুক্লিংসি খর নেমথরে। ওমশিন্নরম্বদুসু চৎথোক্লখ্রে। ঐসু লৈতানা ফমথদুনা লাইরিক্তু অমুক পাবা হৌরে। মী চংলকপগী নাশোন তাবদুদা মাই লৈথোক্তুনা য়েংখৎলুই। "অঙকপনি তাইবঙপাল, লামলবসু হেক মফংদে, লামদ্রবসু ইনাক্তা হেক শাৎলবোইরেকো!" ঙাইজরিবা মানা ইনাক্তা লেপলরবদা হরাও নুংঙাইবনা তৌফম খংদে, মফম খংদনা হুমাং অনপ্পী কাখৎলকলে। মিহুনসু লমজেন চেনলুবদা হুনবা মিহুন্দু মঙাইরে খপলিবা। ঐ জ্ঞান তারকত্রে, ইকাইজবনা ইমিৎসি থম্ফম খংলক্ত্রে। "কুমথবা ঙমগদ্রা? সিদা'সুম লৈরমগেরা? রুমানসি ঈশিং লুপ্লক্লে?" মমান্নবিদুনা মথং মথং হায়রকপদু তাবদা ঐ জ্ঞান তারকখি। "ঙসাইমখৈ মী ওমসিন্নরম্বদো মা ওইরেকো।" ঐ নুংঙাইতবা অমসু ফাওরকলে, অদুবু করিদি তৌরুনি? ঐনা মাবু উরুবদি ঙসি হুমনিতা মঙাইরি। মা করি অমফাওবা খুমজমদনা পুখ্রিগী লৈরাইদুদা তপ্না তপ্না কুমথখি। ঐগী মীৎয়েংদি মঙোন্দা তান্ন তান্নদুনা য়েংলুরি অদুবু মীনা উখ্রগা করি খনখিগদগে খনবদা

অমুক অমুকসু থৈদোকহল্লি। অদুবু খংহৌদে, ঐগী মীৎয়েং মঙোন্দা হেক্তা মতারম্মী অচেৎপা মমাইদু রুমান্দুনা তপ্না তপ্না নাহোক্রদুনা কাখৎলকখি। ঐগী ইপাদুমক্তদনি মাগী মমিৎ অনিদুনা হঙ্গৎনা য়েংলকপদা ঐগা মীৎচান্নখিবদো। ঐ ইকায় নুংশি অনিনা থুমহৎলম্মী। মীৎ থমফম খংদনা কঙাওনরম্মী অদুগা মাসু ঐঙোন্দা ফাওরিবা অদুগুম কঙাওননা ইকায়থিবগী মতৌদুনা ঐবু অমুক্তা হেন্না লাংতক্রহনখি। খংদে, অপাম-নুংশিগী ঈথিল হায়বদো ওইরমানলে, থম্মোয়দা অনৌবা ইহৌসিনা নুংঙাইবা আশা কয়া তাওথহনলকখি। ঐগী রাখলগী অতিয়াদা থরায়না মনিং তম্না হরাও জগোয় শাজখি অদুবু অরাবনি "নুংঙাইবা লাইতং অরাবা শংবায়" হায়বদুনি নুংশি মঙলান মঙফাওনদ্রিঙৈ, থম্মোয় রারি ফোংনদ্রিঙৈ, শেৎনা খায়নৌ তমলমলবোই, ওহোকইদা ইরাইবক তামনখিবা তারেদো।" ঐ ইম্ফালদা হন্দবা য়াদ্রে। নোং হেক ঙানবগা অহানবা বসতা তোংদুনা ঐ য়ুমদা হল্লকখি। পুং অমামখায়রোম বস মনুংদা ফম্বদু ঐ জ্ঞান অমত্তা তাহৌদে। বস খামলে, মী পুম্নমক কুমথনখ্রে, মতমদুদা খংলকই রাহেং লৈকাই য়ৌরে হায়বা। ঐসু কুমথরে, রিক্সো অমা তোংলগা য়ুম ফাওবা লাকখি অদুবু ঐগী রাখল পুক্লিংদি হৌজিকসু লোল খোইতক্ তৌবি কুম্বী লৈশাবিদুগী মনাক্তা লৈহৌরি।

ঐ অমুক হন্না লমদমদুদা চৎনবগী খুদোং চাবা ফংদ্রে। শংখ্রবা মচু পাক হেক কোকপা ঙমদে হায়বদু চুম্বতাই ঐসু মাবু কাওথোক্রবা হোৎনবদা খর রাখি। "কাওথোকপা" হায়বসিমক লৈরমদ্রবদি অরুম্বা কোকথোং অমা নঙ্গলদা নম্বো পোবগুম নুংঙাইরমলোই। ফনা কুইনা হৌজিনখ্রে, নিংশিংলম্বদু তপ্না তপ্না পাথরক্তুনা মুশি মুশি লৈরম্বদগী ইউমক উশিনলকখিদ্রে অদুবু মসিমক্না পুমকাওমক কাওখ্রবরা হায়বদুদি নত্তে। করিগুম্বা মতমদা নিংশিংলক্তুনা মঙলাক্লহল্লি। মসিনা অরাবা খরা পিদবদি নত্তে অদুবু

অবাবা মরক্তা নুংঙাইবগী ঈথিলসু মফাওরি।

ঐনা স্কুলসিদা ওঝা ওইদুনা লৈরকলিবসি চহি অহুম থরদি হেনলমলগনি। নোংমা ঐনা ঐগী কাদনি, স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপকে হায়দুনা ৱারি মচা অমথক ইবদু লোইসিন্নবা কন্না হোৎনরি। মতমদুমক্তদনি ইমানা ঐগী কাদা চংলক্লুনা লেপলমবদো, অনিরক অহুমলক কৌপ্লবরা ঐদি তাহৌদ্রে। ইনাক্তা লেপলদুনা – "কৌবা লাকপগা তাদবমখৈ ইরিবদুবু করিনো ?

- স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপনবনি।
- অদুগী ওইরে অদুক থৱায় য়াওনা ইরিদি ?
- করি হায়গে ?
- করি হায়গে হায়ববু করিনো? কয়াম কুইনা হায়নখিদৌরিবনো ?
- কৈদৌরগে ?
- নঙনা থবক তৌরকলিবসি চহি মরি ফাজিনলকলৈনি। ঐ হায়রা অহন ওইসিনলক্লে, ননাওশিং হায়রে নঙগী য়াকা য়েংদুনা লৈরে। নঙনা ভাব ইতা তারকত্রিবসিবু করিগীনো ? নঙনা ঐগী ইমৌ থিবিরকত্রবনিনা ঐ ইশানা থিজবা তারেকো।
- (ঐ খুমফম খংদ্রে, তৌফম খংলক্লদুনা) তৌরঅদৌনি, হেক তৌরগা অসি হেক্তা হায়রকপা অদু নত্রবদি ঐঙোন্দা ৱা হায়ফম লৈত্রবরো ?
- নঙবু অদুমহায়না 'দুম লৈবা য়ারদ্রো ?
- খংদেসে, য়াবা য়াদবা করিসু ৱাবিরুনু। .... ইসে-, ঐ ঙসিদি স্কুলদা খর ঙন্না চৎকদবনিনে, চাক লোইরব্রো ?
- হু: চারনি, থোংবৌ থোংদ্রি; ঐসু ঙমদ্রে–, থবক য়াম লৈরি, চাক্কা থোংবা ঙমখিরোই—।" হায়রমলগা ফেৎ হায়দোক্লুনা চৎখ্রে। ঐনা খলহৌই – "ঐনা তৌদৌরিসিবু করিনো ?"

তৌফম খংদ্রদুনা ফি হোংদোক্লগা মপান থোকলকএ। ইমানা মাঙ্গোলদা লেপলগা হায়হৌই – "স্কুল চৎলবা হায়দুরা নঙবু?" ঐ করি অমফাও খুমলমদ্রে, ইমানা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌবদু মিৎচিনা হায়ফেৎতংদি উরকখি।

ঐ নুমিৎ হুমনিদি হকচাং ঙমদদুনা স্কুল কারুদ্রে। ঙসিদি হকচাংসি খর নুংঙাইবগুম তৌরদুনা স্কুলদা লাক্লে। পুং তরা তারসিফাওবদা ওঝা অমত্তা লাক্লরমদ্রি। কমন রুমদা চংদুনা ফমলে। টেবিল মথক্তগী খবরদু লৌখৎতুনা য়েংবা হৌবতা মঙাইরি খুরা চৌকিদারনা ইনাক্তা লেপ্লগা

- খবরদুবু কান্নদৌবা পাও য়াওব্রো? থরায় য়াওনা য়েংইদা।
- (ঐনা ফিভম করি'মতা কাইদনা) য়াওব্রা য়েংলিবজাৎনি খুরা, ওঝা ওইবসি তোকথোক্লগা অতোপ্পা অমা তৌরসিরা হায়দনা ....।
- করিগীনো ইবুংঙো? ওঝা ওইবসিবু য়াম্না বারব্রো? ঙসিদৈদি পংবা বাররোইদা, ইবুংঙোনা নহানমখৈ মহুৎ শিল্লম্বা মণিপুরি পেরেডতুগী মপু লাক্লে।
- নহানমখৈ য়াম বাবিরম্লজাৎ ওইরে।

নুপীগী খোঞ্জেল অমা তারকপদুদা ঐ শ্বায় লাওখি। করিগুম্বা খর নিংশিংলকপগুম তৌরকই। পারম্বা খবরদু হায়দোক্লুনা য়েংলে, ঐ ঙকপনা পন্থেংলে। মানি মহাক অদুঙৈগী কাওথোক্লুরবি শক্তমদুমক্লি ইমাংদা ঙসি লেপলরিবা। ইতোমতা খনখি-- "থাজবগী বাংমদা লৈখ্রবা কয়াসু ওইথোরকপা য়াবগী অকিবদু অদুমক লৈবোইরেকো।" নোকফেৎ তৌরদনা ঐনা

- বাদেদা।

- নবাননিসু শখংনরবনিনা বারি-বাতাই তৌদুনা পোখাহৌখো, খুরা থবক খিত্তা লোইশিল্লুখিগে-কো !

হায়রন্নগা খুরা চৌকিদারদু মপান্দা অদুম থোকখ্রে । ঐ, মহৌশাগী ইকাইথিগনবগী লৈনাদু অমুক হঞ্জিনলকলে । ইমিৎসি হঙ্গৎনা পাংবা ঙমদ্রে । মাইসিসু শোয়দনা খরদি ঙাংশিনলন্নগনি । লৈয়েংসিসু ইফা ফাজিনখিবগুম তৌখ্রে । করিগীনো খংদে ঐনা মাবু অসুক য়াম্না ইকায় হঙ্গোয়রুরিবা, অদুবু ঐনা মাবু য়েংনিংবগী হৈনবিদুমদি ঙসিসু কোকলমদ্রি । লোম্না লোম্না য়েংবদা নুংঙাইবা অদুম্মক মপোকলি । মহৌশা উন্নখিবদুগা ঙসিগীসিগদি য়াম্না খেন্নরে । মাইথোংদা ইঙাও ঙাওজবা, মনিং তমজবগী মমিদুদি ফনা য়াম্না মকসিল্লমলে । প্রকৃতিগী মাইথোংদু খুৎশেম্না মথৌ হাপ্লীদুনা থৌবা হেনহনলে । ফাজিনবিদ্রবা শাইনোলনা থোৎনা ঙৌরবি চুবা নারুম খর খুমজিনলিবদু ঐবু লাংতক্লবা হেনহনলি । তনাল তনাল থিনলিবি তুমতকনবি নাতোনগী পিকতকপা চন্দন সিরি মতেক্তু ওহোক্লা রাশি লৈখ্রে । পাবানা তঙাংলবি চিনবান্দনা মোমোন তৌরকপদু কাওবা ঙমদে । শ্বাল মতেক অঙৌবদা অঙৌবনা লৈরোং থোকপা অমা ইনলিবদু মঙোন্দা পকই, ফজে । অদুঙৈগী অঙৌবা জেকেৎতু নিংশিংলকই । থম্বাল লৈখোক মচুগী ময়েক নাইবদু মচু তাই তনান তনান শেৎলি । পিক্তক তৌবা শউনগী অমুবা বেগতু মতমপাক্তা থন্নগা মখুৎ অনিনা কোন্দুনা ফন্নগা ঐগী ইতৌদু লোম্না লোম্না য়েংলিবদু ঐসু খংই অদুবু মাগীনা করি খল্লিবা হায়বদুমদি খংলুদ্রে । ঐ উবদা মাসু থাজদবগী ইহুন অমা ফাওবগুম তৌখি । ঐ মঙোন্দা বা খরদি হায়নিংবনি অদুবু চিন-লৈসি ইফা ফাজিনখিবগুম করি'মতা হায়বা ঙমদ্রে । মীৎয়েং অনিনা মরক মরক্তা মফম খংহৌদনা থেংগাইনবদা থোকলকপা অমম্বা মৈখুনা মাইমীৎসি ইমম মমশিনহল্লি । কুইনা শাৎলুদ্রবা থম্মোয়গী লৈপাকলৈসে ঙসিদি ময়োল

চোংখৎলকপগুম তৌরি। খংদে, ঐগী বাখল করম্না ফোংদোকতৌবা। ওঝা মথং মথং থুংলরে কমন রুমদু পুমনিন নিল্লে অদুবু কুইদে পুং তারকপগী কাংশি মখোলদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু কাদুদগী কৌথোরকখি।

হৌজিক্তি ইগুন মগুন ময়েক শেংনা খংনরে। থম্মোয়গা থম্মোয়গগী ইহুনসু ফাওনরে। পুক্লিংগী বাহৈ কয়া ফোংদোক্লরে। মমাংঙৈগী থৌদোক কয়া নিংশিংনবদু নুংঙাইবা পোক্লখি। নোংমা ঐনা – ‘‘ইন্দুবালা নঙনা নুমিৎ খুদিংগী বসতা লাকপসিবু নুংঙাইব্রো ? খর্চসু য়াম্না চৎলমগনি অদুনা অনকপা শ্বায়দা লৈনবা তৌরোদনা।

- ইম্ফাল মচাশিংসে মবুক য়াম্না শেংনদে, মাগী মাগী খুদোংচাবা য়েংনবদা মী অমা হাৎপগীসু কারিসু নাচুংনদে হায়, অদুনা বাবানা ইম্ফালদা লৈগে হায়বা য়াদেয়ে।
- অদুনরা নঙনা অহানবা লাকপা নুমিৎতা মৌ অনৌবিদৌনা লাকলিদো, নঙনা চন্দোল থিনবদো ওহোক্লা পকচখ্রে।
- উমঃ লমহেনবা পাখঙশিংদগী ঙাকথোকচনবা বাবানা তাকপিবা।
- হোয়, নঙনা হায়রিবদো খরবুদি চুম্মী। মী য়াম্নবদি অফবা খর ফত্তবা খরনিদনা। ঐবুসু ইম্ফালদা লৈ হায়দনা থাজবিদ্রবা জাৎলো ? ঐনা হায়বদি ...... ঐখোয়দা লৈহননিংলবগী বানিদা।
- ওঝাবুদি কৈদৌনা থাজরোইদৌরিবা ?
- থাজদবা মানলকঅবদো.....
- কৈদৌসে হায়রিনো ?
- অমুকসু হায়খিদ্রনে ?

- অদুক য়াম্না থুজিনলকইদুবু তুংদগা তান্নবা য়াওরব্রো ?
- উম: অমত্তগা নত্তে, ইমানসু অদুগা ইনাওশিংনসু ।
- অদু ওইরগা খন্নবা হায়দুনিদনা
- ফাগী নত্তে ইন্দু, ঐদি ঙসিসিমক নঙ য়ুমদা হনখ্রনু হায়রিবনে ।
- অওইবেরো ?
- ঐনা ফাগী নত্তে হায়খিদুবু .......
- থাজদবে ৱাবুদি নত্তেদা,
- অদুদি কৈদৌরবা ?
- হু: ঙসিদি য়াদে,
- অদুদি কৈদৌঙে ?
- লুহোংবা হায়সিদি পৈশা চংইদনা অদুনা তলব ফংলগা ।
- অদুবু নঙোন্দা খনবিয়ু হায়ব্রো ? ইরাইনা থোক তৌজনি ।
- ও - নঙোন্দগীদুসু ঐগীগুম্বনে" ।

মাগী ৱাহৈদুদা ঐখোয় অনিমক হরাওনা নোকমিন্নখি । পেরিওড তাখিবগী কাংশি মখোলদুনা ৱারিদু থুগাইবিরে । মানা ঐঙোন্দা ওন্সিনলগা নোকফেৎ তৌরদনা - "ঐগীদি ক্লাস লৈয়ে" হায়রন্নগা রেজিস্টার অমা পাইদুনা কমন রুমদুদগী থোকখি । ঐনা খনহৌই - "সংসারসিদা কুইনা হিংনিংজিদা ।"

২২ ।০১ ।১৯৮৬

# অউনপোৎকিদমক্ল।

সুসিবালা নুপী ওইরবসু ঐগা য়াম্না ক্লোজ ওইনৈ। মানা ঐবু মমান্নবি অমগুম্না খল্লি, অদুগা ঐনসু মাবু ইমান্নবা অমদৌনা লোইনৈ। কলেজ তম্মিন্নদ্রবা মতুংদগীদি ঐখোয়নি উন্নবা খর লৎলে। ইথা হেক থাজদনা নোংমা নুংথিল অমা চাক চান্নবগী বার্তন অমা থিনবা লাকপদা বারি-বাতাই ভৌদুনা ফনা কুইনা ফম্মীন্নখি। কলেজগী মহেরোই ওইরিঙৈগী মতমদো নৌহৌনা নিংশিংনখি। ঐনা বাবিগী মরক থত্তুনা হংখি

- ইচেমচাদি য়াওরোইদ্রো ?
- নঙদি খংলমখিরোই, ইচেমচাদো মপামদা হল্লক্কুনা লৈরে
- (ঐনা ঙক্লা হংখি) করিগী ? কমদৌনা ?

সুসিবালানা থেংনখিবা নুমিৎতুগী থৌদোক্তু য়াম্না থবায় নুংঙাইতনা তমখি -

ইচেমচাখোয়গীদা নোংমা নুংথিল অমা চৎলুই, ইচেমচানা য়াওজরব্বা মরুপ অমগী চাক চান্নবগী পাও হায়বা। হৌখিবা থাশিংদদি মরুপকিনি হাযদুনা নোংমা বাৎলিঙৈদা পৈশা হেক হেক থিনলকঅমবদুসু হৌখিবা থা অনিসিদি পৈশাসু থিনলকত্রে মশাসু লাকত্রে। ঐসু চৎতবা কুইরে হায়দুনা চৎলুবনি অদুবু ইচেমচাগী কা মনুংদা চংবা ঙমদনা থোংজিন ময়াদা চপ লেপতুনা লৈরে। ইচেমচাগী মচননুপী নিরমালানা হায়খিবদো ঐসু ময়েক শেংনা তাখি

- "ইমানা তৌবিরিবা অসিবু করিনো ? তামোচানা লুহোংলিবা অসিবু ইনমতোনগী অউনপোৎকিদমক্লা ? ইনমহম্না টি:ভি:, রিফ্রিজেরেটর, সোফা য়াওরকই হায়দুনা ইমাবু ইনমহনগী কাদা চংদুনা নোংমতং সোফাদা ননিং তৌনা ফমলুবা ঙমব্রো ? রিফ্রিজেরেটরগী শঙ্গোম অফম্বদুবু নোংমতং ইমাগীনি হায়দুনা

শরুক তম্বীরকপ্রো ? লাইরিক হৈরগা লাইসু খংদবি নমৌনুপী য়াইমাদুনা তামোয়াইবু খুদোম্বীদা উংলগা মপামদা পুখিবা, ইনময়াইমগী অউনপোৎ কারদুবু ইমাগীনি হায়দুনা থম্বীরমব্রো ? ইমানা হোস্পিটালদা হাপ্তা অমা হকচাং ঙমদদুনা লৈববু ইনমতোন নত্তনা করম্বা নমৌ লাক্কুনা ইমাগী শেবা তৌবিখিবগে ? ঐসু নিঙোলনি ইমা, ইমাসু নুপীনি, ইনমতোনবু অউনপোৎ য়ামদে হায়দুনা তাথিনা তৌবিবদি নচা খাংবা ঙমজদে। মশা বাই শংজদ্রবি ইনমতোনবু অসুম্না তোইনা মমীৎতগী মপী তাহনবসি অফবা থক ওইরকলোই ইমা।

- ইঃ ইঃ ইচাদি পণ্ডিৎনিনা ইমাদি নহানমখে খংবু খংভুদে। হুঃ লৈশাবিনেনে সিবু কিবু কিরেনে লৈমিন্নগদবা। নত্তে, নঙনা নহানমখে নুপী মরুপনি হা অদুনি-অদানি হায়দনা তুম্বা চাবা কাওবমখে হেক হেক চৎলুরিবা অদুবু মামা মাপা বারকপা তমলুরিবরনেহে ? ইচাদি হৈ-শিংবি, লাইরিক-লাইসু হৈবিনিনা মমা মপাগসু বারক বাতেমবিরেনে।

ইচেমচাগী কপ্পগী খোঞ্জেলদু নমহৎতুনা তাখি মপুরোইবা বিনোয়গী খোঞ্জেলদুসু - "নঙনা নমাই অসুক য়াম্না পানদ্রিবা অসিবু করিগীনো ? হা ? চৎপিখ্রো পামদ্রে হায়দনা তাল্লফাওবা চৎত্রিবা অদুবু নঙবু ইকাইবা করি'মত্তা খংদ্রো ? নঙদি ইমানসু য়াদে, ঐনসু পামদে খংলব্রা ?"

ঐ তাবা ঙমলকত্রদুনা অদুম থোকলকএ, কমদৌনা য়ুম য়ৌরকখিবা খংহৌদে। ঐ, ঐগী ফমুং মথক্তা কয়া কুইনা কপলুরবা খংহৌদে, ঐগী মীৎলু অনিদগী শিঙ্গরকপা পিরাংতনা মোনখুমদু ফনা নিংথিনা চোৎলমলে। নিংশিংলকখি হৌখিবশিংদো ঙসিদা অমুক নৌহৌননা — মথোৎ কারকপগী হৌনশা য়েংলুবা খুদিংদা ইনুংদা নুংঙাইবা তানজানি। হায়স্কুলগী অরোইবা চহিদুদগী মীগী

মীৎয়েং চংবা হৌরবনি অদুবু ইচেমচানা মখোয়শিং অদুদগী ঙাকথোক্তুনতা লাকখিবনি। কলেজগী পুন্সি হৌগৎলকপগী অনিসুবা চহিদুদনি অসুক কুইবা মতমসে ইচেমচানা ঙমদুনতা লাকলবা নুংশিববু মাইথিবা পিগে হোৎনজবা পুম্বা অরেম্বা তাখিবা। নোংমা কলেজগী কাম্ভিন্দা ইচেমচা ইবান্নিদা ওফ পেরিওড লোইবা ঙাইদুনা ফমলিঙৈদা বিনোয় চংলক্কুনা মাইয়োক্নবা চৌকিদুদা ফন্নগা হায়খি -

- "হয়েংদি কলেজ ছুটি লৈবনিনা সিনেমা য়েংমিন্নরুসি" (ঐঙোন্দা অমুক ওনসিনলক্কুনা) - "য়াদ্রনে সুসি"
- ঐদি খংদেদা নখোয়খে ঙাংনজৌও (ঐনা ইরাই লাইনা খুমদোকখি)
- "নঙসুনে হায়রিবসে" হায়রকপদুদা ঐনা ইচেমচাদা ওনসিল্লগা

- "খুম্মুদনা ইচেমচা" হায়রুবদা ইচেমচাগী মমীৎতু ঐঙোন্দা য়েংলগা খজিক্তং নোক্লম্মি। ইচেমচাগী মতৌ খংলবা বিনোয়না - "হয়েং ঐ আশা হোল মমাংদা নখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমলগে, ফাষ্ট শো য়েংসি, চৎলগে শোয়বা য়াদেকো সুসি" হায়রন্নগা চৎখ্রে। ঙাইহাক্তংদি ইচিক চিকই, অচিকপদু থুগাইরগা ইচেমচানা ঐবু য়েংলগা -

- কমদৌসি হায়রিবনো ? চৎকদ্রা চৎলোইদ্রা'সিবু ?
- অদুবু ঐঙোন্দা হংঙিরো ? চৎলোয় হায়রগা ঙসাইনা কোক হায়হৌবা য়াদ্রো ?
- মদুসু হেক ঙমহৌদে, চৎলে য়ুমদা করি খুমদোইবা, কলেজ ছুটি থাই হায়বদি ইচেসু খংলমগনি। হৌজিকপু অমুক চৎত্রগনা মানা করি খনখিদৌরিবা ?
- খংঙে ইবেম্মা নুংশি চাওবি হৌজিক্তগী হৌনা নথম্মোয়দু বাবা হৌরব্রো ? নুংশিখ্রমাল্লে মাগী বিনোয় হায়বসে।

- অদুগী নত্তেবা, হিংচাবিসিদি মতামনিকো।
- লাকওসে-লাকওসে হয়েং থোকঅ-থোকঅবা অমা লাকচনি। চৎসি পুং তাথ্রে, ওঝা চংলম্লনিয়ে।

অসুম্না সিনেমা হোলদা কয়ারক, সিমিত্রিদা কয়ারকনি। তসেংনা ঙসিদি ইচেমচাসে নুংশিবদা পুমঙাও ঙাওরে, মপুন্সিসিমক নুংশিবগীদমকনি হায়না কথোকখ্রমাল্লে। নোংমা বিনোয়না হায়খি চিক্লবা কা অমদা - "সোভাসিনি নঙসে ঐগী থম্মোয়গীদমক খ্বায়দগী মতিক চারবিনি। ঐদি নঙ নত্তবা কনাগসু ঐগী পন্সিগা হিংমিন্নরোই। নঙনা ঐগী খ্বাইদগী নকনবা অদো পুন্সি চুপ্পগী ওইবিয়ুকো।"

"ঐগীদি নঙতনি, নঙ নত্তবা পুম্নমক অরেম্বনি। থাজৌ, ঐগী নুংশিবদি থম্মোয়গা থম্মোয়গগি মরিদুতনি।"

বিনোয়গী মতম অমগী বাহৈ পুম্নমক ঙসিদি তাইওম্নরে। অঙকপনি মীওইবা কয়াদা থুনা ওনখ্রবনো?

"হে নুপীগী মপোক নঙসে তোল্লিদা! মাইকৈ খদিং য়েক্লবগী য়েক্লবা ঙাক, খোংথাং খুদিংগী হূ চেনবা মীৎয়েং, ঐখোয় হৌজিক মীৎ পাংনা পাংনা তাংলে। ইখোঙ ইখুৎ য়াওনা য়াওনা শিজিন্নফম খংদ্রে। নুপী ওইবি নখোয়সে রাখল থেনমল্লি। নুপা ওইবশিংগী লৌনম লাংবু হেক্তা থাজগনবা, খজিক্তং থোৎথবদা পিরাং হেক্তা শিহুবা ঐখোয়সু মীনি করিগী মীখা থাদুনতা হিংগনি? ঐখোয়বু মখোয়গী শাম্নপোৎলা? ঐখোয়সিবু লাইথিবিগুম্না উহনবা চুম্ব্রা? ঐখোয়গী থবায় হকচাংবু মখোয়গী শেনগাওগী শেলনা মনতিক্লদুনা লৈহনবা চুম্ব্রা? নত্তে, ঐখোয়গীসু নিং—তম্না হিংজনবগী অধিকার অদু চপ চানা লৈ। ঐখোয় মখোয়গী মীনাই নত্তে। মখোয়গী খোঙ্গাউনফম নত্তে অদুবু লুরিবদি নুপীনা নুপীবু হহুনা য়েংবিরিবা অসিনি।" ঐগী রাখল মপান থোক্লুরমাল্লে, ইমানা ঐগী ফমুং মনাক্তা লেপলগা -

- “করিনো চোইরোল পারোল লোল্লিবা অদুনা? ইবেম্মা তারব্রা নঙবু” হায়রকপদুতদা জ্ঞান তারকই ঐ মঙলাকনক্লরে হায়বা। ইমানা অমুকসু মখা তারকই - “হৌগৎলুসে হৌগৎলুসে ইমা বা হায়গে, য়েংঙোই নচেমচাদো মনেমপোক্কা মাগী নুপাগা চংদুনা তাহোকপিরমএ হায়দুনা মপামদা লাকহৌরে, নঙসু ঙাইহাক্তং চৎপিরুচো হৌগৎলু হৌগৎলু” হায়রম্লগা ইমা থোকখ্রে।

ঐগী বাখলগী পরিংদু চেৎশিনবা হেনকৎলকখি। ঐ হৌগৎতুনা থোংনাওগী মনাক্তা লেপ্তুনা অহাংবদা য়েংলম্মী। ইচেমচাগী মপুরোইবা বিনোয়না হায়খিবশিংদো হৌজিকসু নাকোংসিদা য়ং য়ং লাওনা অমুকসু নিল্লরি- “ঐগীদি নঙতনি, নঙ নত্তবা পুম্নমক অরেম্বনি। থাজৌ, ঐগী নুংশিবদি থম্মোয়গা থম্মোয়গগী মরিদুতনি”।

- “নঙনা নমাই অসুক য়াম্না পানদ্রিবা অসিবু করিগীনো? হা? চৎপিখ্রো পামদ্রে হায়দুনা তানলফাওবদা চৎত্রিবা অদুবু নঙবু ইকাইবা করি'মত্তা খংদ্রো? নঙদি ইমানসু য়াদে, ঐনসু পামদে খংলব্রা?”

সুসিবালা মমিৎতা মপি তারক্লে। বারি লেপখ্রে। ঐসু নুংঙাইরক্রে, নিংশিংলকই, ইচেমচানা লুহোংখ্রবা মতুংদা নোংমা ঐগা থেংনবদা হায়খিবদো - পুমনৌ নৌবা সংসার অমগী, হান্নগা পুমখেন খেন্নবা তাইবঙপান অমগী মপুরোইবগী মীৎয়েংখাদা, মনেমপোক্কী মপান্থোম মখাদা, মীওইবগী হূ চেল্লবা মীৎয়েংগী কারাগোব মনুংদা হিংবগী। ইচেমচাগী মাইথোংদা অহোংবা ফনা য়াম্না থেংনখি। ঙাইহাক ফমলমলগা সুসিবালাসু চৎখ্রে অদুবু ঐদি বাখলগী ঈপাক্তা ইরাক্লদুনা লৈহৌরে। খলহৌই - “নুপীবু অসুম্না হম্বনা খল্লিবমখৈদি চাওখৎপগী খোংহৌ শোইদনা থিনথখিগনি”।

১৮।০২।১৯৯০

# নিংশিংবা

দাওসি হায়ফেৎ য়াদে, তৌরুবা থবক অমত্তা মঙ্গোল ওইদবা, লোটরিগী টিকেৎ ফনা য়াম্না কক্পনি লাইবক য়েংনিং, অমুক্তা চুমদে। লুনা থৌনিংদুনা হাওসিগী টিকেৎসু ফনা য়াম্না মকক্পনি অদুবু লেম্না চাও হায়বা ইরাইবক লৈতমাল্লে। নিংথৌ মন্ত্রি ফম্নাইবশিংসিনা নুংঙাইরিবসি নুংঙাইখ্রবা জাৎনিকো, পৈশাগসি জোম জোম, তৌনিংবতা তৌ। "শ্রোবোন ঐগী ইমৈসি কুম অমদা খর শাংকৎলক্কদ্রা মনিংববু সুম সুম তেনসিনখিবা ওহোকপা ইরাইবকনিদা" তেংথাবগুম, ঐবু সুম শ্রোবোন লাইবক তাদুনা মতোক্লদ্রনে? কাগী থোংজাওদু দং দং থিনলকপদু তাবদগী ঐগী বাখলগী পবিংদু লমুক্লখ্রে। লোংনা হিপলম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা পুনা হাংলে। ইথা থাজদনা কলেজ তম্মীন্নবা মরুপ অমা লেপলম্বদুদা ঐ ঙকচান্নরবসু মাবুদি তরাম তরাম ওক্লে। মখোং হিক্লি হিক্লি তৌরবা ঐগী অমনবা চৌকিদুদা ফমহল্লে। ঐনা ফমুং মথক্তা ফমথ ফমথনা

- "করি চানি ওহোক্লা থাজদনা।
- চাদ্রবসু য়ারে বাহৈদুনা ওক্লে। ঐনা লাকলিসে খংলব্রো?
- হায়সু হায়দনা করমহায় খংদোইনো? করিনো হায়রোদনা।
- কলেজদা লাকমন্দ্রবদুদা কৈদৌখ্রবনো হায়দনা হংলুসি লাকপনে।
- এক: নথন্তা নত্তব্রো? কনা য়াওরকলিগে?
- উশারানিখোয়গা লাকমিন্নবনে, চংলুসি হায়ববু ইকাই হায়দনা আ: থোঙ্গালদা লৈহৌরিবা। কলেজদা কৈদৌঙৈ লাক্কদোইনো? নঙনা কলেজ কারকতবসে মথায় শোকপা মী যাওই, য়েংবা নুংঙাইতেনে ঐখোয়।

- উম: নঙগী থোক্কনাদো অমুক তৌখৎলকঅব্রা ?
- অশেংবা বানিনে। কান্নদে-কান্নদে, ঐখোয় লোইনা খংজাৎনি। মীগী মচা মশক ফজবি, রাশি লৈবিদো বাহনবা ফৎতেকো।
- চরদা অসিবু বানেগাইনা ঙাংলিসিবু।
- হুম: ঐখোয় কুইথবা য়াদে, বান-থর্তিদা ক্লাস লৈ। হয়েং লাকউকো, লাক্ত য়াদে হায়রিসিনি। হয়েংদি শোয়দনা লাকঅনি হায়দনা তমলুরদৌনি। বারি য়াম লৈ, হয়েং শান্নরসি লাকউকো। চৎলগে।
- করিগীনো অদুক য়াম্মা হাথু হাথুরিদুবু, ঐ থিনদোক্কে ঙাইখোনে।
- য়ারে লৈহৌরো। হয়েং শোইবা য়াদেকো।"

হায়রমলগা চৎখ্রে। ঐ, ঐগী ফমুংদা হনজিন্দুনা অমুক হিপথরে। ঐগী বাখলগী পরিং তপ্না তপ্না চিংথোকপা হৌরকলে। — কলেজ তম্বসিবু তোকপদা মতারদ্রা ঐবু ? ..... তোকত্রদি করিদি তৌরুনি ..... উম ..... উপাই লৈতে, অদুবু কলেজ তম্বগী নুংঙাইবগী ইথিলদুদি হৌজিক্তা মফংলকলি ঐদি। নুংঙাইবনিদা মতমদো। ইনে থরোগী শিংজু, ইতৈমা থম্বালগী চানা অভৌবা, হৈনৌ মখোংদুদা কালেন নুংশা খাংনা বারি, সাইন্স লেবোরেটোরি মনুংদা মীৎচান্নরিঙৈদা গ্লাস ত্যুবতগী এসিড পাথোরক্কুনা খোঙ্গাও ফুরিৎ তৎখিবা, ক্লাসতা ওঝানা পারা হংবদা খংদবদৈ মায় ঙাংখিবা, ক্লাস ওফ তা কমন রুমগী বাবি, পুম্নমক কাইনখিবা তারেকো, লাইব্রেরিগী চিক্লবা কাদো নিংশিংলকই - লিটরেচরগী লাইরিক অমা পাগে হায়দুনা ফাক্তোকপদা মঙাইহরি রেনুবালা চংলক্কুনা ইনাক্তা লেপ্লগা - "লাইরিক্তো হয়েং পারো, থবক অমত্তা চৎমিন্নরুসি।

- কদায়দনো ? কৈদৌবা চৎতোইনো ?

- দিঃ এমঃ সিঃ ফাওবতনি। অঙাং অমগী এডমিসনগীনি অমুক্তা হৎমিন্নরুসি লাকওবা।
- বান থার্তিদা ক্লাস লৈরিসিদি।
- নংনবা হনলকসি'বা। ঙসাইনা চৎলদি য়ৌবু য়ৌরনি। চৎসি লাকওসে।"

হায়দুনা লেংবান্দগী ফুরিৎ মচিদু পাইদুনা চিংখৎপদুদদি ঐ উপাই লৈতদুনা অদুম হৌগৎলে।

- "লমফেলদা সিনেমা য়াম্না নুংঙাইবা অমা তৌরি হায়য়ে, কমিং সন্দেদা য়েংলুসিরা?
- কৈকাম্নবা সিনেমাবু .........
- ও - ইবুংঙো, নঙঙোন্দা কৈসু টিকেৎ ককউ হায়জরোইয়ে।
- অদুই নত্তেদা, হুংঃ তনলিদা ঐ, মীগী মরলগগা শিংবা ঙমলোয়দা।
- কৈনো মীগী মরল হায়দি, ঐবু শেন্দোয়চাবিরো? কৈনো নঙনা ঙাংঙিদুবু? মরৈ মরা অসুক য়াম্না চাওরিবসিবু করিগীনো? নোংমতসু ঐনা হায়বদা হরাও হরাও য়াওবা।
- ঐবু নঙনা হায়বদা য়াদবা য়াওখ্রবো?
- নঙসে য়াম্না তনলক্কদৌরিবো, ঐ শাওজরক্কনিকো।
- শাওনা কৈনো? ...... রেনু, ঐ বা অমা হায়গেনা
- কৌবিরক্কনু অমত্তা
- এহঃ য়াম শাওরিবজাৎনিনা সিদি, অদো হায়রনুরো ?
- তাজনিংদ্রে তাজনিংদ্রে ইবুংঙো
- ফরে ফরে, ঐ বা ঙাংলরোইকো অদুদি।"

হায়রগা মখা তাথদ্রে, মাদি করি খনলমগদবনো খংদে অদুবু ঐগী




থম্মোয়দদি মচু থোক্লবা ফিজংগী মরুমদা [illegible]লগী লৈচিন্না শকলোন্নু নাইদনা পাইররি।

বা অমত্তা ঙাংনরকত্রিবসি ঙসি তরেৎ নিপা[illegible] সুরে। ঐসু ইকাইবোই শাওনিংবোই মীৎচিনফাও নোংমতা য়েংলুদ্রে। মসিনদুম ফরে, কৈকাম্নগবনোদা খন্দুনা তুমিন তোকথোক্লে। অহাংবা পেরিওডতা ঐদি লাইব্রেরিদা ফম্বা হায়বসে হৈনবিনি। ঙসিসু কাওবা ঙমদ্রি, চিক্লবা কাদুদা ইতোমতনি, নোবেল অমা পাবা লোইশিন্নবা কন্না হোৎনরিঙৈদুদা চংলকপবু খহহৌদ্রে। ইনাক্তগী চৌকিদুদা ফমথখি। বাদি অমত্তা ঙাংদনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরিবদো ঐসু খংই, অদুবু ঐগী মীৎয়েংদি ফাকতোকলিবা লাইরিক্কুদগী হোংদোকলুদ্রি অদুবু মখা চখনা পাবদি ওইথোক্লে। টেবিল মথক্তা তারক্লিবা পিরাং মরিক্কুনা অচিকপদু থুগাইবগুম তৌরি। ঐ মাগী মাইথোং তম্না য়েংখৎলুবদদি মাগী মকশিনলবা মাইথোংদা পক্লিবা পিরাংগী মরিকশিং অদুনা ঐবু মীনুংশি মচেৎ অমফাও পকত্রব্রা হায়না মপুক্লিং বারৌনা হংলিবগুম তৌরি। ওমচাক্লরবা থম্মোয়নুংদগী থোরকলিবা অশাবা নিংশা শ্বরগী মরক্তা "নঙগী থম্মোয়দুবু নুঙনা শাবরা" হায়না হংলকপগুম তৌরি। কদোমদগীনো ঙসিদি ঐগী থম্মোয়সে খংসোন সোক্লবগুম তৌরকই। ঐগী খুৎসি তপনা তিংথোক্লদুনা পিরাংশিংদো তপ্না তপ্না নাছোক্লুরি। অদুবু অরাবনি, পিরাং খকহনগে তিংথোক্লুবা ইখুৎসি মাগী থোৎলবী খুৎশাশিং অদুনা চেৎনা পাইশিনলদুনা থোৎনা ঙৌরবি খজায়দুনা ননশিনবিরগা পিরাংতনা পুমচোৎ চোৎহনবিখ্রে। 'ওহ! ওহোকপনিদা ইরাইবক, অরাবা কনজনিংদুনা তিংথোক্লুবা ইখুৎসিনা কনাগী থম্মোয় থিনগায়দুনা অরাববু অহোয়নহনখ্রমাল্লে।" চোইজাইনরবি শমলাংশিংদু খোমগৎপিরদুনা ঐনা হায়খি - "শে তোকও, মীনা উরগা ফজদে'বা, মসিগীদমকপু মীৎতগী পি তাহনবা পাম্মুদ্রো ?

- নঙদি থম্মোয় য়াম্না কল্লি অদুনা অরাবা খঙলমলোই

- ঐসু বারিবনিনে রেনু, অদুবু ..........
- অদুবু কৈদৌরবা ?
- তোক্লসিসে। চৎসি লাকও, ক্লাস য়াওরুরসি।
- ক্লাসকা অমত্তা য়াওররোই। য়ুমদা হল্লনি।
- রেনু, ইবাম্নীগি মরিসিনা ঐখোয়গী ষ্টডিদা অকায়বা থোকহল্লবদি ঐখোয় অনিনা ফংগে তাল্লিবা পচুংফম অদো য়ৌবা ঙমলোয়দৌরিবনি। পুইন্য তানবরা হায়ববু পাপ ফংগদৌরিবনি। তাইবঙপানবগী মনুংদা লৈনা লৈনা সৈনাসি ধর্ম্ম চৎখিবা শ্রীমা সরদাগী বারি নিংশিংদ্রব্রা ?
- হয়েং লৈরিসিদি, ঙসিদি ঐগী কোকসে করিমতা চংগদৌমানদ্রে। চৎলগে।
- মদু তৌনু রেনু, ঐখোয় মীওইবসে হয়েং লৈরি হায়দুনা লেনথোকনরিঙৈদা মাইথিহৌবা ঙাক্তনি। মসিগী চৈথেং অসি হয়েং পুম্নিগী চিরবা মতমদতা খংনরকইবনি।"

ঐগী বাহৈদুনা মাগী থম্মোয় করম্না ফাজিনখ্রিবা ঐ খংদে "নঙনবু হায়রবদি হিকতোকপা হেক্তা ঙমদবা" মচিনবান্দ নোকফেৎ তৌরদুনা হায়খিবনি। ঐসু নোকফেৎ তৌখি। লোইননা কাদুদগী মপান থোকলক্তুনা ক্লাস রুম তম্না লাকলে।

নোং তাবসিনা ওইবতাইয়ে, ঙসিদি ছাত্র ছাত্রিশিংসু ওঝাশিংসু ইরাক লাক্লদে। ক্লাসসু অমতা তৌদ্রবদুদা ঐখোয় খর লাকপদুসু নোং খর পারিঙৈসিদা হম্নহৌরসি হায়দুনা থোক্লরকলে। ছাটিনগা য়াওদবসিদা য়ুম অমুক্তা য়ৌহৌগে হায়দুনা থোঙ খর কল্লপ থাংবা হোৎনরি ঐ। হিরো সাইকলগী নুংশিরবা মন্দিল্লাদুনা ক্রি রি রিং ... খিংলগা ইনাক্তা থৌজিল্লক্তুনা কুমথরগা ছাটিন তঙ্খায় অমা তুম্নীরদুনা ঐঙোন্দা ওস্নিল্লগা - "থবায় য়াম্না য়াওবা অমা ঙসিদি ঙন্তা চৎলম্মীনা করিগীনো ?

- নঙ উদবদুদা থবায় নুংঙাইতদুনা হল্লবা।
- ঙসিদি করি নুমিৎনো ? য়াম তাংবা বাহে অমা তাইদা। কয়াম কুইনবু চৎক্কদৌরিবা ........ ?
- য়াম কুইনা চৎকনিদা।
- অওইবা ?
- উম: অওইবগী।
- ঙসিদি য়াম নুংঙাইবো ! করিগীনো খংদে।
- বারমদাইগীনে।
- বারমদাইগীনেবা, করিগী ?
- মুৎলমদাইদদি থাওমৈসে খংঙান ঙাল্লিদনা।
- নঙগী বাসিদি কিসিল্লকএবো।
- কৈদৌবৈ কিদোইবা ? ঐ লৈরিসিদি।
- ও - ঐনা কিরিসে অদোমবুনে।"

ঐখোয় অনিমক নোকমিন্নৈ। নোং খর কনসনলকপদুদা ঐনা "নোংসি কনসিনলকএবো, আদৈ শংসিদা ঙাইহাক্তং থুপখিসিসে" হায়দুনা শংদুদা চংশিল্লে। ফৈনা তুদুনা লৈরম্বা ফানসাংদু হুগৎতুনা ফম্মিন্নরে। মানা খাওদুদগী চেখাও অমা লৌথোরক্তুনা পিরকপদুদা ঐনা

- কৈনো সিবু ?
- ফুরিৎনে পাম্বরা য়েংঙো।
- নঙনা পিববু করিগী পামলোইদৌরিবনো ? রেনু, ঐ বা অমা হায়গেনা।
- নঙগী বাসে হায়খ্রপোৎনি, করি বানো ?
- ঐখোয় অনি লাপথোকনহৌরসিরা ?
- নঙবু ঙমলদ্রো ?

- ঙমগনি।
- ঐদি ঙমলোয়।
- নঙসু খন্দুনা য়েংঙু য়েনু, ঐনা নঙবু নুংশি, থাদোকনিংদে হায়দুনা নঙবু ইনাক্তা থম্বা হায়বসে ওইথোক্কনি হায়বা থাজদে। নঙগা ঐগা অঙকপা ফংনা খেন্নে। কলেজ তমলিবা অসিফাওবা লোইসিনবা ঙমগদৌবা মানদ্রে। নঙনা ঐগীদমক খনবিবা ঐ খংঙী। ঐনসু নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবনি। অদুবু ......।"

ঐগী চিন মেনসিনদুনা থমখ্রে। মাগী মীৎলু অনিমক পিরাংতনা পুমচোৎ চোৎলমলে। অবা চৈনা খাংঙমদ্রবী মাইথোংদো ঐগী লেংবান্দা ভাথরদুনা খাংজখি। থম্মোয়নুংদগী অহিক্লবা খোহাংদুনা ঐগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম থোকখি। ঐবু চিংনা য়েংলদুনা অহিক্লবা খোঞ্জেলদুনা হায়রকখি- "নঙনা ঐবু থাদোকপিরমলবসু ঐগী থম্মোয়নদি নঙবু কৈদৌঙৈদসু থাদোকলোই। ঐনা বাশকলিবসিনি 'নঙ নত্তবা কনাগুম্বা অমত্তগা ঐগী পুন্সিগা হিংমিন্নরোই।"

মাগী বাহৈদুদা ঐগী শোছরুরবা থম্মোয়সে মপাঙ্গল কনখৎলকখি। মাগী মখুৎ অনিদু চেৎনা পাইশিনলদুনা হায়খি - "নঙনা ঐগীদমক অদু য়ৌনা লেপ্পীরবদি ঐসু নঙগীদমক পুন্সি চুপ্পা লেপলবনি। ঐগী অনৌবা থৌনা পুথোক্লুনা লানফম পুম্বা মাইয়োক্লরগনি।"

ঐগী বাহৈদুদা মহাক কয়াদা হরাওজখিবা, পিরাংতনা চোৎলবী মাইথোংদুদগী পাবারবী চিনবান্দুনা মোমোন তৌজখি। ঐখোয়নি মফমদুদা কয়া কুইনা লৈখিবা খংহৌদে। ঐখোয়না হৌগৎলকপদদি নুংথিলগী পুং অহুম-মখায় তারমলে। নোংসু হাংখিদুনা অপাবা নুংশাগী মঙালনা নোংজু মরক্তা বানা লেল্লুরবা পাম্বীশিংবু মশা

তেখৎচরসনু মতাগুম তপ্না ঙানথোরক্লে।

"কৈদৌরে নুমিৎ তাগদৌরবসিফাওবা ফমুংদগী হৌগৎত্রিবদুনা? নুমিদাংগী শিং লৈত্রিবনি অমুক্তা খায়দোকহৌরুরোলাও, হৌগৎলো লাকও, নুমিৎ তাদৌরবনে।" ইমানা ফমাংদা লেপতুনা ঙাংলকপদুদগীদি ঐগী নিংশিংলম্বদু মাংখ্রে। ঐনা হৌগৎ হৌগৎনা খনখি - "নিংশিংবা নঙসু অচৌবা লৈনা মখল অমা ওইরেকো।"

২১।০৪।১৯৮৬

# নোংমা চৎথোকলুবদা

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎনি, য়ুমদা লৈবদা তৌফম খংদ্রেদুনা ফি হোংদোক্লে, ইমাদগী ঙংগৈ ঙংলগা লুপা তরা ফংলদুনা হাপচিনলে। হিরো সাইকল অমনবদু তোংখৎতুনা কদোমদা চৎতৌরিবনো হায়বদি মফম খংদনা থৌদোরক্লে। ঐগী সাইকলদু লাপ্পা চৎপা ঙমলোই, কদাইদা চৎতোইনো হংলিমাল্লে য়েৎথংবা খোংনেৎভু হেক লৈথবা খুদিংগী "কদাইদনো? কদাইদনো?" হেক্তা হংলকপা। ঐনা - "নমীংদি হিরোগা কৌশিল্লদনা, নপাঙ্গলনা য়াওদ্রি'বদি ষন হনুবিদুমঙাই। নপোকথা লানখিবতা মঙাইরিনে নঙবো, কুরোন ছুরেনে ননঙ্গলগসে, ঐনা নঙবু উকায় তকপগুম শিজিন্নবসু নত্তনা। নিঙাই তৌনু, ঐনা চৎলু হাইরিমখৈ য়াদৌনি নঙদি, চৎলু।" ঐগী বাতাদুদা শাওনিংলব্রা খংদে, য়েৎলোমদমক হংলম্বদু ওইরোমথংবদুমসু য়াওখৎলকএ, মরোলসু করি করিনো অমুকতোইবা জাৎ জাৎ লোনখৎলকএ, লোনগৈ লোল্লুরগা "ঙমলোই, ঙমলোই" হায়বদগী অতৈ হায়রক্ক্রে। মাগী মতৌদুদা ঐ নুংশা থিবা অমা য়াওশিল্লকএ, লৈশাবি মমাংদকা মচোংপাক ইনাই নাইদগৈ, নিঙাইগকা তৌখৎলকঅবদি ঐদনিকো চোপতৌবা খল্লুবদা কারখানা অমদা থৌজিনলে। "থাউকাপ অমুক্তা ব্রাইজগেবা" হায়দুনা হংলকপসি ঐনা লমলোং বজারগী কারখানাশিংসি মশিং সুজিল্লক্লে। থাউ য়াওবা থাউকাপ অমফাও ফংদ্রবদা কান্নররোই খংলদনা অকোনবা চংবদুদদি শেমবিয়ু হায়রে। পেদলদু হাংদোক্কুনা মমাই চামলি চামলিবা গুল্লি অমা অনি শিল্লে। গৃস খর তৈশিল্লগা লোইসিনখ্রে। ঐনা - "কয়া পিরম্মুগে তাচাউবা?" হংলুবদা ঐদি য়ারেগা হায়রক্কদবোই নিংলুরে অদুগদি "লুপা অনিদং থনম্মু" হায়দনা তশেংনা হেক্তা মহায়রে। ঐসু বা মখা তাদ্রে। ফুরিৎখাও

হুমজিন্দুনা ইমানা পিরকপা লুপা তারাদু শৎতোক্তুনা পিরে। ঐনা - "তাচাউবা থাউকাপ লৈত্রো? চাকাসি থাউ খিত্তা কাপকেবা" হায়রুই। তাচাউবা বা ঙাংলমদে, মনুং চংখিদুনা থাউকাপতুগা শেল অচোইবদুগা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা পিরে। ঐনা খল্লি- "মোইগী থাউকাপসিদি অনি অনি থমবোইরেকো।" কুইথদ্রে পরপ পরপ অদুম থোক্লকএ। নহানবাইদি নোংমাইজিংগা ওইরবদি সরকসি ইহাং হাংবনি, ইতোমতগা চৎপদি হঙ্গোয়বা অমা পোকলমলিপোৎনি কৈনো। হৌজিক্তি নোংমাইজিংনবু হেন্না চিল্লেনেসে। অঙাং চোইহাশিংসিসু অঙকপনি, ছুটি নুমিৎসিদা থৌরিবা ভেসপা, লুনাশিং অৱাইবনি অতাক্লবমখৈ। হৈ খংদে, হৈতে খংদে। ইনাক নকনা 'শৎ' থৌজিল্লক্তুনা 'হুইস' লাওনা হেনকৎখিবদা ঐনা 'শ্বায়' লাওহৌবদো মোইদি নুংঙাইহিরিবজাৎনি শোক্লগা চেংশাইফম কাইনেদি খহুদ্রদনা। লৈশাবি মচাদু ফনা ফিংনা থৌগৎখি। ইপা লানখিবদু ফনা য়াংখি। মিনুথোং য়ৌরমদাইদুদনি মানা লুনাদু পাইদুনা লেপলম্বদো, ঐ উবদা - "তাম্মো, গাড়িসে ষ্টার্ত হৌ হায়বা য়াদ্রে অমুক্তা য়েংবিরম্মুবা।" মখোঞ্জেনদু তাবদা শাওনিংলম্বদু লোইনা মাংখ্রে। করিগীনো খংদেনে, নুপীনবু হায়রবদি থম্মোয়সে হেক্তা পেত্থখিবা। তাম্মোগা হায়জিল্লকপদুদদি নোকফেৎ তৌশিল্লে। সাইকলদু ষ্টেন্দ থাদদুনা লেপহনলমলগা পুকচেল চাওবা শারদনা মনাক চংশিন্দুনা য়েংলে। ঐসু খংপোনত্তে করি'মফাও, ইমান্নবগীদা মনিংদগা নপতনা খর তোংখিব্রা অদু মঙাই। নোংমতা মখুম হাংদোক্তুনা য়েংলুপোৎ নত্তে। অদুক পংখ্রবা ঐনা করম হায়না লুনা শেমনি হায়দনা চংলুরিবা হৌজিক্তা খছুরুবগা অঙকপা অমদুম পোকলকই। ঐনা অওৎ অপা শারিসু, থাউ য়াওদ্রে খংবদু মঙাই, পাইপতু শৎ শৎতোক্তুনা হেক্তা য়েংলুই, হায়গুমলদনা থাউ অমত্তা তারকত্রে। টেপকী নোকতু লৈথোক লৈশিন তৌদুনা য়েংবদসু থাউ নিংথিনা থোকলকত্রবদুর্দাদ পাইপতু হাপচিনবিরে। থাউ টেঙ্কী মখুমদু

হাংদোক্তুনা অনি-অহুমলক চিন্না কামলে। ষ্টার্ত তৌদুনা য়েংবদা হৌরে। মানদি খল্লমনি "ফনা হৈ" হায়না। ঐনা "কদায় য়ৌবিদোয়নো?" হংবদা "বজারদা চৎলুগে তৌবনে তাম্মো" মখোনজেন্দু ইমেং হেক মেংলদনা মানা খুমলকখিবনি। - "অদু ওইরবদি বি: ও: সি: দগী থাউ খর হাপচিনবিগ্নো। থাউসি ইয়াম য়ামদ্রমাল্লে" হায়রুবদগী মানা করি করিনো অমুকতোইবা ঐবু তপ তানা থাগৎশিন্নরন্নগা অদুম চৎখ্রে হন্নফাও য়েংলমদগৈ। ঐনা খলহৌই -"মঙোন্দবু কনানা গারি শিন্নরক্লিবা জাৎনোনে।" ঐসু সাইকল তোংখৎতুনা থৌরক্লে। মিনুথোংগী অঙম্বদু কাবদা তপ হেক তাই, ঐনা খল্লকই - "লুনা থৌবিদুদি নুংঙাইনা চৎলমগনিদা।" বি: ও: সি: য়ৌরে। সিনেমা হোললোমদা থৌজিনলে। ঐনা চংখিবদা নুপী খর ইনাক তম্না পরপ পরপ চংশিল্লক্তুনা, ইকোই কোইনা লেপলরে। মীয়াই চল্লবি, চনদৌরবি, মৌ নহা রাশি লৈখ্রবি অমসু য়াওরিয়ে। মখোয় ময়ামগী মতৌদু ঐদি চঙক্লদুনা য়েংলি। খুৎলৈ থুরবি অমনা শৎ হায়রকই - "দি: সি: দা টিকেৎ কয়ানো ইবুংঙো আশাগীরো? জিনাগীরো? অনিমক য়াওরিয়ে।" অদৈদি মথং মথং হায়জিন্নরকই - "বেলকোনি, রিয়র অপাম্বতা হায়যু ইবুংঙো লুপা অনি-অনি তা হাপ্পীরম্মুসে য়াম হায়রোই।" ইমাইপেম্মা মহানি, ঐনা তম্বদা হৈতরবননি। ঐ করি অমফাও খুমদনা নোকফেৎতমক তৌরগা মোই মতৌদু তুমিন য়েংদুনা লৈবদুদা মৌ নহাদু তল্লব্রা, ইন্নাইরব্রা খংদে মমাই লৈথোক্তুনা অদুম থোকখ্রে। অদৈদি অতৈসু খংহৌদে, গুরুং চৎনখিদনা ইনাক্ত অমত্তা লৈহৌদ্রে। হন্না য়েংথোকখিবদদি পাখঙ মচা অমগা লৈশাবি মচা অমগা হিরো সাইকল অমমম তোংলদনা থৌজিল্লকপদু ঐসু উরে। মোই ময়াম অমুক্তং ঙাংশিনখিববু ইমাইপেম্মা মহানেবানি। ঐসু মচি অমদা লেপলগা ফজনা য়েংলে। লৌগ্রে দি: সি: গী টিকেৎ অনিদু গোবতা মুকখাইদনা মহুৎতগী লুপা তরেৎ তরেৎ হাপলগা।

কালা বজারি মচিন য়াংবিদু নোকফেৎ তৌরগা পৈশাদু থবাক মপাদা কুপলিবা ফুরিৎ মচিদু খিত্তং কাংথৎলগা কিৎ নমসিনখি। ঐনা খলহৌই- ‘‘লৈশাবি মমাংদদি পাখঙসি লিন্দুফাও কাল্লগা চৎলি হায়বদো চুমবোইরেকো।’’ ইকুই কুইদে, মথং মথং ফনা য়াম্না হায়জিন্নরকই, কেথনরদনা। ফজখ্রবি মিৎফম হোংনিংদবিগসু মথেংনৈ। জুৎ ইচা চাদবি, মচু ইতা তাদবি ওইনা কেবীসিংদুসু , ঙসিদি ঐখোয় কৈনোগা চৎমিন্নদৌরমনিগাইনা কেগৈ কেথবগা লকচরবজাৎনি ইবাও হেক রাওরদনা। য়েংববু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাকনিকো। মীগী কুম্মৈদু হেক য়েংলিঙৈদা পুং তারা তাবম্নদু খংহৌদ্রে। ফনা কুইরমাল্লে থন্দুনা সাইকলদু তোংলগা থৌদোরকপনা কংলাপার্ক মচিন দিঃ এমঃ সিঃ গী গেট মপাদু য়ৌবমক্তদনি, ইমাংদা ভেসপা অমগা লুনা অমগা রাইশিন্নখিবদু। লুনা থৌবিদু ফনা নিংথিনা শোক্লমল্লে, জ্ঞানদি তাই হায়ববু তুরিবদুদগী হৌগৎলক্তে। ভেসপা থৌবা নহাদুনা রিক্সো অমদা হাপলগা হোস্পিটালদা পুখ্রে। লুনাদুনা খুয়াথোংগী রার্কসোপতুদা। অনিদু চৎখ্রবদা তিল্লমলিবা মীয়ামদুনা ঙাংনরকই - ‘‘ভেসপা থৌবদুনা লাল্লিনে, মা ফুগদৌনিনে, ঐখোয়গীদা নত্তা তৌনি।’’ অমনা অমুক - ‘‘লুনা থৌবিদুসু খৎমল্লে, শিবু শিদে মরাইবক ফৈ।’’ লোইবা নাইদবা বিচার চৎথহৌই। ঐ তাবা তল্লদুনা অদুম লাক্লে। ঐনা খল্লকই - ‘‘কনানবু শিবু শিদে, খিৎ হাকমনখ্রে, লম্বী মতাসিদা হৈরবনি, শিংলবনি হায়দনা থৌরিবা মথৌ মরক, গোলাই লৈশিনবদগা শিত্তুনা তুরবদি নাকন নাম্মদি অমত্তসু লৌবা য়ারোই’’। খংহৌদে, পিঃ দব্লিউঃ দিঃ গী মপাদু লানথোকপদা মঙাইরি। ঐগী সাইকলদু থাম্নগা লৈশাবি মচা অমনা ঐগী ফুরিত্তা ফ্লেগ মচা অমা থেৎচিনবিরগা নোকফেৎ তৌরদনা - ‘‘লুপা অম্মতং ওইরবসু য়াইদা অঙম্বা খরদং তেংবাংবিরম্মু’’হায়রকখি। ঐ জ্ঞান তাহৌদে, নমবোই হেক্তা পোইখিবদুদদি, লুপা অনি চৎপি অমা বেক পোকেত্তগী লৌথোক্তুনা

পিশিল্লে। লুপা অমা হনদোরকখিদবোই নিংদুনা ঙাইহাকতং ঙাইরুবনি অদুবু হন্দোরকত্রে। মাগী থাগৎ রাহে মতেক অমা হাইরকখিবদুনা লুপা অমাদুগী ওইরেকো হৌজিক্তদা ভাব তারকই। ঐনা খল্লকই - "নোং চুবগীসু ক্লেক য়োন, নুংশা শাবগীসু জরনেল ফোং, মসিনা করি কান্নখৎলকলিবা হায়বদুদি ইউৎ হেক উৎতে। মৈতে লৈবাকসি ইতে তৈদুনা তোকলদমাল্লেদা।" ভুংলোমদগী টাতাগী অয়াকপা হোর্নদুনা অমুক্তং খোংজিনলকপবু ময়াইদা চৎপসু নত্তবা ঐঙোন্দা। ফজনা খংই। নাকোংসি ফনা কুইনা য়ঙ য়ঙ লাওদুনা লৈখি। খল্লকই - "নোইজ পোলুসন থিংনবা সরকারনা কন্না হোৎনরিবসিগী মাইয়োক্তা লৈরিবশিংসিবুদি ফানবা খক হোৎনদে পুলিসনি হায়দুনা তৌরিবশিংসিসু চারা অমতংগী হায়দুনা রিক্লো থৌজরিবশিংসিদদি অঙকপা এক্সননি মখোয়গীসিসু।" খংহৌদে, বজার মনুংগী শামু মখোংদুদা লৈরমলে। শামু অচৌবদু উবদা খল্লি- "মশম খাক, মোর্ফিন কাপ, নংঃ ফোর থকচিন, লৈবুঙদা উখোংদা রারেম ঙাং, নুপী অঙাং অচৎ অওকতা গরম কাশিল্লিবা, নহারোল মখৈ ইজ্জৎ মাংহনলিবা কলিগী লাইমু শাবশিংদু মনাতোন অশাংবসিনা কোৎ কোৎতুনা নম্বুল ভুরেলসিদা থাদদুনা মাংহল্লবদি নুমিৎ খুদিংগী লৈ পরেং অমমম শিবিদৌনিদো।" "করিনো অদুক থরায় য়াওনা য়েংলিদুবু? মীনা কৌবগা তাদবমখৈ।" লেংবান্দ পাইদুনা হায়রকপদুদা লৈথোক্নুনা য়েংলুবদদি কুইনা উন্নখিদ্রবা ইমান্নবা অমা লেপলম্বদুদা ঐ ঙকচান্নরুরবসু খূৎ শোক্নদুনা থাজনবা উৎনরে। পান দুকান অমদা চংদুনা ক্না চামিন্নরে। লুপা অনি চৎপী অমা পিশিনববু অচোইবা লৈত্রে হায়দুনা মিথাই ওইনা হনলকপদুদা ঐনা খনখি - "পৈশা অচোইবা তাংবসিদি কারবাররালাসিংদদি অনি থোক্না কান্নরে হায়ববু অরৈবা ঐখোয়দদি দুনা দুনা চৎলিনে।" ফনা কুইনা রারি তৌমিন্নদুনা পোখামিন্নরে। নুপী কৈথেল অদুরাইদগী ঐখোয় অনি খায়দোক্নরে। অলুগল্লি ফাওদোক্নুনা ধর্ম্ম শালারোমদা

লাক্লে ঐ। গান্ধি এভিনিয়ু য়ৌরমদাইদনি ময়াম ওমশিন্নরমবদো। ঐসু ঙাইহাক য়েংলে। অমনা অমা হায়, অমনা অমা ঙাং, বা লৌফম খংদ্রে অদুবু মসিমদি খংই মদুদি - ‘‘নাকল অনিমক অচুম্বদুদি নাথৈদুনা থম্বীখ্রে।’’ কান্নদ্রে খল্লদনা অমুক পহ্নদ্রে। লম্বিদা মহাত্মা গান্ধিগী মুর্তিদু উবদা খল্লকই - ‘‘নঙনা পামজরম্বা ‘অচুম্বা’ অমদি ‘অহিংশা’দি কনানসু থওইবিদ্রেদো!’’

মতম হায়বসি খংহৌদেদা তৌফম খংদে হায়দনা মফম খংদনা থোক্লুবনি। নুংথিলগী পুং অহুম তাগদৌরমল্লে। ঙসাইমখৈদি চাক থোইনা লামলমদে, বি: ও: সি: গী হোটেলদু উবদা খংলাম লামসিনলঅদনা করিনো খর চাগে খন্দুনা সাইকল কুমথরুরবনি। হোটেল বোইদুনা গ্লাস অচাম্বনি হাযদনা পুসিনখিবদু উবদা ‘‘সিদবু চাবা হৌনব্রদা’’ খন্দনা অদুম লাকলে। ‘‘মীনা চান্নবা হোটেলগী থবকসিদি মচু খর তানা হোৎনবদি ফবনি খনখি।’’ য়ুম য়ৌরম্বা খংহৌদে, ফিগা হোংদোক্তে, চাক চাগে হায়দনা ফমথবতা মঙাইরি ‘‘য়ুম মৈ চাক্লে, য়ুম মৈ চাক্লে’’ হায়দুনা লাওরকপদু তাবদগী পাখৎতুনা ঐসু চেহ্নোরক্তুনা য়েংলে। অদুগদি অা– কোংপালগী লৈপলদা হাপ্পু মৈ থাবা ওইরমলে। ঐনা চংলক চংলকনা খনখি ‘‘হে! মীওইবা নঙগী নচিনসি য়াংখ্রেদা, থাজবা কয়া মাংদুনা ওইজবা কযাসু নাথৈদুদা চৎলমগনি।’’

২০।০২।১৯৮৬

# ঈথেম্রবা ঈচেল

ঐনা চংখিবদা কাকানা ঐবু তরাম তরাম ওক্লদুনা মাগী কাদা পুসিন্দুনা ঐবু ফমননবা হায়খি। ঐ সোফাদুদা ফমথরে। কাকানা

- “ঙসিদি মচিন-মৌপ্বা হৌনরগা রুপ মহলদা ড্রামা য়েংলুনি হায়দনা চৎমিন্নখ্রে।
- অদুদি কাকা ঐ অমুক য়ৌরগে।
- ঙাইখো কৈনোনে, ফমখো। কাকা শঙ্গোম শেমলুগে।
- য়ারে কাকা য়ারে, তৌবিরুরনু। ঐ হৌজিক্তা চাক চাবা তোক্লকপদা ঙাইরিয়ে।
- করিগীনো অসুক থেংনা চারিবদি ?
- ঙসাই কলেজ চৎপদা চাবা নংদ্রবা, প্রাকতিকেল লৈদনা ঙস্তা চৎলবা।
- য়েঃ অদু ওইরবসু নহাগী পুক হায়দুদি হাপলিবমখে য়াবনি। নঙ কাকাখোয়সু নহা ওইরকলিপোৎনিদা।”

হায়রমলগা নোকমি নোকমি তৌদুনা অদুম থোকখ্রে। ইতোমতা লৈবদু ইহৈ হৈনদ্রে। টেবিল মথক্তগী জর্নেলদু ফাক্তোক্লুনা য়েংলি “সে সে, শঙ্গোম থকসি” হায়দুনা সাইড টেবিল মথক্তুদা শঙ্গোম গ্লাস অনিদু থমলগা কাকাসু মাইয়োক্লবা সোফাদুদা ফমথখি। ঐনা “অস, ওছোক্লা থুনা পুথোরক্লেদা কাকাগীসিদি” হায়দনা ঙক্লা হৎবদুদা কাকানা “এহঃ ইমানা হান্না শাহন্দুনা থমলমলে। চিনি হাপ্লগা অদুম হেক্তা পুথোরক্লবনি।” হায়দুনা গ্লাস অমা পাইখৎতুনা অমুক্তং চিংলুরগা ঐঙোন্দা ওন্সিল্লগা অমুক - “ঐগা নঙগসি

ওসিন্নদুনা করি কমদৌবা হায়বদু নোংমতা খন্নবা ঙমদে। কারবারনি হায়দুনা তৌসিনলুবসিদদি ঙাইহাক্তবু পোত্থাবা শংদ্রে ঐসু। ঙসিদি তান চারে ইচাগা থেংনবা। করম করম তৌবা নচনগা ননাওগসিবো ?

- ঙৌবিসানাদি আশা য়াম্না তৌরিবনি কাকা। অদুগা তোনদোনবসু খর কম্না হোৎনরবদি শেম্বা থোক্তনিদা। মাগী কাওগনবা অসিদনি মানা শোয়রিবসে।
- খংদে ইবুংঙো, কাকাগীদি নঙবু থাজদুনা শিন্নরিবসিনি। নঙনা ফনবা হোৎনবিগদবনি। ঐনদি নোংমতা মখোয়বু য়েংশিনবিবা ঙমদ্রবনি। নচননি-ননাওনি নঙনা ফনবা লাক্তদবনিকো।
- ঐ হোৎনজনি কাকা। ঐনা হেক ঙমলিবমখৈ মখোয়বু য়েংশিনজগনি।
- ঐনদি মখোয়সে আশা য়াম্না তৌরিবনিনে। মমাগী অরাৎপা অমা লৈরবসু, হেক য়ারিবমখৈ মখোয়গী মনিং থুংহন্নবা হোৎনরিবনি। ঐগীদি নুপা হায়বা লৈতে, নুপী হায়বা লৈতে। মথায়বু য়াওরবদি চংনিংবা শেল চংজসনু।
- কাকানা ঙৌবিসানাখোয়গী ...... মমা পনলকপসিদা ........ অঃ ......... ঐ ........

  নঙনা খংনিংলিবসি নখোয় অন্টিগী বারনে ?
- হোয় কাকা
- ঐদী মাগী বাসে নিংশিংনিংদ্রবনি অদুবু ইচাশিং অসিগী বারিদদি মাবু য়াওদবা য়াদবা অমা ওইরিদো। মীওইবা হায়বসিসু শা মখল অমনিনে ইমোচা। থাজবা হায়বসি লৈত্রবদি মীওইবা অমনা অমবু থওইনরক্তবা তাবনি। তাইবঙপানসিদা শান্নরিবা লিলা কয়াদি নুপীশিংদগী হৌরকপনিদো। নঙসু পাখঙনি মুন্না খল্লু, ফজবি নুপীশিংগী মাইথোংদুখক মীতারুনু, থোৎলবি

হকচাংদুতমক মীহৌরুনু। নুপী থিবা লাইনা খক খল্লুনুকো। থোৎলবী হকচাংদুদা য়াওরিবা কল্লবী থম্মোয়, তমথিরবি পুকচেল, অঙকপনি। মততমদো নিংশিংলি -

- মালা নঙবু ঐখোয়গিসিদা লৈবসিবু য়াম্না রারব্রো? রাববুদি রারমলগনি ঐসু খংঙিদা। নঙঙোন্দদি অচৌবা অহোংবা অমনি মসে। অদুবু কমদৌনি, নরাইবক্লদি ঐগী খাংপোকশংসিদা তারমলেদনা।

- ঐবু রাবা মাল্লব্রো? হিংমিন্নবা হায়বসিদি সি ঙাক্তনি। অমনা অমগী মতেং পাংনবা, অরাবা উমিন্নবা।

- ঐসু খল্লিবনি, নঙগীনি হায়দুনা ফি মতেক অমফাওবা শিনবিবা ঙমদে। ফনেক মচু অমফাওবা ওনবিবা ঙমদে। হনতক বিল ফংবদদি নঙগীসু করিনো অমতংদি তৌগে খল্লিবনি।

- ঐবু নোংমতা শেৎহন্দে চাহন্দে হায়দনা হায়খ্রবরনে? মীগী শেল খর শোকচিল্লুরিবা অসিদুম হান্না শিংতোকখিসিদা।

- মালা, নঙশিবু ঐনা করম্বা লাইবক ফবা নুমিৎতা থেংনরুরিবনো। রারবসু রানা মতম খরদি খাংমিন্নখিসিকো। ঐখোয়গীসু মতম লাকখিনিদা।”

কয়াদা চান্নখিবনো থম্মোয় অনিদো। অমনা অমবু পেন্দবা, রারৌনবা অমত্তা থমনখিদে।

চহি অহুমলোমগী মতুংদনি, ইচানুপী অমগা ইচা নুপা অমগগী মপা মমা ওইরিবসি। হন্তক মরকসি মালাসু তোইনা মপামদা চৎলি অদুগা ইনেমবোক ইবেলৈসু ফনা তোইনা ঐখোয়গীদা লাকই। নোংমা ঐনা হনজিল্লকপদা কা মনুংদা শান্নরিবা রারিদু হেক তারুরে

নঙ মী ওইররোই, মী ওইররোই হায়রিবসিনিকো। লাইর-চুদৎনবা নুপাসিদা লৈরগা নঙনা চাওখৎলক্কদবা অসিবু

কদাইদনোনে ? নুংশিনরিবনি হায়দুনবু নুংশিৎ ফাদুনা চাবা য়াব্রো ? লৈচিনবু ফি ওইনা শেংপা য়াব্রা হায়বা ? নঙ অসি পঙইদকো ইমাগী ইবেম্মা ! ঐনা হায়খিবশিংদো হৌজিক্তি পোপ তারেনিদো। হৌজিকসু নুংঙাইগে হায়রবদি ইমাগী বা তাওনে, ইমানা হায়বা ইল্লুনে।

- ইমা, ঐসে য়ুম পাল্লবিনি। শাগৈ অমগী মৌ ওইরবিনি। ওইথোক্লবোইদবা বাফমদুবু সুম হঞ্জিন হঞ্জিন পল্লিবসিবু করিগীনো ইমা ?

- ইসে, মসিদি ঙাওরেদনা। নঙগী নুংঙাইনবনিনে ইমানা শিল্লিবসে, অপঙবি।

- কান্নদবা বানিদা ইমা।

- ইমাগীদি হায়রিবসিনি, লৈশাবি মচাগুমলিবি নঙনবু লেম্না মাংগদরো ? নুপা অসিদা লৈরুনু হায়দনা ফাদোকপবু নঙনা হেক ঙমদনা লৈরিবনিনে, হৌজিক্তি করি শারে। ননাদা সনা মচেৎ অমফাও নপ্পা ঙমদ্রেদনা।

ঐ তাবা ঙমদ্রদুনা অদুম থোকলকখিবনি। অঙকপনি করম্বা অপাম্বা তাল্লিবা।

ইথা থাজদনা নোংমা নোংমগী মালাগী লমচৎতা অহোংবা অমা লাকখি। করিগীসু হোংলকলোই - ‘‘নুঙ ফাওবা লেপ্তুনা তক্লবদি নোংমা শোইদনা তুমখিগনি।’’ নুমিত্তো কাওবা খক ঙমদে

- ‘‘ঙসাই অয়ুক্তগী নুমিৎ তারবসিফাওবা কদায়দা চৎলুরিবা ?

- করিনো ? চৎথোক-খোত্তোকপগসিবু অমত্তা য়াদ্রবরো ? য়ুমদা সুম নৈশিন্দুনা লৈয়ু হায়বিরিব্রো ?

- মসি মচিনগসি খুমদনা তৌইনেহে। মানা তৌরিবসি চুম্মীগায়না

খল্লিমাল্লেনে। ঐ লোইনা খংবজাৎনি কাম্নদে, ফত্তে হায়দনা থাংবনি।

- ঐবু কৈদৌগ্রবগে? মোইবানা হায়রিসিবু করিনো?
- হায় নচিন্দু থিনুনেহে, নচিন্দু থিনুনে। নঙনা তৌববু ঐনা করিগী খঙলোইদৌরিবনো? ঐ পামদে, ঐ পামদে হায়রিবসিনি। ঐগী মী মক্লা অদুগুম্বা থবক ........ ঐ সুকপাম পামদে হায়রিবসিনি।
- করিনো মোইবানা হায়বিরিবসিবু? অসেং অসেংবদুভা হেক্তো হায়বিয়ু। মচেক ময়াদা মীবু চীংনবগী মতৌ নুপা মানদবা তৌবিনু।
- মসি ঙসিদি য়াম্না থৌনা ফরেদা। য়াম্না থৌনা ফরেদা। য়ুমসিদা লৈগে হায়রদি ঐগী বা তাব তাবা। নখুসি তৌদুনা মথোং মরম খংদবা থবক তৌবদি ঐগীদা লৈনা লৈনাদি য়ারোই খংলব্রা?"

হায়রন্নগা ঐ অদুম থোরক্লে। মানা ঙাংহৌরিবা ময়ামদো ঐ থোইনা তারুদ্রে। ঐনা কোহ্নোং লাহোরকপদা নশোন পিকলপ তাখিবা হায়ববু।"চৎখিনি, ঐ চৎখিনিয়ে। নঙগীশিদা ঐবু করি য়েংদুনা লৈনিংগদৌরিবনো, চৎখিগে। নচা অনিগসে য়োকচহৌ হে- হে।"

নুমিৎতুদগী ঐখোয় অনি কাইনবা হায়বদু অদুম ওইখ্রে। ইচাশিং অসি মরাইবক থিবা হায়বদো ওইহৌরে। থা মরি মঙারোমদা ঙাইরিবা ইচানুপাসে মমাগী তম্পাক্তা হিপ্তুনা খোম্লাং মবুক থম্না থকচদুনা শাম্নজবা ফংজখিদ্রে খল্লুবদা তৎতনা পিরাং ইহৌখিবনি। অদুবু মাদি মচা অপিকপা অমনা মবুক লামলকপদা খোমলাং নিংশিংলকলমগনি হায়বা ফাওবা খনখিদ্রমাল্লে।

মতম খব হৌখ্রে। চনৈনরম্বা বাখলশিং তপ্না তপ্না লোইশিল্লক্লে।

ইমানদি মচা লৈরিবনিনা হেক কাইনবা য়াবা নত্তে কৌশিল্লুচো হায়দনা হায়মনবদগী ঐ মাগী মতৌদু পেন্দ্রবসু ইমাগী রাসি চুমমাল্লে খন্দুনা মাবু কৌবা অনিরক চৎলুই অদুবু মাগী মমাইবেম্মদুনা অমুক্তফাওবা উনহনদনা হনহল্লকখি। মাসু লাকখিদে। মতুংদদি অদুম চৎখিদ্রে। ইমাসু নোংমা চৎলুই অদুসু ইকাইবা নংলগা হল্লক্লে। নোংমা নুমিদাংরাইরম অমদনি, ইমানা -

- ‘‘কদায়দা চৎথোক্কদৌরিবনো নঙবো ?
- থাংমৈবন্দা মী অমত্তা উন্নরুগে ইমা। তোনদোনবদি ?
- মবুক পিক থন্না থকচিনবদুদা তুমনিংলমাল্লেদনা সুমলমবতা ঙাইরি। নঙবু কয়া থুরবনো ? বা অমতং তান্নদবা য়াদ্রেনে। করি রানো ?
- হৌজিক্তি মরি তৎনবা হায়বদো ওইরবনি। অঙাংশিং অসিগী খল্লগা মহাক নোংমদি য়ুমসিদা লাকখিগনি খল্লুবনি। ফরে চৎখ্রসনু, হৌজিক্তি শাগে অমুক হোংখ্রবনিনা মানা য়ুম অসিদা চংলকপা হায়বদুমা ওইথোক্লরোই। মমা ইবেম্মদুগী মতৌসে ঙক্তী ঙকপজাৎনিহে।
- হোইদা ফরেদা ইমা, মাগী রাসি তোক্লসি। অসিবা মীগীবু ঐখোয়না কৈদৌবা ঙমগদগে ?
- হোয়, মদুনি ইমানা খল্লিবসু, অদুবু অহিংবা ঐখোয়গীদি খনদবা য়াদেনে। অঙাং অনিসিবু নুংশিনা লুনা নিংবিবা ঙম্বী অমা থিদবা য়াদে। ঐখোয়গীসু ফিরাল মমাই চুম্না হৌরক্লেদনা। মানা করি হেনলদনা ঐখোয়গীসু লৈশাবি অমা কোক থিরগা লোইরেদনা।
- মবুকথোক্কী মচা ফাওবা হুন্দোক্লরবা মতমসিদবু .... কদায়দৈ রানোদা ইমানা ঙাংলিদো। ফরে, মসিগী রাসি তোক্লসিসে। ইচা অনিসে মতিক চাবা মী অমমম ওইহনদবা য়াদে ইমা। ইমানা খল্লিবদো ক্কান্নরোই।’’

হায়রম্নগা থোকলকলে। ইমাদো রা অমত্তা ঙাংদনা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌই।

’সিনি ইমোচা, ঐগী মতম অমগী পুন্সি রারিগী তাংকক্ অমা। সাবিত্রি-সৈত্যাবান, সতি খোংনাংখোইগী নুংশিরবা রারিসু মরৈকো, মসিমা কাকাখোইদি থেংনদ্রবনিনা খংদ্রে। পুন্সিগী মমন লেপসি মরন মথুম পাইবা ঙাক্লা অরাংবা থাক্তা লৈবা নত্তেদা। মীগী মচৎ মওং কৈদা, শম্না হেক হায়রবদা মী অমনা তৌথোরকপা মওংদুগী ফলনা লেপ্পনি হায়বা। নত্রনে ? পৃথিবিদা থোকলিবা রাথোক অয়াম্বগী হৌরকফমদি নুপীনি। নুপী ফৎতবা ইমুংনা লৈখা তারকপা, অফবগীনা চাওখৎলকপা। নেপোলিয়াম্না নুপীগী মগুন চপ চানা খংখি। অদুননি মানা “অফবা মমা অমা পিয়ু পৃথিবি জয় তৌগে” হায়রমলিবদো।

শুমাংদা খামলরিবা কারদুনা ঐখোয়গী রারিদু থুগায়খ্রে। ঙৌবিসাননা কারদুদগী কুমথরক্লগা ঐঙোন্দা য়েংলগা -

- “দা-মোচা ঐখোয়দি দ্রামা নুংঙাইবা অমা য়েংথোকউরে। ঙসিদি লাইরিক তমলগুমসিকো। য়াম রারে’বা।”
- (মাগী রাদুদা কাকানা) করিনোনে দ্রামা নুংঙাইবা য়েংলুববু রাই হায়রিসিবু ?
- অসঃ বাবা, রারিদো য়াম নুংশিজাৎনি। নেত্তোনসু ঐসু পংকপতা কপ্পা।
- (তোন্দোনবনা) বাবা ঐদি কপ্পীদে। মী দ্রামাদা তৌসম্নবদুবু। চেচেগা নেত্তোনগসে য়াম পাংদজাৎনি। অদুগা পংসু পংবা কো বাবা।”

অঙাং অনিগী রারিদুদা ঐসু কাকাসু নোকমিম্নরে। ইমুংদগী মনেত্তোম্না “নবাম্নি নফি-নরোলগগা হোংত্তোক্লরো লাকও।” হায়রকপদুদা কাকানা “চো-চো নফি-নরোলগগা হোংত্তোকউরো। ননেত্তোনদি

থবক চৎথোকউবগী ফিরোল হোংদোক্তনা নৈশিনবসে য়াম শাওবনি চৎলো চৎলো, চৈবিরঅনি।

- (ঙৌবিসনানা) দা-মোচা, বোরা অশাবা লৈরকএ, চা লোনলকখিগে, ফম্মমুকো।" হায়রমলগা তোন্দোনবগা চংমিন্নখ্রে। কাকানা "ফমখোকো, ইমোচা, কাকাদি থবক মফমদা ঙাইহাক্তং চৎলুখিগে।" হায়রমলগা দ্রাইবর কৌথোক্লগা অদুম থোকখ্রে। কাদুদা ইতোমতা ফম্না ফম্না খনলকই - "হৌজিক্তি মচাগী কুম্মে য়েংদুনা কয়া নুংঙাইরবা। অমরোমদা নুপী য়াওদনা য়ুম্বানলকপা কাকাগী ফিভম, নুংশিববু খোংগাওনরমলগা চৎপ্রবি অন্টিগী মতৌ, মমাগী মীনুংশি অমদি চানবি মীৎয়েং ফংদনা চাওরক্লবি ঙৌবিসানা অমদি তোন্দোনবগী মরমদা।"

১৬।০৮।১৯৮৬

# হাংহৌরবা মক্ষম

ঐ মাবু উবদা ঙকচান্নবা অমদি পোকখি অদুবু হৌজিক্তি তশেংনা খংলে, মহাক ঐখোয় মেম্মাগী মমান্নবিনি হায়বা। চহি অনিরোম হেন্না উখিদ্রবা মতুংদা নোংমা ইথা থাজদনা মমান্নবি অমগীদা শোরাৎ চৎলুই হায়দুনা হল্লকমিন্নবদা ঐগা উন্নখিবনি। ঐ কাদুগী সোফাদুদা ফমথবতা মঙাইরি - "দদাচৌ, তল চাওসে" হায়দুনা মাংগী সাইদ টেবিল মথক্তুদা তলগী চেখাওদু থমলে। ঐ তলদুদা য়েংদুনা লৈরম্মী, মেম্মদি অদুম থোকখ্রমাল্লে উহৌদ্রে। ঐ কয়াম কুইনা লৈরুরবনো খংদে মেম্মানা - "হৈমা কৈদৌরে দদাচৌ, হৌজিক ফাওবা তলদুদা য়েংদুনা লৈরবদি?" হায়রকপদুদা ঐ খংপ্রেক খংখি। মানা ময়োমদু লৌখত্তুনা ঐঙোন্দা পিরগা হায়

- "সে, ইনেচানা পিরম্বনে চাউও।
- ইনেচা হায়বু কনানো?
- 'নিনা', (মানা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকখিবনি।)
- নিনা হায়বদি?
- খংঙে ইবুংঙো, খংশিন্নদবগা শারদনা। ... ঐনবুদি 'ইনমবেম্মা' কৌদৌরিনিদা, 'ইনেচা' হায়দুদি মখোয়গী অঙাংশিংনা কৌবগী মতৌ তমদুনা কৌবনে। দদাচৌ, ঐ রা অমা হায়বিয়ুরা?
- করি রানো?
- অদুবুরো .... হায়ররোইদা, ইরাই হেক লাইনা হেক্তা হায়দোকপা য়াপোৎনত্তে।
- হায়দ্রগা তোকউদনা। তানিংদ্রে চৎলো, .... ঈশিং গ্লাস অমতদুম লৌরুচো।

- খংঙে ইবুংঙো, হুরানবা নকোক্তা নাম্নী পকএ হায়দু তৌরে।
- বারেম ঙাংদনা সুম লৈহে, চৎলো হায়রদি কোক হেক চৎলোদনা।” হায়দুনা তলগী চেখাওদুনা থাগে তৌবদুদা মা কাদুদগী চেহোকখ্রে, অদুগা থোংজিন্দগী মমাই ওনসিল্লক্লগা - “ঈশিং পুবিরক্লবা ‘নিনা’ কৌবিরুগে, ঐদি থবক লৈ, চৎলেকো দদাচৌ” হায়রম্লগা অদুম চৎখ্রে। ঐ মাংগী হৌখ্রবা থৌদোক খর নিংশিংদুনা কাদুদা ইতোমতা ফমলম্মী। ঐ কমদৌনা কয়াম কুইনা সোফাদুদা তুমলুরবা খংহৌদে, ইনেবেম্মানা ঈনাক্তা লেপলগা - “ইবুংঙোচৌবা নুমিৎ ভারে হৌগৎলুনে, তুমনিংলগা ফমুংদা চংদুনা তুম্বা য়াদ্রো? ঐদি ঙসাইমখৈ চৎথোকখিবোট নিংই, হৌগৎলু হৌগৎলু” হায়রম্লগা থোকখ্রে। ঐ হৌজিক্তদা জ্ঞান তারকই — ঐ নুংঙাইবা মঙ অমা মঙদুনা তুমলুরে হায়বা।

ঐনা ইরুজবা কারকপদা মেম্মনা - “ইরুজরিবনি হায়দনা পুং চাত্রেৎমুক চংই হায়রানি। ঙাইবদা শিদৌরে।” মেম্মা শাওরে হায়বা ঐ খঙঙী। মানা এম: দি: য়ু: দা দ্রামা য়েংবা চৎপা থিনবিয়্ হায়দুনা ঙংলকলিবসি ঙরাংদগীনি। ঐসু ওহোকপা হায়দুনি, থোঙ্গ্রা মখোংদা মোন্দ্রং শান্নদুনা ঙাইহাক লৈথোক্লুরে। ঐনা ইরুবা থোক্লকলিবসি ফনা কুইরে হায়বদি ঐসু খল্লম্বনি। ঐনা খোন খর কল্লপ্না “হায় মসি অঙাংসিমা, গী গী পংতক্তা তকই। নংনি হায়রেদনা। ইসে, থোঙ্গ্রা মখোংদা লিক লৈহৌরে অমুক্তা লৌরুচো চৎলু।

- পুং অমদগী হৌনি হায়বনে, পুং অমমখায় তাদৌরে খংলব্রা?
- অদো নংনেবা, চৎলো, নঙনা হল্লকপদা ঐ ফি হোংবা লোইরম্লগে। পুং অনি তারফাও কৈশু হৌরোইসে। টিকেৎতা থাবা মতমবু .... ।”

মেম্মা শাওরংননা চৎখ্রে। ঐ কাদা চংদুনা ফি-রোল হোংদোক্লে।

শম হাৎলিঙৈদা মেম্মা চংলক্কুনা ঐঙোন্দা লিক পিরৈ। ঐনা অসুক থুনা ফি হোংদোকলমগনি হায়বা মাদি থাজদবনি, মা হরাওরমাল্লে। নোকফেৎ তৌরগা "দাদাচৌ, ইনেচাসু লাক্কনিয়ে নঙগী গুলাপ অঙাংবদো থেৎচিল্লকও।"

- ফরক অমুক তৌখৎলকএ, দাক হেক থাজিল্লঅদি (হায়দুনা খুৎ থাঙ্গৎপদুদা মহাক থোংলোমদা চেহ্নোক্কে তৌরম্মী, অদুগা নোকখি নোকখিরদনা) মানদি কৈদৌনা নঙনা গুলাপ অঙাংবা থেৎপদো ফজে হায়হল্লি ?
- তোকঅসিরা মেম্মা, চৎলগুমসিরা ?
  ঐ হয়জররোইসে, লাকও থেংঙে।"

ফিজি পাইদুনা চিংলে। চৎলে। ঐসু মাগী মরমদা ঀরি শান্ননিংদবগদি নত্তে, মাগী ঀ হৌদোরক্লগা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওজরিপোৎনি। শাওসিন্নবগী ঀনি, খুদিংমক মাগা মরি লৈনহনিংলিপোৎনি।

হোল য়ৌরে, গেটভা নিনা লেপ্পুনা লৈরমলে। মেম্মনা গারিদগী হেক কুমথবগা নিনানা ঐখোয়গী ইনাক্তা চংলক চংলক্লা হায়খি।

- "করিগীনো অসুক থেংলকলিবদি ? ঐদি লাক্লরোইদ্রাজাৎলা হায়দনা থল্লুরে। দ্রামা হৌখিদৌরে ইবেম্মা চংলসি লাকও।" মাবাম্নি ঀরি শানা শানা খোংথাং অমা অনি থাংবা হৌখ্রে। ঐনা "হোরেন পুং কয়াদা লাকও হায়বা ?
- দদাচৌ য়েংলরোই হায়রিরো ?
- উমঃ (মবাম্নি করি করিনো খর ওনসিন্নদুনা ঙাংনখি, অদুগা ইনাক্তা চংলক্কুনা মেম্মানা)
- দদাচৌসু য়েংখ্রসি কৈনো ? দদাচৌগী ট্রিক্কেৎ য়াওরকএ। লাকও চংমিন্নরসি।

- ঐদি য়েংনিংদেদা। হোরেল নও লৌবা ওইনা অদুম লাক্লগে।
- মাই হৌনবি তৌখৎলকঅদৌনি, হায়বু হায়জিল্লুরবদি নাছোক্কদবগী (ইনাক্তা চংশিল্লক্লুনা খোন খর তপলগ্না) দদাচৌ ফরক তৌনু, মীনা করি খনখিনি অসুক হরাও হরাও তৌরগা ....।"

হায়বদুদা ঐসু লৈথোকপা ঙমদ্রে। তৌবগীবুদি ঐসু পুক্লিংদদি অচৌবা আশা অমা শাগৎলিপোৎনিদা। থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবগী মথুম মরাং অমা লোম্না ইহৌরক্লিবসে মখোয়নদি খংবা নৎতে। হোল মনুংদা চংলে, মেম্মানা শিন্দুনা ঐগা নিনাগা য়েৎ ওই থংননা ফমহল্লে। ইকুই কুইথদনা ষ্টেজগী ফিজংদু তপ্না তপ্না হায়দোরকলে।

নোংমা নিংথমথাগী নুমিৎ অমদনি, বার সিমিট্রিগী গেট ময়াদা হৌবা অচৌবা হৈনৌ পাম্বীদুগী মখোংদা ফমদুনা নুংশা য়াইনা য়াইনা বারি শান্নরকলিবসি ফনা কুইরে। মানা য়াম্না লৈতানা ফমদুনা নিংঙাইবা লৈতনা মাগী বারি লিরিবদুদা ঐসু পুক্লিং চংনা তাদুনা লৈথোক্লে। মহৌশা ইকাইবদগী হায়বা ঙমনদনা লৈরম্বশিং লোইনা ফোংদোক্লরে। মাগী মাইথোং মকা লামলে। ঐগী পুক্লিংসু পেঞ্জরে।

মতম খর হৌখ্রে, মেম্মা দিল্লিদা ডাক্তর তম্বা চৎখ্রে। ঐগা নিনাগসু উন্নদবা কুইরে। নিনাসু মেম্মা লৈত্রবনিনা ঐখোয়গীদা ইরাক লাকখিদ্রে। ঐসু থবক খর চিল্লকপগা নোংমতং ফাওবা নিনাখোয়রোমদা কোইথোক্লুবা ঙমদে। নোংমা, ঐনা টুইসন তৌবিবা নিনাখোয়রোমদগী ছাত্রি অমনা - "সার, ইনেচানা সারবু ঙসি নুমিদাংবাইরম লাক্তবা য়াদে হায়রকই" হায়না তমলবদুদা করিগীবু ওইরিদনো হায়দুনা ঐসু অঙাংশিং ছুটি থাদোক্লন্নগা চৎলে। ঐখোয় অনিগী হেক হেক পাউ ফাওনফম ওইরিবা ইতৈমা তিলোত্তামাগী হোটেল মমাংদুদা ঐগী গাড়িদু হেক খাম্বগা নিনা থোক্লক্লুনা ঐগী গাড়ি মনিংদা কাখৎতুনা ফমলরে। মাগী মতৌদুদা ঐনা ইঙক ঙকপা মতৌদু ইতৈমা তিলোত্তামাদু খংমাল্লে ইনাক্তা চংশিল্লক্লুনা -

"ইবুংঙো মণিহেনবা, করিমতা নুংশা থিরুনু, ইতৈমখোয়না ফনা ফনবা তৌনি। চৎলো চৎমিন্নশ্রো, কুইনা পনথরনু।" হায়রকপদুদা ঐ ভাব-মেন ইতা তাদনা ইমান্নবা অমগী য়ুম তম্না অদুম থৌরক্লে।

ঐখোয়না চংখিবদা থোয়বদু ইঙক ঙক্লবসু ঐখোয়বু তরাম তরাম ওকপিরে। মানা থৌরাং পুম্নমক তৌবিদুনা চাক চাবা তোক্লগা ঐখোয়বু কা অমদা পুসিন্দুনা "মসিদা নুংঙাইনা পোথারো।" হায়রম্লগা থোকখ্রে। কাদুতা ইবান্নিতা ঙাইরবদুদা ঐনা -

- "কনানো নঙনা হায়রিবা নুপাদুবু? মাদি ঐখোয় অনিগী মরিসি খংদবরা?
- খংবদুনবু ফারগা নমদুনা লৌনি হায়রিবনে। মসি পুম্নমকসে ঐখোয় ইনেচৌবিনা শিনলিবা ঙাক্তনি। ইমাদসু মানা করি করিনো পংতমদা তমসিন্দুনা মপুক্লিং ওলহনবনি। মরল লৈ হায়দুনবু হেক য়াবরনে? মসিদি পুক্লিংগী ৱানি থম্মোয়গী লননি।
- ঐদি, নঙগী মাস্টর তমলিবসিতং লোইসিল্লগা অহন-লমন খংনা থবকসে পাংথোক্লে খল্লমবনি। ঐদি ইমা লুখ্রাবিনা চাওনবা য়োকপিরকপনিদো। হৌজিকসু ইনেবেম্মগী মনাক্তা লৈরিবনি। সরকারগী তলব চাবা থবক অমা তৌবসু নত্তে। ঐগী ৱারিদি কনানসু তানিংলোই।
- য়ারে তানিংদ্রে তোকও! অসিবু ৱানেনা।
- তো, অদুনি নঙনফাও তানিংদ্রিবসিনি।
- ঐদি ইশা লাকচরবসিদি ।
- উমঃ হয়েংদি নচিন হংগে হায়ররনি করি খুমদৌরি?
- নুপা অমদা থাজখিদৌরে হায়বা তাবদগী ঐবু নমদুনা ফাবিবনি খুমতারেদনা।

ও: শ্বায় মতাংসি য়ৌরকঅবদি ঙাইহাকতং তুমহৌবনা ফবা তারে, হয়েংদি জেল য়ৌবা য়াই। তুম্মসি লাকওসে।” হায়দুনা ফমুংদা হেক কাখৎপগা মৈগী স্বইচতু ওফ তৌসিল্লে।

নোংঙাল্লগা হায়দোকপা চৎপদা লুহোংগনি, নুপী মশা ঙসি থিনবিরকউ হায় হায়দুনা বাজিহললনা ইনেবেম্মাখোয়দা নুপী থিল্লুনবা হায়রম্বদুদা ইনেবেম্মাগা ইমাগসু নুপী ময়ুমলোমগী কৈদা খরা খংলবসু য়ানিংদবা ফোংদোকপদি ঙমখিদ্রে। নিনানদি লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পরগা থিনবিয়ু হায়জবনি, অদুবু বাজিহলদু রা অনিরক ঙাংগনদবা নুপা অমা ওইবগী হায়দোকখিবা রা ঙাকচনিংবা মীওইনি খংবশিংনদি মাগী বাদা হঙৎনা খুমলুবা ঙমনদ্রে। নিনানা মথ্বায় নুংঙাইতনা কপ্পদু উরগা বাজিহললনা হায়খি - “করিগী কপলিবনো? ইমৌগীদমক ঐখোয় লৈরিবসিদি, করিসু নুংশা থিরুনু। মমা মপানা মচাগী মথ্বায় রাননবা করিসু শিনলোইকো।”

নিনাবু ময়ুমদা থিল্লুনবা থৌরাং পুম্বা লোইরদুনা চৎলমদাইদুদা ঐগী ইনাক্তা চংলক্তুনা মমিৎতা মপি তাররে। ঐসু পিগী মরিক খর শিছখ্রমাল্লে। করিগীনো খংদে ঙসিদি পুক্লিংসে ওহোক্লা শোছখ্রে। ইনৌ নৌই, রা ঙাংবা ফাওবা খোঞ্জেল নিকলে। নিনানা ঐগী খোঙ অনিসি শোক্লগা মকোক নোছরদুনা - “ঐবু মীরাইবিগনুকো, দদাচৌগী সেবা ফংজবি অমা মতম চুপ্পদা ওইহনবিয়ুকো। ঐ চৎলুখিগে।” ঐনা মাবু লেংজুম পাইদুনা কোনখৎপিরগা মাগী মীৎলুদা লৈরিবা পীরাংশিংদু তৈথোকপিরগা হায়খি -“নিনা, নঙবু কৈদৌনুংদসু থাদোকলোই। ঐগী পুন্সি খোংলোই ওইগদবদি নঙ খক্তনি। ঐ নঙনা য়ুমসিদা অমুক হল্লকপদো ভাইদুনা লৈরমগেকো। চৎলুরো।” রাহৈশিং অসি হায়বদা খোঞ্জেল নিকলে। মিৎলুদা পিরাং ইহৌরক্লে। খংদে, ঐগী নুপা ওইবগী অকন অথৌগী থৌনা পুম্বা মাংখিবগুম তৌখ্রে। মসিবু নুংশিবগী মগুন হায়বদুরা?

লুহোংনবগী নুমিৎ লেপনবা চৎলুবদদি লুহোংবা ঙমলরোই হায়রে। বাজিহলদু কছি থোক্লা শাওরে। নুপানা রা অনিরক ঙাংই হায়দুনা নিনাগী মপাবুঙবু হন্দুনা ঙাংলে। বাজিহলনা শাওখিবা হায়বসে নুঙ অতেকপনি। করিনো থোকঅবা অমদি তৌরকঅনি। ঐ নুংশা থিদবা ঙমদে। ইহাকথক্তা অসুক চাওনা রাথোকহন্দুনা লৈকায় কুম্মে ওইহনবা হায়বসে কয়াদা ইকাইনিঙাইনো? খুৎ থোক্লরে। বাজিহলগী লিচৈদুনা ফনা য়াম্না ওৎখাইরমলে খংই, লুহনবা পাক ঙমলরোই। অমুক হন্না রা ঙাংনদুনা শক্তাইনরগনি হায়বা থাজদ্রে। মরকসিদা নিনাগা পাউ অমতং ফাওননবা কন্না হোৎনবসু অরেম্বা তারে। নিনাবু কোইশেন শেন্নদুনা চেকশিন্না থমখ্রে।

থা তরুক্তী মতুংদনি, নোংমা ইথা থাজদনা নিনাগী মনাওনুপীশিং থোকপা ইবেমচা লাক্তুনা ঐঙোন্দা হায়রে - "দদাচৌ ইচেচাদো থা মথায় অমরোম ফারে সিজা হোস্পিটালদা লৈবা। রা-লান অমত্তসু ঙাংদে, চাও-থকউ হায়বসু য়াদে।

- হা! মাবো! ....... ডাক্তরনা করি হায়রিবা হৌজিক্তি?
- রাথল লৈনানি হায়। হিদাক লাংথক থাবগী কান্নফম অমত্তা খংদে। ময়াংসু য়াম্না কংসিল্লে। দাদাচৌ ইচেচোগী মনাক্তা অমুক্তা চৎপিগেরা?
- হোয়, ঐ শোয়দনা চৎকে। ঐ হৌজিকমক শোয়দনা চৎকে। ঐবু নিনাগী মনাক্তা চংলকই হায়দুনা তৌনিংবা অমা হেক্তা তৌজরসনু। ঐ পুম্নমক ময়োক্লরগে।
- কনানসু দদাচৌবু কৈসু তৌরোই। ইমাবোক্তী পুকচেল হোংলবনি।
- ফরে চৎসি, চৎমিন্নরসি লাকও!" হায়দুনা ঐখোয় অনি অদুম থোকমিন্নরকএ।

ঐখোয়না চংখিবদা নিনাগী মনাক্তা কনামত্তা লৈরমদে। নিনাসু মমিৎ উইসিন্দুনা লৈরম্মী। মাগী ফিভম য়াম্না শাথিনা শোক্লে। মাগী মাইথোংদু য়েংবদা ঐগী থম্মোয় পুবা য়ারক্রে, মীৎকী পিসি করম্বা মতমদা তারকখিবনো হায়বা ঐ খংহৌদে। ইবেমচানা মচে নিনাগী মনাক্তা চংদুনা তপ্না হায়রম্মী- ""ইচেচা, ইচেচা মীৎ পাংথোকউ, কনানো অমা লাক্লে, য়েংউনে। সে, ইচেচা .... তারব্রো ....? ভু দাদাচৌ লাকলিয়ে।"" মাগী মমিৎ খংপাং পাংথোরক্রম্মী। ঐবু মুন্না য়েংলগা মীৎলু অনিমক্তা পিরাংতনা পুমথুম থুমহৎলম্মী। ঐ খাংবদা য়াম্না বাখি। মাগী মতৌদো ঐ য়েংবা ঙমখিদে। অশোনবা পুম্বা ফাজিনলগা ""নিনা"" হাযনা মাবু কৌকবিবা খোঞ্জেল অদুদি নিক্লি। মাগী মরাইবক্কী হুমাংশিংদো তপ্না তপ্না নাহোকপিরদুনা হাযরুই -

- ""কবিনো নঙনা তৌরিবসিবু? নঙদি নুমিৎ নিনি সুনা অনাবগী ফমুংদা হিপ্পা হৈতে হায়বদায়। নিনা নঙ ফরো, নঙ ফবো নিনা।
- দদাচৌ, ঐ নাবা ফরগে। দদাচৌগী শেবা তৌজবা মতম চুপ্পাগী ফংহনবিয়ুকো। ঐসে ঙসিদি কয়াদা নুংঙাইরবনো?"" মহাক বা ঙাংবদা য়াম্না বানা উরে। খৌনাও খ্রক খ্রক কংবগী মতৌ উৎলকপদুদা ঐনা
- ""করিনো অমতং হাম্না থকসিসে, নঙগা বারি শাগদবা য়াম্না লৈরিপোৎনি।
- ঈশিং, ঈশিং খিৎতং থক্লে।"" ঐখোয়নিগী বারিদু তারগা ইবেমচানা ""ইচেচা, শঙ্গোম ওইনা শেমললক্লে, শঙ্গোম থকসিকো ইচেচা।"" অশেম্বা শঙ্গোমদু ঐনা চমস অমনা তপ্না তপ্না ইনবিবদো, কযাদা পেনজনা থকলিবা। মদু উরগা ইবেমচানা,

- ‘‘ইমাবোক য়েংঙু, ইচেচাসে নাবা ফরনি। ঙসিদি খ্রাসু ঙাংলে, শঙ্গোমসু থকলে।’’ হায়রিবদু তাবদা ঐ লৈথোক্তুনা য়েংলুবদা নিনাগী মমাদু ঐগী তুন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐ করি হায়রক্কদগে খনবদা মাই লুকথদুনা লৈবা নত্তনা উপাই লৈরমদে।
- (নিনাগী মমানা) ‘‘ইবুংঙো, ইমাখোয় ইচাশিংগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে।
- করি বানো ইমা, নচাশিংনা লানখিবা ঙাকনি, ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু।’’ (নিনাগী লাইবক্কী শমশিংদো খোমগৎতুনা নাহুবিরগা অমুকসু হায়খি) -
- ‘‘ইবেম্মা নঙ ইমাবু বারৌগনুকো। ইচাগী পাঙ্গল হেক কনখৎলকপগা ইচাগী অপান্বদু থুংহল্লগদবনি।
- নুংঙাইরে ইমা, ঙসিদি নচানা কুইনা নিংজরকপা মঙদো মংফাওনরে।’’ ঙাংনা ঙাংনা ঐগী খুৎশাশিং কন্না পাইশিল্লকলম্মী। মমিৎতা পিরাংনা ইচোৎ চোৎলে। অদুগা শোহ্রাংননা -
- ‘‘দদাচৌ, ঐবু বারৌবিগনুকো। দদাচৌগী শেবা ....... তৌবা ঙমলমদ্রেদকো।
- করিনো নঙনা ঙাংলিদুবু? নঙ ফরদবনে। তুমিন্না ঙাইহাক্তং লৈয়ুসে, বা য়াম্না ঙাংলবদি রাগনি।’’

মাগী মমিৎতো তপ্না তপ্না উইসিনখ্রে। পাইশিল্লমবা খুৎশাশিং তপ্না তপ্না কোমথোরক্লে। মাগী মতৌ অদু নুংশা থিদুনা ডাক্তরদা পাউ পিদুনা য়েংহনবদদি ডাক্তরদু ফনা কন্না কোইচেন চেন্দুনা হোৎনবনি উপাই লৈত্রমাল্লে মঙক হায়রদুনা নিনাবু অঙৌবা ফি অমনা মশা থুংনা কুপশিনখ্রে। ঐ করি তৌখিবা খংহৌদে, ‘‘নিনা’’ হায়না অমুক্তংদি কৌখিমাল্লে। অদুদগী ঐ অদুম জ্ঞান তাখিদ্রে। ঐনা জ্ঞান লাকপদদি ইমা, বাজিহন, ইনেবেম্মা অমদি ঐগী মরুপ মপাংশিংনা ঐনা ছিপলিবা হোস্পিটালগী ফমুংদুগী অকোইবদা ইকোই কোইশিন্দুনা লেপতুনা লৈরমলে।

০১।০৯।১৯৮৮

# য়ুম পানলবা মতুংসিদা

ঐনা ইচেখোয়গীদা য়ৌবদা অয়ুক্কী পুং তরেৎ খর হেনলমলনি। ইচেদু চাক থোংগদবগী চাকখুম চংলমলে। ঐনা চংখিবদা মচানুপা অনিদু মাঙ্গোলদা লাইরিক ওরাইদুনা লৈরম্মী। ঐ উবদা হারাওনা - "ইন্দোমচা লাকএ" হায়দুনা ঙাইহাক্তংদি পুমলাং লাংই। ঐসু মখোয়গী মতৌদুদা হরাও নুংঙাইবদু য়াওরুরি। ঐনা পুবা ঙমোক্কু পিরম্লগা ঐদি ইচেগী মনাক্তা অদুম চংলে। ঐ উবদা ইচেদু য়াম্না হরাওখি। চাক চারগা নুমিদাংবাইরম চৎলো হায়বদা ঐসু করি অমত্তা খুমলুদনা য়ানিংবা উৎলে। ঐনা -

- ইতৈদি কদায় চৎখ্রে লৈবা উদেনা?
- আ--অবাংগীসিদা অহল অমা লৈখিদ্রে অদুগী মাঙ্কোপ খনবা য়াওরুনি হায়দুনা চৎখি। নঙবু কদায় চৎলুবনো? 'সিদা সুম লাকপ্রো?
- উমঃ সিদা লাকপনি। ঐনসু খর চৎনিংদুনা লৈবনে ইমানসু চৎলুচো হায়বদুদা তান চান্নরবা।
- ইমানা করি হায়রক্কে?
- নহানগী লিক অমা থনমবদু করমহায়না তৌরগে হায়রকই।
- নখোয় নতৈগী মমান্নবা অমগীনি। হন্তক বিল ফংবদা হন্দোকলনি হায়বনি। তামোচৌদুবু ট্রেনিং লোইরে হায়বদায়, থোক্লকখিরোই হায়ব্রো?
- ঙরাংদা লুপা লিশিং অহুম থাখিবতা মঙাইরি, লম খর য়েংলকখিনি, অদু লোইরগা থোকলক্কনি হায়।
- তমোয়াইদি কমদৌরি?
- তামোয়াইগী রাবু ইচেনা খংঙিদুঙাই, করিমতা হোংদরি।

নহানসু য়ু থক্লগা হঞ্জিনলকপদা পাবুঙগা লাওনরক্লুনা অমুকতোইবা শা-লাল শানগ্রে।

কদায় কদায়দৈনো কোৎথোক্লুনা রারি ফনা য়াম্না শান্নখি। ইচেদি মাগী মথৌদু লেপখিদে। ঐনা খনখি - ""ইচেগা ঐগা ঐখোয় য়ুমদা পুম্না লৈমিন্নরিঙৈদদি চাক থোংবা লৌতান্নবগী চারা হেনবগসু য়াওখি। হৌজিক্তি য়ুমসিগী থৌ পুম্নমক ইচেগী মখুত্তা তারে। ঐখোয় ইচেনা য়ুম পানখিবা মতমদুদদি অসুম্না নুংঙাইরম্বা নত্তে। ইচেগী মরাইবকসে অদুক হাক্লদি ফত্তবা নৎতবজাৎনি। মৈতৈ নুপা অমদা ওংই হায়দুনা পাবুঙনা ইচেবু ইহোকখিবদু লাইরবা ওইরম্বগীসু শাওবা খর হেঞ্জিনখিবনি। ইমানদি মচা নাওরোল অনি তারবনি, খায়দোক্লবা কৈদৌঙৈদসু য়াররোই। বামোম্না মৈতৈদা ওংববু কৈদৌই হায়বগে হায়দুনা ইচেবু লৌখৎপিনবা রা তত্তনা হৌদোকখি। পাবুঙনদি ইরেং লেংদবসিদা ইমাগী উপাই করিসু লৈখিদে। ইচেনা চৎখিবা চহিদুমদি ইচেগী মনাক্তা কানা অমত্তা চৎপা য়ারোই হায়দুনা পাবুঙনা কম্না থিংখি- ""ইন্দোমচা ঐখোয় স্কুল চৎলুখিগে, ঐখোয়না হনলকপফাও লৈরম্মুকো, ঐ ইন্দোমচাগী অচাপোৎ অহাওবা অমা লৈবিরক্কে'বা কো। কো-ইন্দোমচা।"" ইচেগী মচানুপা অতোনবদুগী রাহেশিংদুনা ঐগী রাখল পরিংদু থুগাইখি। মমাদা অমুক ওক্সিনলদুনা - ""ইমা চাক পিরো কদায়নো? - তামোচৌ কৌরুরো"" হায়দুনা ইচেনা মখোয় অনিগী চাক্কু থিদোকপিদুনা পিজরে। ইনাওতোম্বনা চাক চানা চানা - ""ইমা ইন্দোমচাগী চাক য়াম্না থাকউকো, চাক য়াম্না পিজখো।"" হায়রকপদুদা ঐখোয় অনিমক নোকখি। চাক চাবা লোইরগা মখোয় অনিদু ইতৈগী মনাওনুপাদুনা গাড়িদা হাপ্লুনা স্কুলদা থিনবিখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ইতৈসু হনলক্লে। ঐবু উবদা হরাওনা কৌরদুনা খাজদনা লাক্লম্মী হায়দুনা নুংঙাইবা ফোংদোকখি। চাক চারগা মাসু ওফিসতা অদুম চৎখ্রে। ইচেগা ঐখোয়নিসু চাক চানা চানা কদাই কদাইদৈনো

পুথোক্লদুনা বারি কনা য়াম্না শাংতোক্লখি। ইচেনা অহান্বা চৎখিবা মতমদুদদি ওহোক্লা ফিভম চাদনা লৈরম্বনি। ইতৈদো লাইরজবগী বানি, নুপা থোকই, নিংখ্রবদি নিংহন্নদবা, অথাং কনবা মীনি। ঐখোয় ইচে লৌখিবগি বারিসু নুংঙাইখ্রপোৎনি। ঐখোয় ইচেনা মাবু ওহোক্লা থিনা তৌবিখ্রপোৎনি। কানাগী মীওইবৈ বাহৈ হায়বিপোৎ নত্তে। ইচেনা পামলিবদি মফি নাম্বা, থাউ মনম নুংশিবা তৈবা, মশক মতৌসু মফজবা. মরন মথুমসু পায়বনি। ঐখোয় ইচেগী বরগীদমক্তদি মতমদুদা খোইনা বাখিদে, মদুদা ইচেগী নাপল খর হায়গৎখিবনি। ইতৈনা নুমিদাংবাই খুদিংগী লাক্লম্বদো, নোংমা ইচেনা খরথিনা হায়রুবদগী লাক্কখিদে, অদুবু করিসু নাচুংবিখিদে। ঈঞ্জিন মখোলগা, হোর্নগী মখোলগনা ইনিল নিল্লি নুমিদাংবাইরম খুদিংগী ঐখোয় কোচ্ছোং মপাদো, মদুনা ইচেগী নাপলগী হূগী ময়াই কনখৎহনখি। হায়দোক্লগবু ফজদবা বা ওইরবা, ইচেনা মপুক্লিং করম্না হোংলক্তুনা ইতৈগা থুংনখিবনো হায়বা খল্লুবদা ঐ ঙকখি। মশক থি, মতৌ লৈতে, শঙ্গ লৈতবা অপঙ মানবসিবু হায়দুনতা লৈরমলিবনি। ঐখোয় পাবুঙনা ইচেবু ইহোকখ্রিবসি মৈতৈদা ওংঙি হায়বগী বা ঙাকসু নত্তে। শেনয়াম থোক্তে, শঙ্গা লৈতে, লোন্দিম্নবা নুংঙাইরোই হায়বগীসুনি। ঐখোয় পাবুঙখোয়দি গোব মতা অমনি, বাশোক শকপিদা লুপা চাম্মা চৎপি পরেং লেংলগা হুকলুবগী বাথোক্ল খিবনা কোঙ্গায় অমনি। ক্লা মতপ্তা লুপা তারা, চুরুট মচৈদা লুপা মঙা পিথোক্লম্বগী ইমাগা খৎনবসু য়াম্না য়াওখ্রপোৎনি। পাবুঙনা শাওখ্রবদি মতা'মনি। মানা ইরেং লেংদবনা ইচেবু মচা নাওয়োল অনি শুরবসিফাওবা ইমানা হায়বগা তাবিদবমখৈ লৌখৎপিদনা লৈরিবসিনি। ইচেগী মতৌ য়েং য়েংদুনা ঐ মথং মথং নিংশিংলকখি। চাক চাবা তোক্লগা কোন-লিক ফেংবদু ঐসু ইচেগী মতেং পাংশিনবিদুনা লোইশিনমিম্নরে। শোফা কাদুদা ফম্মীম্নদুনা ফনা কুইনা বারি শাম্নখি। ইচেনা য়ুমদা লৈরিঙৈদা নোবাব মেৎলগা চামিম্নখিবা, হৈনৌ মেৎপা,

হৈগ্রে শুবদা মোরোক শাহল্লি হায়দুনা ঙাংখিবা, মমিৎ ইরা চেনবমখে সি-সা, সি-সা তৌদুনা চামিন্নখিবা। নোংমা ইচেনা চাক থোংলিঙৈদা ঐনা চানা শাবা লিল অমা লংশিন্দুনা খংহনলুবদা ঐবু ফুখিবা। লাইরিক মরক্তা য়াওরম্বা ফোতো অমা ঐনা - "ইমা নয়ানুপা ওইদৌরিসি মশক ফজদ্রা" হায়দুনা ইমাদা য়েংহনলুবগী রাথোক, ইচেনা সিনেমা য়েংবা চৎপদা ঐবু পুবিখিদবে ঐনা "ইমা হায়দোক্কে" হায়বদা লুপা অনি পিরগা থেন্নম্বা হৌজিক্তা নোক্তুম নোক্লিংলকই। ঙাইহাক্তংদি অবাবা পুম্নমক কাওথোকমিন্নদুনা নোকমিন্নখি। ইচেনা - "আশা, ঐদি হৌজিক্তা ওহোক্লা নিঙমলক্রে। লৈশারিঙৈ, পাবুঙগা ইমাগদা ইনিং তম্না ওইনরিঙৈ মতমদো ওহোক্ল া কলকখ্রে। মতমদো অমুক হন্না লাক্লরোইকো! পুন্সিসে কয়া ইনিং তৌনা হিংলম্বনো, চানিংবতা চা, শেৎনিংবতা শেৎ। ঙসিদি পুন্সিসে মিহুৎথোং মচা অমখক্তমক ফাৎপা ফক্লাং মরিনা কোইসিনবা কারাগোরসিগী মনুংদা ইপুরোইবগী, ইচাগী কনলবা লিপুন্না পুন্সিবু পুন্সিন্দুনা থমখ্রে। সমাজগী কনলবা মীৎয়েংশিনা রাখল ফাওবা নিংতম্বা ফংহন্দে। নঙ ঐনা চেন চোংদুনা শান্নরম্বা অশংবা লম্পাক, ইনিং তম্না ঈরুজখিবা ইংখোল মতোনগী পুখ্রি ঙসিসু কাওবা ঙমদ্রি। কাঙগী মতমদা নিঙোল পালিগী কুমহৈ, দুর্গা পুজাগী লিলা, য়াওশঙগী নুংঙাইরবা থাবল কুমহৈ, ইচিন ইনাও হৌন হৌনদুনা য়াওমিন্নখিবদো। নুমিদাংরাইরম খুদিংগী কোহোং ময়াদা ফম্মীন্নদুনা নুংঙাইরবা রারি কয়াদা নোকমিন্নখিবা, কলকখ্রেদা মতমদো। আশা, পুন্সিগী ঈচেলসি অঙকপনি, হিদেন অমদগী হিদেন অমদা মিকুপ অমমমতমক থেংলম্মী, মদুসু অমগা অমগা অমত্তা মান্নখিদে, লেপ্পা লৈতনা অসুম তাওথখি, কদাইদা কয়াম কুইনা পনগনি কনানসু খংখিদে। পুন্সিসে চাংয়েং কয়াদা অসুম্মক কেমদুনা লোইখিনিকো।

- ইচে, নঙ রাখল য়াম্না পিকশিনলমাল্লে, পুম্নমক পুন্সিগী মথেলনি খনতোকউ। পাবুঙসু নহানবাইগী ফিভমদুদি নত্রেদনা,

নহানবাইদি ইচেখোয়দা চৎলুইদা ভাবদা নুমিৎতুমা চারা হেনহনলমলিপোৎনি। হৌজিক্তি ইচেখোয়গী পাউগকা মরক মরক্তা হুংলে। মগুশিংগী বারিকা তারগা নোকচরিপোৎনি। ইমানদি ইচেবু লৌখৎপগী বাফমসে তোইনা নিংশিংলিবনি। ইমানা লাক্তে হায়দুনা নপুক্লিং বারুনু, ইমাদি নংগীদমক্তা খল্লিবনি।

আশা, শেল পাইবা ইনাক খুনবা, খুৎলিং পাঙ্গলবতনা নুংঙাইবা নত্তে। খংন-উনবা ঙাক্তনসু নুংশিবা নত্তে। চান্নবা খুদিংমক পুন্সিগীনি হায়বা ওম্বা নত্তে। ফজবা হায়বসে শক্তী লৈতেংনি, মহুরক্লগা লৈরাংনা লৈমন চনখিবগুম কনানসু খংবিদনা মাংখিগনি। খাংবা কনবা, বাশক ঙাকপা, থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমগী মশক খংলবা মীওইবগী লমচৎপু চেকসিন্না ঙাক্লীবা মহাক্তো মীকোক থোংনবা মৈরা পাইরিবনি। পেছোকপনা পুন্যগী হৌরকফমনি। ঐনা কনাবুসু বারৌদেদা আশা ধর্ম্ম হায়বসে থম্মোয়গী মরিদুনি।

ইচেদো করি খল্লুরবনো খংদে, মিৎলু অনিমক্তা পিরাংনা ইথুম থুমহৎলে। ইচেগী মহৌশাগী নাপল, থোইজৎনবা মতৌ ঙসিদি অমত্তসু লৈবমদ্রে। নহানবাইগী মতৌদুগা অসুম্না খনলক্কনি হায়ববু থাজরুদে। ইতৈগা লৈমিন্নবদগী ইচেগী বাখল ফনা নিংথিনা হোংলমলে। "নিং তম্না নুংঙাইখিবা নিঙোলগী পুন্সিদু অমুক লাক্লরোইকো" হায়না কলক্লা শোনখি।

২২।০৭।১৯৮৪

# খোঞ্জেল অমা

ঐখোয় ইনম্মানা কিরিবসি ইমুংসিদা তাচৌদা মঙাইরে। তাচৌ লৈরবদি লক্ষমীনা শাইওনবিদু মঙাই। তাচৌনা হেক চংথোকখিবগা ক্লাক অমোম শাদুনা হেক্তা খোংই, অঙাওবা হুইগুম অফং অফংবা হেক্তা চিকই। হৌদোং লম্বোইবগী মতাংকুম লমহুই লৌশিংগুম্বা শাজংতু খংউ-উরুবা ঐদি ইনম্মাবু তসেংনা তুক্কচ্চবা পোকই। তাচৌদা পাউসি তমলুরগা ইমুং মহি লাংবা হেনগদরা হায়দুনা তুমিন খাংদুনা লৈবনি। নোংমা নত্রগা নোংমদি জ্ঞান তারক্লগা ফজখিনি মখল্লি, অদুবু ইনম্মদি নোংমা নোংমগী মাশা শাংবা হেনকংলকখি, হৌনা হৌনা খোংবসু হৈনরকখি। ইনম্মাগী মমা ইবেম্মা কবোক্লেনা ঐখোয়দা লাকলিবসি হনতকতি ফনা তোইরে। ঐখোয়গগা উরগা মনাতোন চাওথোকলিবা, পিশুমগগা শুক্তোক্লিবা। ওহোকপা পুকচেল হায়বদুনি, য়ুমদা লাকপনিনা হায়দুনা কৌরুবদা খুমবিরম্বকা নত্তে। মখোয়গী মীৎয়েং নায়েংদুগী অর্থদু ঐসু খর মথৈদি খংই ইনম্মানা তাচৌবু মখোয়দা পুগদবগী হোৎনরিবদু ঐখোয়সু খংদবা নত্তে। ইনম্মগী হুরান-শাজৎনবা মতৌদু ঐদি তসেংনা তাচৌগী তুংগী পুক্সিগীদমক নুংঙাইতবা পোকই। মপামদা লোম্না পোৎ থৈরম্বগী নোংমা ইশ্বানুপা কান্তাগা ঙংখৎনরুবদগী হৌজিক ফাওবা ইহং-হংগোইনরিবনি। তাচৌদি পুম্নমকসি ইখং খংদবগুম উই, খংলিদরা খংদে। তৌববুদি তাচৌদি য়ুমদা ইরে লৈতে, অদুনা খংলমদবসু য়াই। ঐখোয় তাচৌসি বুথি ইফক-ফকচিনবা মীদাদি নত্তে। মাগী মীৎয়েংখাদলি ঐখোয়না ঙসি ফাওবা হিংলকলিবসি। তাচৌনা ওফিস হেক কাখিবগনি ইনম্মানা শান্নরিবা লিলাসি। নোংমা ইনে কবোক্লে লাক্তুনা ইনম্মদগী লুপা চমাঙা

পুখিবদু ঐখোয় কাস্তনা হেক উরুরমাল্লে। মাগী লুপা চান্মাগা কুনদং পিয়ু কলেজগী এডমিসন লাষ্টডেদ হয়েংনি হায়দুনা নুমিৎতুগী অয়ুক্তা ইনম্মাদা হায়রম্বনি। ইনম্মনা লৈতে হায়দুনা পিখিদবনি। তাচৌনদি ইনম্মাদগী লৌনবা হায়রম্বদু ঐসু তাহৌই। নুমিৎতু কাম্ভগী মথ্বায় শোকপা হায়বদু থোকলুরমানলে, ইনম্মাগী কাদা ঙাংনখিবদু ঐসু তাখি।

- ইতৈমা ঐগী মীং চম্নবা পৈশাদু হয়েং খর পিবিয়ুকো, হয়েংদগী হেনলবদি মীং চনবা য়াররোই হায়হৌই।
- য়াদ্রগা তোকএদনা, লৈদি লৈতনা কদায়দৈ লৌরুনি হায়বগে? অদুক য়াম্বা পৈশাবো। হং: নখোয়গী মিং চনবগীদি হায়রুনু মীরেমশিংসিগী থিবোংগী হোৎনবদা ইনাদগী সানা য়াওখ্রিবদু ফাওবা হনতোকপা ঙমলোইদৌরিনে হস্তকসু।
- ইতৈমা বাসি খর খম্বরগা ঙাংবিবা ফৈ, বেভার কাইনরক্কনিকো।
- ই - স : কৈদৌদৌরিবা নঙনা? ফুবিগে হায়রিবরনে? ঙকচরেদকো মীরেমসিং অসে।
- ইতৈমাগী মপান তাংদুনা হিংবা জিব অমফাওবা ইমুংসিদা লৈতে। ইতৈমানা ফমলা-চারা তৌবগুম ইমুংসিগী মীওই অমত্তনসু তৌদে। তাচৌনা ঙসি শেল থোকপা ঙমল্লিবসে ইতৈমখোয়গী পাই অমা য়াওখিবা নত্তে। ইতৈমাবু মতিক চানা বেভার উৎচনিংবা ননাওনি ঐ, অদুবু ইতৈমনা বেভারশিং অসিগী মপু ওইবা ঙমদ্রে।
- ইস: ইনাওদি ওহোক্লা শিংলেদা, হ: খর লৈরবদি শেৎলগা চাগে হায়রক্কদৌরিজাৎনিনে। লৈমিন্নবা ঙমলোইদৌরি। ফৈ ফৈ ঙসিদি ঐগী ইতিক খঙলোইদ্রদো।
- ইতৈমগী লমচৎ-শাজৎতুবু য়ুমগী মৌ অমগী লিচৎলো?

নবেম্মা ঐনা তৌবা থবক্তবু নঙগুম্বনসু পাম্নবিরিব্রো ? তৌগে হায়না তৌরিবনি, ইখুসিনি। খুকাম্নী কাপ্পুনা পানগদৌরিবা ইমুংনি। নচিন নৌপ্পানা ঐঙোন্দবু কৈদৌজবা ঙমগদগে ? লৈশাবিনি হায়দনা লৈরিবসিসু ময়ুম পানবদি খংদ্রবনিনা মীগী য়াইফ-নুংঙাই উরগা মীথিনগাই শাদুনা লৈরেনে। মসি পুম্নমকসে থোক্লক্কনি খংলদনা ঐখোয়দা তোঙান চারসি হায়ববু সুক্তা হেক তাবিদবনে। ফৈ-ফৈ চপ চাবা বা ঙাংননি, ইমুংসিগী মীরেম মাইথাবা মাইথাবিশিংসিগা লৈমিম্নবা ঙমজররোই।

ইনম্মগী য়াক্লবা রাঙাংশিং অদুনা ঐঙোন্দা তাশোম্না থিনবগুম চৈনা ফাওখি। থোক্তুনা অরাই অখুম তৌদুনা খৎনরুরবসু মীগী মমাংদা কয়াদা ইকাইখ্রবনো ? ইতোমতা খনখি- "ইনম্মা নঙসু নুপীনিকো, নুপীগী থম্মোয় পানলিবনিকো।" ইনম্মগী রাঙাংদুদা কাপ্তানা - "ইচেনো ইতৈমাদা কৈদৌরগে ? মমাই পান্দ্রিবসিবু ঐখোয়রা ইতৈমারো ? বাশে তপ্পা ঙাংনবা ফৈ ইতৈমা, খোন কনখৎলগা অরানবদু অচুম্বা ওনগনি হায়না খন্দবা ফৈ। ইতৈমদা ঐখোয়না য়েংশিনবগী রা নত্তে। য়ুমগী মবেম্মা অমা ওইবগী রাখল খনবিদুনা ঐখোয়বু য়েংশিনবিয়ু, মচিন-মনাও অমা ওইনা রারক রাতেমবিয়ু হায়বগী রানি।" হায়রম্লগা থোক্লক্তুনা মাগী কাদা চংদুনা মফি-মরোলগা হোংতোক্তবা মখৈ ফমুংদা হিপথখ্রে। ইনম্মাদি ফি-ফি কামদুনা নিংশিং নিংশিং ঙাংবা লেপখিদে। তাচৌ হনজিনলকপগী মখোল তাবদা ইনম্মা কপ-লাওদুনা রাগা কনখৎলকখি। তাচৌদু ইফিং ফিংগৎতে, ইনম্মদা তপ্পা হায়খি -

- কৈদৌরে ? ..... কৈদৌরবগে হায়বনি ?
- হিংচাবা, হিংচাবিশিংসিগা লৈমিম্নবা ঐ ঙমজররোই। মখোয়না ঐবু চাগদৌরে, মসি থোক্লিঙৈদা ঐনা নহাম্না তোঙাম্ন চারসি হায়বদি না ওইনা তাবিদবনে।

ইনম্মাগী রাহৈশিংদু পুক্লিং ইচং চংবিখিবা মানদে। তাচৌনা ঐবু কৌরক্তুনা চংদবা য়াদদুনা চংলে। তাচৌনা ঐঙোন্দা মরম হংলকখি। ঐনা কান্তাগা তৌনবনি ঐদি খংদে হায়বদগী তচৌনা কান্তা কৌননবা হায়রকপদা ঐনা চৎকে হায়দুনা খোক্লকপদদি কান্তাদু খোংজিন কাল্লিন্দুনা চংলকখি। কান্তাদা ওস্লিন্দুনা তাচৌনা হায়খি।

- নতৈমগা করি হায়নবা ?
- কৈসু খোইদোকপা হায়নদে তাচৌ .... (কান্তানা মখা তারক্লে তৌবদা ইনম্মানা মরক থৎলদুনা হায়খি)
- মচিন মৌপ্পা চংদুনা ঐখোয়দা য়েংশিনলিবসে কুইরবনি। (ইনম্মানা মখা তারক্লিঙৈদা তাচৌনা য়ানিংদবা উৎতুনা চৈখি। মদুদা ইনম্মানা ) লৈবিরোইয়ে, নখোয়গী য়ুমসিদা সুক্লে লৈবিবোই, ঐবু ইমা ইপা লৈতবা য়ুমলিং-খুনলিংদবা ওইরবোই নিংবরো ? রা অমফাওবা ঙাংবগী হক থম্বীদ্রবা ইমুংসিদা কমদৌনা লৈরুনি, লৈরোই, চৎখিনি। হৌজিকমক ঐবু থিনবিয়ু।
- থিন্নি থিন্নি, হৌজিকমক থিনগে। নঙনা তৌরিবা বিকার ময়ামসিবু ঐ খংলোইদবোই নিংব্রো ? ইম্মিৎতা উফুল চাইশিনলগা নঙনা খুদোংচাবা লৌরিনে। নোংমা মরাইনা ফজরক্কনি হায়দুনা খাংবনি অদুবু নঙদি অহোয়ননা নরাংঙিনে। অসুক কুইবসি ঐনা নঙোন্দা ঙাং-শক্তুনা চৈ-থাংখ্রব্রো ? নঙবু ননিং তমহনবা নত্রা ? নঙদি নুপী মানবগী রানি, নুপীদি নৎতবা। মমা অমা ওইবগী শক্তি-গুন মচেৎ অমত্তা য়াওদে। নকোক্তু করি অমফাও খল্লদে। অসি তৌরুরবদি তুংদা অসি লাকপা য়াই হায়বা খল্লরম্লবদি অসুম্না অমুক ঙাংনরমখিগদ্রা ? অঙাংগী মীং চন্নবা ঐনা পিরম্বা পৈশাদুনা নঙনা কদাইদা শিজিন্নখিদুনা লৈত্রিবা ? নঙনা নমাদা পিখিবা লুপা চমাঙাদুনা

কৈদৌরুবগী পিথ্রিবা ? ঐখোয়বু মখোয়গী শেল তোনব্রো ? নঙগী সানাদুনা নপাম্নদা থৈদোকখ্রগা অঙাংশিংদা থিবোং পন্দুনা চৈরিবনিনে ? ঐসিবু নঙনা খনলিববু উদগী ভাবমুক পংবা নুপানি, খুদোম্মীদা হাপলগা লৈবদা মরাইনা উংজনি সিনিনে। ঐগীসু য়েংসিনবিনবা মী য়াম্না লৈরিবনিনে খংলব্রা ? ঐ লোইনা খংলিবনিনে। চৎলো চৎলো নঙ ঙসিদগীদি য়ুম অসিদা লৈবা য়াদ্রবনি। নুপী অমা ওইবগী লমচৎ বেভার, বাঙাং শাঙাং, মচিন মনাও নুংশিবগী পুকচেল পুম্নমক নিংথিনা তমলুরবা মতুংদা অমুক লাকউ।

ইনম্মাদু রা মচেৎ অমত্তা ঙাংথিদ্রে। ইকাই নুংশি য়াম্নরমানলে, মমিৎতা মপি তারে। খংদে করিগী পিরাংনো ঐগী মিৎলু অনিসু পিরাংতনা পুমচোৎ চোৎলমলে। ঐনা তাচৌগী মখোং পাইদুনা হায়খি -

- "তাচৌ ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু, ঐখোয়না মরম ওইদুনা ইনম্মাবু মপামদা চৎহনবিগনু। ইনম্মাগী মরাল নত্তে। পুম্নমক ঐখোয়গী ইরান্নি, ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু তাচৌ।
- করিগীনো নথম্মোয় পিকশিনলিবদি ? হৌগৎলুসে কপকনু, পিশক পিকলিঙৈগী নখোয়গী তাচৌ ঙসিসু নখোয়গী তাচৌ অদুমক ওইরি। রাখল পুক্লিং তিন্নদ্রবা ইমুংদা শান্তি খক লৈতবনি। মীওইববু মশক খংদবা মীদি মীওইবা মরক্তা থমনুসি, শাহিং চাবা শানা জঙ্গলদা, হাজং চাবনা লম্পাক্তা লৈগদবনি।
- নুপী ওইবিশিংগী অরাবদি নুপী ওইবিশিংতনা খংই। মপামদা লৈরবি মৌনা করিদা নুংঙাইগনি ? অদুগা তাচৌ অমদি ঐখোয়দসু চক্ষু কাইরগা ক্লাক্লা হারাওবগুম লৈকাইগী মীনোক মৈশা শোয়দনা চংলক্কনি।
- (ঐগী রাহৈশিংসিগী মত্তেং পাংশিনলদুনা কাপ্তানা) তাচৌ ইচেম্মা

হায়রিবসি য়াবিয়ু ঐখোয়গী ইরান পুন্নমক ঙাকপিয়ু।”

ঐখোয়গী বাহৈশিংসিনা ইনম্মাগী মপুক্লিং করম্মা ওনখিবা খংহৌদে,ইচিন ইপৌবাবু মপাম্বোম নাম্মা নাম্মানা কোনবিরগা হায়খি। ‘‘ইচল অমদি ইনাওশিংনা হায়রিবসি তাবিদুনা ঐগী ইরান অমুক্তা ঙাকপিয়ু। ঐগী থেনলবা বাখলনা ফৎত্রবা পুকচেল চেন্দুনা ঙাকপিফম থোকত্রবা পাপকী থবক কয়া তৌরুরে। ঐগী অনৌবা সংসার অমা উননবা অনৌবা মিৎ অমা পাংহনবিরে। মতুংদদি অসিগুম্বা পাপ অসিদা অমুক হন্না চংলরোই। ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু।”

ইনম্মাগী বাঙাংদু ভারগা তাচৌনা ঐখোয় পুন্নমকপু নুংশিনা য়েংলগা মোমোন নোক্লদুনা ঐখোয় পুন্নমক্কী ইরান ঙাকপিখি।

ঐ কয়াম কুইনা তুমলুরবনো খংদে, ঐনা মিৎকপ থোক্লকপদদি তাখি ইনম্মাগী য়াক্লবা খোঙ্জেন অমা।

১১।০৯।১৯৮৫.

# লৈনমদুদি লৈহৌরি

লৈবুঙ ফমবগী হৈনবিসিমদি থাদোকপা ইঙম-মক মঙমদ্রে। নুমিৎ হেক তাখিবগা হেক্তা নিংশিংলকই বোকুল মখোংগী 'সাভা'। ইকোই কোইসিন্না ফম্মীন্নদুনা পৃথিবীগী সমস্য কয়া নৈনখিবা, ইতিহাসকী লমাই ফাক্তোকমিন্নখিবা, তুংদা ওইরক্কদবা কয়া, হৌখিবা কয়া, চাওখৎলক্কদবা চাওদরক্কদবা অঙকপনি বোকুল মখোং পৃথিবীগী মেপ, ইতিহাস, সাইহিত্য, সাইন্স পুম্নমক মফমসিদা তাবা উবা ঙমনরিবনি। ঐদি ওহ্নোক্না হৈনরমদবা মফমনি অদুবু হৌজিক্তি ফজনা হৈনরে। চুরুট বেরিফাও মনম হৈনরমদবনি অদুবু হৌজিক্তি গঞ্জাগী রাওন্ডা ইপা য়ৌরক্কবদি মানা শিললো হায়নরে। য়ুদি নিশাবন্দ তৌখিবদগী খর লৎলে। মদুগী মহুৎ হিরোইন পাওডর নম্বর ফোর, মোর্ফিন্নাচিংবা কাপ্পা, থকপা তৌবা খরা য়াওনরে। ঐ মক্তী অদুগুম্বদু তৌদেকো, সৈত্ত্য তৌদেহে। ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নবসি ফত্তে, তোক্লসি হায়দনা কয়ারক খন্নখ্রবনি অদুবু ঐদ নত্তে, কনামত্তা ইঙম ঙমনদে। ইয়াম্বসু ঙসিদি নিশানা চাথৎলবা পুন্সি ওইরবনি। রারি অমা লিগে তাওনে - "মতমদু মেরা থানি, ইংবা খর খর হৌরে। থা পানখৎলকপগী থাবলসু নিংথিজরকপা মতাংনি। ময়াম ইকোই কোইনা ফম্মী। তয়াইমনা কদাইদৈনো রারি অমা পুথোরক্কুনা ময়াম রা-রা নোক্কুনা তানৈ। তয়াইমসে মহৌসানা ফাগী তৌগল্লি। ইচম চম্বা রাহে অমা ওইরবসু মানবু ঙাংলবদি হেক্তা নোক্লিংঙি। ময়াম রা-রা নোকহনলম্লগা রারি চপ লেপখ্রে। ময়ামদু করি হায়রক্কদগে হায়দুনা ঙাইনৈ, অদুবু নোকপা হনজন্নখ্রবা ফাওবা করি'মত্তা হায়রকখিদ্রে। মকোয় মান্নফাৎতনা থোকলিবা

থাজবু মুন্না য়েংদুনা লৈথোকপ্রে। ময়াম মাগী মতৌদুদা ঙকনৈ। মানা য়েংলিবা থাজদুদা ময়াম ঙক লৈখৎতুনা য়েংনৈ। অইংবা মেংলবা মঙালনুংদুদা করি য়াওরিবা হায়বদুদি কনমত্তনা খংলখিদে। ঐনা তয়াইমগী মতৌদুদা হায়খি - "কৈদৌরে তয়াইমা?" তয়াইমদু করিমত্তা খুমলক্তে। হান্নগী ফিভমদগী করিমতা কাইদনা অদুম লৈ। খংদে করি রাখলনো? করম্বা থম্মোয়গী কাচিন্দা থুপ্তুনা থমলম্বা করম্বা রারি নিংশিংলকলিবা। মিৎলু নাপোম অনিমক পিরাংতনা থুমহৎলে। তয়াইমগী মতৌদুদা ময়াম পুম্নমক ঙকপনা পনথেংনরে। ঐনা তয়াইমগী মরেংবান্দা নোমলদুনা হায়খি - "তয়াইমা কৈদৌরগে?" মঙলাক্লবদগী মীকপ থোকলকপগুম মশাদু ইফিং ফিংগৎলি। তারিবা শিরাংদু লোম্না তৈথোকচখি। ইপা পাখৎপদ্ ফাথরগা হায়রকখি - "ইয়াম্বা ঙসিদি হকচাংসি য়াম্না ঙমলক্রে, ঙসিদি ইয়াম্বা খর হান্না চংলগেকো ইনাওশা" হায়রম্নগা হৌগৎতুনা মখোংদু তপ্না তপ্না থাংদুনা চৎখি। ময়াম ইঙক ঙক্না তয়াইমনা চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই। ঙাইহাক্তংদি মফমদু পুমচিক চিকই অদুবু কুইদে তয়াইমনা ঙসি ওইখ্রিবা ফিভমসিগী মরমদা অমগা অমগা ওন্সিন্নদুনা অচিকপদু থুগাইখি। ঐসু খনখি, "নোংমতা অরাবা রারি শাখিদ্রবা তয়াইমনা করিগী মমিৎতা ইরা শিল্পখ্রিবা?"

মথংগী নুমিৎতু তয়াইমা বোকুল মখোংদা লাকত্রে, ময়াম নুংঙাইতনা শোম্নে "তয়াইমদু ঙরাংসু মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা চংখি, কৈদৌপ্রবা জাৎনো ঙসিসু উদে।" তয়াইমগী রারিদু কুইরমদে অতোপ্পা রারি অমনা শৎ নমশিনখিদুনা তয়াইমা কাওনখি, ময়াম রা-রা নোক্তুনা নুংঙাইনখি। "ঐখোয় মীওইবা হায়বসি কাংলুপ অমখক্তগী জিবনি, তোঙানবা ধর্ম্ম, লোন লৈজরবসু ঐখোয় পুম্নমক মীওইবনি, ঐখোয় পুম্বা অমত্তনি, পামেন অমত্তগী উশানি, মীৎয়েং অমত্তনা য়েংদুনা ঐখোয় পুম্বা মান্নবা হিংমিন্নসি হায়দুনা সরকারনা খবর কাগজদা, রেডিওদা তত্তনা লাউন্নি অদুগা সরকারনা অহাংবা থবক কৌবগী মতাংদতা নত্তনা মহৈ তমফমশিংদা মীং

চনবগী মতাংদফাওবা সেডুল ত্রাইব, সেডুল কাষ্টকী রিজার্ব হায়দুনা লাওথোক্লিবা অসিবু সরকারনা মান্নবা মিংয়েংনা য়েংবগী খুদমলা ?" হায়দুনা বোইয়াইনা হৌদোরকপদু ময়াম পুক্লিং চংনা খন্না নৈনবা হৌখি। মানা মানা খংবা পুথোক্তুনা ঙাংনৈ। তোম্বীরাজনা মরক থৎতুনা মরেংজুম খিতং ফনতোক্লদনা হায়রকই - "ঐনা চিফ মিনিষ্টর হেক ওইবগা মসিগী সিষ্টেম অসি অসুম হায়না হোংদোকলদৌনি মদুদি - সেডুল ত্রাইব অমদি সেডুল কাষ্টশিংগী রিজাব অসি মার্কতি ময়ামগা চপ মান্ননা অদুম থম্বা, মখোয়না তমলিবা মহৈদুগী অচংবা খর্স অদু সরকারনা পুথোক্তুনা তমহনবা, রিজাবতা ডোক্তর ওইরকপা মীদুনা লাইয়েংগদৌরিবা অনাবদুদি রিজাবতা খর ফহললো হায়বদি য়াবা নৎতে'বা হা ? ইঞ্জিনিয়ারসুনি, রিজাবতা লাকপনি য়ুম নঙ , থোং নঙ হান্না ফিভম খর ফনা লৈরোকো হায়বা য়াবা নত্তেবা ? চুমদ্রো ? "চুম্মী-চুম্মী" হায়দনা ময়ামসু হেক মতেং পাংশিল্লি অদুগা ৱা নোকমিন্নৈ। মখোয় মখোয়না সরকার পাইবদু মঙাই। মসিনা ফৈ, মসিনা ফত্তে, অমুক সিদোকই, অমুক শেমজিল্লি, অঙকপনি ইঙমদা ঙম্বা বোকুল মখোংগী সভানি। ঐনা ময়ামদুগী ৱারিদু মরক থৎলদুনা হায়খি-

"ঐখোয়গী সভাসে ফনদি ফৈ হায়ববু অঙাংগী চাকথোংবি শান্নবগুম কান্নফম খংদেদা। মৈখু থকপগী ফত্তবা কয়া নৈনখ্রবনি অদুবু হৌদোং তাহোকপগী খোঙভমগুম ঙারাং লেপনখিবা ৱারেপতু ঙসি ইনবা কাওথোকনৈ। হৌজিকসু বেড়ি মপুন অমা গঞ্জা ঙাহাক অহুম ওনলেদনসে। ঐখোয়সে মীদি ওইরৱোইদবা জাৎনিদা।

- জ্ঞান তামনদনা নঙসে মী ওইবা ঙমদ্রবনি, থুনা হন্নুসন্নবা কৈদৌনা মীগী অশোয়বা থিরিবনো ?

- ঐখোয়গুম্বসি লৈরমদ্রবদি কদাইদগী পৃথিবিসী নহান্না লাইরৈবাক ওনখ্রগনি, মী অমত্তসু লৈরমলরোই।

- হিংঙিবসে নুংঙাইনবনি, নুংঙাইবসিনি পুন্সি হায়রিবসে,

নওনা গঞ্জা ঙাছক অমা নথন্তা থকতোকলিবদুবু নুংঙাইবা থিরিবা নত্রো ? হা .... হা ... হৌরেন নুমিদাং শিনি হায়বা ঙম্বা নত্তেনে, হৌজিক হায়বসিনা খ্বাইদগী লুবা মতমনি। হিংলিঙেদা নুংঙাইহৌ, পংনুনে ইবো, ভাব তাওনে।" অমনা অমা ঙাংশিল্লক, অমনা অমা হায়জিল্লক অঙাওবা তাদুনা তোক্লে। ঐ অমুক মখা তাদ্রে, অদুবু ঐগী পুক্লিংদদি খল্লি - "ঙসিদগীদি গঞ্জা হায়বসি সুংথক থকলরোই।"

তয়াইমা উন্নদবা অসি থা-মাখায় অমরোম ফাজিনলকএ, লৈবুঙ ফমবসু নোংমতা য়াওরখিদ্রে, য়ুমদা চৎতুনা নোংমতা হংলুগে খনবনি অদুবু ফরক অমা তাদুনা হেক্তা মতোকপা। ঙসিদি তঞ্জা চারে খন্দুনা নুমিদাংবাইরমদু তয়াইমাখোয়গীদা চৎলে। তয়াইমদু ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা লৈরম্মী। ফম্মুং মনাক্তা লৈরিবা টেবিল মচাদুগী মথক্তা হিদাক লিক্লি খর লৈবদু উবদা পুক্লিংদা ফাওরে তয়াইমা হকচাং ঙমদ্রে হায়বা। মনাক্তা চংখিবদা মমিৎতু তরু তরু পাংলদুনা ঐবু মুন্না য়েংই, টেবিল মনাক্কী চৌকিদুদা ঐবু ফম্নবা হায়রকই। ঐ চংশিন্দুনা ফমলে। ঐনা -

- হকচাং ঙমদ্রবরা তয়াইমা ?
- উম: ঙমদ্রে
- করি ওইনা ঙমদ্রিবনো তয়াইমা ?
- খংদে, করি হায়গদবনো ঐগীসি, ইচোকতা চোকথৈ, চানিং থক্লিংবা, হৈনিংবা অমত্তা ফাওদে।
- ডাক্তর মাইবগকা অমত্তা তান্নদ্রবরা ?
- ডাক্তর অমা ইমানা য়েংহল্লি, অদুবু ঐগী অনাবসিদি ডাক্তরনা য়েংলগা ফগনি হায়বা থাজদ্রে।
- হায়রিবসিবু ......... ?
- নিঙমদবা অসিমক্তনা অনুত্যাপ ওইদুনা চাক্করিবনি, মৈরিলকসিদা অসুমক কেমবসু পামলেদা, কৈদৌরুগবনো।

মসিনা ঐগী প্রাশ্চিৎ শোইদনা ওইগনি।

- ঐদি করি অমত্তা ভাব তাবা ঙমদ্রেবো তয়াইমা।

- বারিসে তারো অদুদি (নিংশাশ্লোর মপি অমা শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই)। ঐসে অঙাং ওইরিঙৈদা ওহোক্লা নিং-খা তম্না লৈরকই। লাইরিক লাইসু তম্বগী ফাজিন পুন্সিনবদু ঐ খাংবা ঙল্লমদে লাইরিক ঔরাইবগী মহুৎতা শান্নদুনতা অয়াম্বা মতম লেনলম্মী। ইমানা ঐবু লাইরিক তমহন্নবা কন্না হোৎনখি অদুবু ঐনা সুপ্নগী ক্লাস ফাইব ফাওবদং তম্লগা তোকথোকখি। ইমানা ইতোমতা পোকপনি হায়দুনা ঐবু নিং-তম্না থাদোকপিখি। ঐনা তৌনিংবতা তৌখি। মতমদুদদি ঐসু য়াম্না নুংঙাইখি। ঐগা মান্ননা নুংঙাইবা কনা লৈরমখিগনি হায়দুনা ইতোমতা নাপল কাজখি। শেৎনিংবা শেৎলি, চৎনিংবা চৎলি, চানিংবা চাই, অদুবু বাবানদি ঐগী শাজৎ-লিচৎ পুম্নমক থিংনবা কন্না হোৎনখি। ঐনা কিবসু বাবাতনি, বাবা লৈরবদি রা কন্না ঙাংবা, খোং ফাওবা লাওনা থাংবা ঙমদে। ঐনা তৌরিবা থৌদৌ পুম্বা বাবানা য়ানিংবা অমত্তা য়াওদে হায়দুনা তত্তনা চৈ-থাংই, ফুই। ঐগী হাকন চংবদা ইমানা বাবাগী চৈ ফাওবা চাখি। ইমানদি ঐবু অকনবা খোন খক শিজিন্নখিদে। ইমানা ঐগীদমক লেপ্পীরি খনবদনি, ঐনা ঐগী অনিংবা তৌবদা অকিবা অমত্তা পোকখিদ্রিবা মহৌশা লাইরিক তম্মীন্নরমবা ইমান্নবা পুম্নমক কাইনখ্রে। অনৌবা শঙ্গা কয়া লোন্দিন্নরে। অহিং থেংনা হনজিনবদা অকিবা পোক্লে। মৈখু পুম্নমক মখল সুনা হৈনরে, তাসকী নম্বর চিনফা পুরে, নুমিদাং পার্টি তোইরে, য়ু থকত্রবদি অহিং তুম্বা য়ারক্লে। লম হেল্লবা মচাগীদমক মমানা কয়াদা রাজখিবা অহিং কয়া মিশেল খাংখি। বাবাগী মীচৈ কয়া খাংখি। নিংশিংলি নুমিৎতো অহিংনি ফনা থেংলে, ঐনা মাঙ্গোল কাখৎতুনা থোংজিন ময়াদা লেপ্পদনি বাবাগী খোঞ্জেল তাখিবদু। - ‘‘নচানুপাসে নঙনা হেক মাংহনলবনি, হৌদোংনা মচা নুংশিন্নবদগী মচা চাথোকই

হায়বদো নঙ তৌরে। আঃ পাম্মুইদা, কয়াদা চাওজরমখ্রবা আশানো? ইচা মতোমতনি সানা মতুমনি খনলমবনি, পুম্নমক অৱেম্বদা হেক মাংইদা।" বাবানা চৈরিবা ঙাংলিবশিংদো ঐগী ফলবগীদমক্কী হায়বা ঐ করি অমত্তা খল্লখিদে। ঐনা চহি কুনথ্রা চংলকপদা য়ুম পানলে। ঐনা য়ুম পানলগা জ্ঞান তারক্কনি হায়বসে ইমা অমদি বাবানা খনখিবনি। ঐদি তুংদা করি ওইবা হায়বদো নোংমতা নিংশিংখিদে। নুমিৎ খুদিংগী য়ু ঙাওদুনা হনজিনলকই হায়দুনা ঐগী নুপী বালানা ঐবু য়ানিংদবা উৎতুনা মাগী পামদবদু ফোংদোকখি। ঐবু য়ু থক্কনবা কয়ারকসু হায়জখি অদুবু ঐনা নোংমতা তাবিখিদে। ঐগী অপাম্বগী মাইয়োক্তা লেপ্পী হাযদুনা ওৎপিখি, নৈবিখি। থোৎলবী হকচাংদা অকন অরিং শিংদুনা ফ্রাবিখি। পুম্নমক মহাক খাংখি। মরাইবক্তা তন্নক্লবনি নিংখি।

নোংমা নুংথিল তুম্বা হৌগৎলকপদা ইমাগী খোঞ্জেল অমনা অসুম্না হায়বা তাখি -

- "মতোমতা পোকপনি হায়দুনা ইমানা মাবু কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকপদগী নবাংখ্রবনি। হৌজিক্তি নঙগী খুত্তা ইমানা অমুক শিন্নরবনি। নিংথিনা বারি রাতাই শান্নদুনা থেমজিল্লু। মহাকপু নিংথিনা বারি রাতাই শান্নবা ইয়ামক য়াদবরনে।
- খংদে ইমা, করি হায়গদবনো? নোং ফাদোকসু জ্ঞান ফনা মতাই, অয়ুক নুংথিলদদি নিংথিনা বারি-রাতাই শান্নবসু য়াই অদুবু নুমিদাং হেক ওইবগা লাই হেক্তো ওনলকই। নুমিদাং ওইরক্লগনি খনবদা নুংশা থিবা পোক্লবনি।
- খংদ্রেনে ইমাসু, মাগী য়ুসিদা থক্কবদি ফগদৌবনি।
- য়ু ঙাওরগা থুগাইথ্রিবা পুখম তেঙ্গোৎ মশিং ফনা য়ামলে, উপুগী মিংশেল কয়ারক শিনথ্রে। ইনমদা চৈ চাবশিবুদি নোংমতা পনজবা নত্তে, অদুবু নোংমতা য়ু ঙাওদনা হনলকপা য়াওদে।

ঐনা হায়জবা পুম্বা নুপী বানি নবা লৌদে হায়দুনা হেক্তা কনথোকপি। খংদে ইমা পুলিসিদা জ্ঞান তানা পুকচেল মান্ননা অমুক্তা পানমিন্নবা ঙম্নরোইদ্রা ?

- করিগী মানা লম পংহেন হেনবা য়াব্রনে ? হেন্দা হেনজিনলক্লবদি ঐখোয় লৈরিদনা, করিগী নপুক্লিং পিকশিনলিবনো ? নোংমা শোয়দনা ফরকখিনি, অসুম্না সুম লৈবা য়াগদ্রনে মাবু ? ইমাসু ঙাংলিবসিনি, হেক ঙমলিবমখৈ ঙাংখিগদৌরিবনি। নঙসু হেক য়ারিবমখৈ হায়য়ু। য়ুম পানবা হায়বসে, নুপা নুপীগী মত্ মান্নদ্রবদি মাই পাকপা খক ঙমলোই, য়ুম পানবা অরাইবা নত্তেকো ইবেন্মা।

ঐসু য়ুসে থক্লরোই খনখিদবদি নত্তে। খংদে, হৈনবি হায়বসে কয়াদা লুখ্রবনো ? মতম হেক য়ৌবগা হেক্তা নিংশিংলকই, শঙ্গা হেক পুনলুবগা য়ুমগী বা পুম্নমক হেক্তা কাউখি।

মেরা থানি, পানখৎলকপা থাজনা তরু তরু থোকলি। পার্টি অমা য়াওরুবদগী হনলকপনি, য়ু লিক্লি, গ্লাস থুগাইনদুনা লাওখৎনখিবা পার্টিদুগী ফলদি মরাল লৈজদ্রবী ঐগী বালানা ফংখি। থা অহুমতা ঙাইরিবি মচানুপীবু মথানুংদা চেৎনা থাগোন্নজদুনা ফৎখিদ্রবা ঐগীদমক অহিং মিৎশেল খাংজরিবি মাবু মীনুংশি খংদ্রবা ঐনা তমথিনা ফুবিখি, ওৎপিখি, নৈবিখি। নৌজবিবি মানা মপুরোইবগীদমক্কী হায়দুনা পুম্নমক খাংজখিবনি। কনবিনবসু হায়জখিদে, শিংনবসু উৎখিদে। করিনো হায়বা খংজদ্রবী ঙকচান্নরবি মাদি শক্তি পুম্নমক পুথোক্লুনা লেপখি, পাঙ্গল পুম্নমক শিজিন্নখি। অদুবু ওৎপা নৈবিবতনা হেনখি। পাঙ্গল লোইখি। শক্তি মাংখি। ............ ।

তয়াইমাগী মাইথোং পিরাংতনা পুমচোৎ চোৎলে। মখোল নিক্লে। খাংঙমদ্রবা থম্মোয়না হিক হিক লাওনা তেংথারক্লে। তয়াইমদু রাবনা পনদোম লোমলমাল্লে। তয়াইমগী ব্লরি লেপখ্রবদা ঐনা মখা

তানিংলদুনা হায়খি - "মখাদি কমদৌগ্নে তয়াইমা? রারি মখা চথখো মসিসু প্রাইশ্চিৎ অমা শোইদনা ওইগনি। শ্রী শ্রী কৃষ্ণনা অর্জ্জনবু রাহৈগী লান শোক্লহন্দুনা ময়াম্বা ধর্ম্মরাজবু নিন্দা তৌহন্দুনা চৈহনখি, রাশক্কী প্রাইশ্চিৎ তৌহনখি। পাপ খরদি শোইদনা কোক্কনি, পুক্নিংগী অরাবসু ময়েং তাখিগদৌরিবনি, লিখো মখা কমদৌগ্নে তয়াইমা?" নিঙমদবগী অনুত্যাপ মৈরিলক্তা কেমলবা থরায়দগী নিক্লবা খোঞ্জেলদুনা তপ্না তপ্না মখা লিখরকখি - "তমথিরবা ঐগী শাগী লিচৎ অদুদা খাংবা ঙমদ্রবী নৌরবি হকচাংদো লৈমাইদা জ্ঞান যাওদনা তাখি। হিংচাবগী মখুত্তগী কনজনিংবনা মথানুংদা চেৎনা কোনশিনজরম্বা মচা থাদোরকখি। লশিং মফোনদগীসু হেন্না থোৎলবী অঙাংবা ঈগী মচু কোকত্রিবি ইচানুপীদো কনলবা লৈমাইথক্তা য়েথখি ......... ও! .... ঐ ঙমদ্রে, ঐ মখা লিবা ঙমলরোই" হায়দুনা মথস্মোয় শোক্লা কপখি। অদুগা অমুকসু হায়খি - "ঐ শাদগীসু হেন্না তমথিবনি, মচা হাৎপা ঙম্বা মপানি, নুপী হাৎপা ঙম্বা নুপানি, ঐ হিংচাবনি, ঐ মীহাৎপনি, আঃ কয়াদা তমথিখ্রবনো? ........"

"ঐগী ইখোং ইখুৎ পুম্নমক ফাজিন পুন্সিনলমলে, অমমম্বা কাদুদা ইতোমতা লৈরমলে, অদুবু কুইদে, লানজদ্রবি মাগী অরোইবা বাহৈদুনা ঐবু য়োৎহিলং - ফলাংদুগী শো হাংহনখি। অদুবু ঐগী শংসারদি কদায়? ঐ মঙলাক্লখি। করিনো হায়বা খংখিদে। নিংশিংলিবশিং কাওথোকনবা ঐ নিশা পুম্নমক্কী মপু ওইখি, অদুবু কাওবদি নোংমতসু ঙমখিদে। ঙাকপিবা, কনবিবা, ইংবা তপ্লতনা লৈতেং ওইজরবি মাগী পুন্সিবু ইকাই খুম্নবা উৎতবা ঙমদে। মাদি ঐবু লমজিংবিরম্বনি, মানা পামজরম্বা লম্বিদা ঐ চৎনবা লেপলবনি। ঐ নেশা অমুক হন্না শোক্লরোই হায়না রাশক্লবনি। কনাগুম্বা অমত্তদা অরাবা খক পিররোই। ঐ মঙোন্দা ঙাকপিফম থোক্তনা লংজখ্রবনি অদুবু মাদি ঐবু নোংমতা রারৌখিদে, নোংমতা শাওখিদে। মসিমক্তনি ঐবু অনুত্যাপকী মৈরিনা চাকহনলমলিবা? মপাবু কিদুনা চেনখ্রবা

ইচানুপা অহল মবোক্কী য়ুমদগী লৌরুগনি, ঐগী ইরান ঙাকপিয়ু হায়জগনি। মহাক্কী চৎখ্রে অদুবু মানা তন্নিরম্বা সুরগী ঈপোম্মা থম্মোয়দা নিন্দুনা লৈহৌরি।”

তয়াইমগী বারি লেপখ্রে। মিৎলু অনিমক পিরাংনা পুমচোৎ চোৎলে। মশা পুম্বা ইহিক হিকথখ্রে খংদে করিগীনো ঐগী মীৎলুদসু পীগী ঈফুৎ ফাওরমলে।

১০।১১।১৯৮৫

# ঐগী ইমা

"ঐগী ওইরিবা তাইবঙসিনা ঐবু করম্বা মাইকৈদা পুগদৌরিবনো ? মীওইবা সমাজগী মরক্তা চাওর চাওরবা লৌনম কয়া অকনবনা শেম্বা চৎনবিগী বাংলবা শম্বল কয়া, মশা মশাতগী খন্নবদা শাগুম্না খোংদুনা নাপল কানরিবা, নুংশিববু শান্নপোৎকুম খন্দুনা খোঙ্গাওনরগা অকন অরিং ওইনরিবা, অচুম্ববু নাগৈদনা থমলগা হৈ-শিংবনি খন্নয়িবা সমাজ পুম্নমকশিংসিবু কনাগীদমকনো ? করিগীদমকনো ?" রাফমসিদা ঐ কয়াম মুন্না খল্লুদুনা ননাওনা কৌবদু তাহৌদ্রিবনো হায়বা ঐ নিংশিংদ্রে। লেংবান্দা মখুৎনা পোপ লাওনা থারকপদুদা ঐ খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকপদদি ননাওনা নোকফেৎ তৌরদুনা - "করি রাখলদনো তামোচৌনা উংলিদুবু ?" মঙক নোমলদুনা অমুকসু মখা তারকই - "উম ঐ ভাব তারে, ইচে অনন্দি ঙারাং লাকলমমে, তামোচৌবু ঙাইখ্বে ঙাইরগা লকমন্দবদুদা অদুম হনখ্রবনে। ঙারাংদি রারি শান্নমিন্নবা কনামফাও হেক লৈতবা তঞ্জাদো। অদুদদি ঐগা ফনা কুইনা ফমিন্নদুনা রারি শান্নমিন্নরে। তামোচৌ, ইচে অনন্দিসি মবুক ফৈকো, শৈত্যা।

- তৌনি মদুগী নুপীদো, মাতাঅমনি। মীগী ময়ুমদা কোইচৎ হেক চৎলদনা।
- ই: মীঙোন্দগা তাইসিন্নবিরিয়ে, য়ুমদা লাক্লবদি তামোচৌনা হায়গৈ হায়রমলগা।
- খুপাক চানিকো ননাও নঙ, নথৌ তৌরু য়াদ্রো ? নঙনা সিদা চংলক্লগা চবেং চবেং ঙাংলরিসিবু নঙবু নথৌ লৈত্রবরো ? (ঐনা মাগী রাঙাংদুদা ইকাইবা ঙাক্লবা শাওসিন্নদুনা হায়খিবনি)

- ই: লৈতবদি হায়রুনু, বা অমা হায়বিগে লাকপনে। তামোচৌদি কৌবগা তাদমখৈ উংলম্বদুদা, উংলুরনু য়ারবনি হায়বিবে বানি কৈনো! মী লাকহৌ-এ, রাইটিং রুমদা তামোচৌবু ঙাইহৌরিবনে সি হায়বিগে তৌরগা।
- কনানো লাকলিবু?
- খংদে,"

শাওরপ তৌনা খুমলকপদুদা ঐদি নোক্তুম নোকনিংলক্লে। মাগী মতৌদুদা ঐ বা মথা তাদ্রে, রাইটিং রুম তম্না অদুম লাকলে।

"নুংশাসিসু শাবনা প্রোক প্রোক হেক চাকই। অঙৈং অশাগী ফিভমসি চহি অহুম/মরিসিদা কয়া য়াম্না ওনখ্রবনো? শাবা কানদনা পংশাদা শাবা, ঈংবা মতমদনা পংঈংদা হেক ঈংবা। মীওইবনা হৈ-শিংমনবসিদা প্রকৃতিনা শাওরবনে, অদুননি ঈশিং হেক চাওবা, ঈকং হেক থোকপা তৌরিবসে। প্রলয় হায়বদু লক্কদৌরব্রা করিনো খংদ্রেদা, মীশি-মীনানা কুংখৎলকলিবা, নোংমৈ, বোমগী মখোলনা তোইনা তোইনা তানরকলিবা। ইরমদমসে অসুম্না তৌরম্বা নত্তে, কয়া থুনা ওনখ্রবনো অসুক তেনখ্রবা মতমসিদা।" হিপ্না হিপ্না খনলম্বদগী নুংথিলদু উরোন-শারোল তুমথরুরমানলে, মীকপ থোক্লকপদা থংনবা কাগী রারিদু নাশোন পিকলপ তারকই -

- ইবোচৌবগী মমাদুদি নোংমতা লাক লাকখিদ্রবরা?
- কদাইদগী লাক্কবনোদা, মচা অমা লৈহৌরি হায়বগকা নিংশিংবিবা নত্রেদা।
- কদাইদনি হায়য়ে মানা অমুক ময়ুম পানখিবদুবো?
- খংজদেদা, অথাপ্পদনি হায়মানলে। কৈদৌরুগবনো মদুবু খংলুদুনা?
- ইমৌ'বেম্মসিমদি তিম্নবা য়াইকো?
- অদুগী হায়রুরবদি ওহোক্লা ফখ্রেদা ইবেম্মা, নোংমতা মানা-

মনিন লাইবিবা নত্তে। মচা অনিসে চপ হেক মান্নবা য়োকই।

- ফৈ-ফৈ অদুমনবু তৌবিরবদি

ঐ অবোক্কা ইনদোনবেম্মগী রারিদু তাবদা মীৎ-না খংশিং শিংলে। না থাঙ্গৎতুনা তারে। ঐনা মতম কুইনদগী চিংনদুনা লাকলিবা রাফমসিগী লিখুলদু ঙসিদি রারিসিনা ময়েক শেংনা ফোংদোক্লক্কদৌরে। অবোক্কা হায়রকই -

- "ইশুনুপাসিগা মমাদুগদি ওহোক্কা খেন্নম্রে ইবেম্মা, মমাদুগী মচানি হায়ববু থাজদে। মমাদুগী মচৎকা হায়রুরবদি ইশুনুপাসিফাওবা চিংনরুরবনি অদুবু মাদি মমাগী মচৎকী মমি মচেৎ অমফাওবা তাদে। ইশুনি থাগৎপৈ রা নত্তে, নঙসু খংলিদু'ঙাই।
- হোয়নে ইচে'বেম্মা। শবম শবমনা পুই হায়দুনিদা মসি। আঃ .......... ইবুংঙো নরেলদি মাগী হান্নগী থবক মফমদুদা অদুম লৈরিব্রো?
- ইম্ফালদা তারে, কুইরে।
- ফরে ফরে অদুদি মানা সিদা লৈজবা মচাশিংসু চাওরঅবনিনা। ঐদি, মোইগী থবক তৌরিবনি হায়দনা অরাপ অরাপ্পদা চৎপসে পামজদেনে। (ঙাইহাক্তং তুমিন লৈরুরগা অবোক্কা মখোলজেন্দু খরদং নৌথরদুনা হায়রকই) -ইবেমহনমা নুপী হায়সে তৌবা ঙম্ন ঙম্নবিসু লৈবা জাৎনিকো। ইবোচৌবৈ মমাদু ঐগা লৈমিন্নদে হায়দুনা হুনবৈ রা নত্তে, লৈমিন্নরিবসিনা ফৈ হায়দনা থাগৎপৈ রাসু নত্তে। খেন্নম্রে খেন্নম্রে ওহোক্কা খেন্নম্রে। থবক্কি হায়দনা মহুৎ শিনবরা করিনো মেন-মান্ন তাদবা অমা তৌরগা অমুকতোইবা তৌরমলিদুনি নঙসু খংহৌরিদু'ঙাই। য়াহৌ থেংঙেমখৈ হৌগৎকনি, মমাই তাদ্রিঙৈদা চা থক্কনি। ওফিস কাদৌরবনি হায়দনা ইমুংগী থবক মানা অমা য়াওদমখৈ মমাই কেগনি, খুজিন শংগনি,

শান্নিগী মচু খনগনি। মশমদু লুখমদগী কাখৎলগা পৈরপ পোংলপ্পা পুনগনি, মচিনবান্দু ঙাংশং ঙাংনা শংজিনগনি। করিনো ইবেস্মা হায়রুদুনা কান্নদেসে। মানা তৌরিবা চোলোনসিদি ... এহ: মতামনিদা। মনেম মকুদা অসিগুম্বা বেভার চৎকনি হায়বসু খংদে, মরা-মপুরোইবগী শেবাদি ’সুম তৌগনি হায়বগী বাখলসু লৈতে। ওহোক্লা মিৎ নাখ্রবা, ওহোক্লা হৈনজখিদ্রবা ঐখোয়দি। লৈমিন্নরিবা ইমৌসিমসু সরকারগী থবক অমা মতৌবিবনি অদুবু মাদৌনদি নোংমতা তৌদে। ইমুংগীসু মনোমই, মাগীসু নংনবা অদুম হোৎনজে।

- হো অদু তৌবদুনবু পাখঙ অমা ফাবিদুনা লৈখ্রিবনিদনা। কয়াদা তৌ-ঙমখ্রবা শাজৎনো হায়বা।”

ঐ হৌজিক্তি তসেংনা খংলে, ঙাংনরিবসিগী মরম। ঐ নিংশিংলক্লে, ঐনা পুংকক্ চাওরক্লবা কান্দনি। ইমান্নবাশিংগা শান্নমিন্নবদা নোংমা ইমোচানা হায়খিবদো - “ইবোচৌবা নোই ইমা কদায়দা লৈ ?

- য়ুমদা লৈনা (ঐনা চাওথোক্লা খুমখিবনি)
- নত্তে কৈসু, নোই য়ুমদা লৈরিবদুদি নোই ননাওগী মমানি, নোই ইমাদি নুপা অমদা লুহোংখ্রে হায়দনা ঐখোয় ইনেতোন্না হায় খঙঙবা।”

বাহৈসিদগী ইমোচাগা ঐগা কন্না খৎনখি, হৌজিক ফাওবা কৌনদ্রি। ঐ ঙসিদি কয়াদা থিনা ইকাইবা ফাওরক্লবনো। মাগী অচুম্বদুবু ঐনা লাল্লি হায়না অঙম তানখিবনি। ঐনা মতমদুদা নাপল কানা চাওথোকচরুবগী মহৈরা ঙসি ঐগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনলরিবা অসিবু। ওহ! ঐ হৌজিকসু থাজবা ঙমদে, মসিমক্লা অচুম্বা ওইরবদি নুপী ঙাক্তগী থম্মোয়দবু অসুক চাওনা খেন্নবা থব্রমবকো ? ঐবু কয়াম লুনা তৌবিখিবা, মবুক্তগী তাবা ননাওগা ঐগবু মাগী মিৎয়েংদা করি খেন্নবা উৎখিবা ? ঐ ঙসি ফাওবা

থেংনখিদ্রি। ননাওগা ঐগা স্কুল অমত্তদা পুন্না কাহনখি। ফিজেৎ অমত্তনা থোনবিখি। চাক পুখম অমত্তদা পিজখি। ঐনা মসিবু তরাই তরাইনা হেক লৌবা ঙমগদরা? নত্তে, ঙমলোয়। ঐনা মাবু ইমা নত্তে করম্না খনলুবা ঙমগনি? অদুগা অমরোমদনা মবুক্তগী হেক তাবা মচা ঐবু নোংমতসু নিংশিংদবা ঙমলিবি, মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক ময়ুম পানথোকপা ঙমলিবি নঙবু করম্বা মখলগী নুপী করম্বা মখলগী মমানো? ওহ! ঐগী করম্বা ইপাপকী মহৈনো মসিবু! ঐ মঙলাক্লরে, হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলমলে। ঐ কয়াম কুইনা ফুংবঙননা লৈরুরবনো খংহৌদে- "ইবোচৌবা কৈদৌরে হৌজিকফাও হিপ লৈরদি? নশা ঙমদ্রবরো?" হায়না ইমানা ঙাংলকপদুদা ঐ খংপ্রেক খংনা ভাব ইতা তাদনা খুমদোকখি "হৌগৎলগে"

- "হৌগৎলু হৌগৎলু, নুমিৎ তাগদৌরবনিনে, ঐদি নশা ঙমদ্রবরা হায়দনা নুংশাবু থিরুরে। ননাওদুসু কদায় য়ৌখ্রবনো ঙসাইদগী হৌজিকফাওবা হনজিনলক্ত্রিনে, কদায় কদায়দবু চৎলিবনো খংদে। নোংমাইজিংনেগা হায়দনা য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতবনিনে মসিমনা"

ঙাংনা ঙাংনা ইমা থোকখ্রে। ঐসু হৌগৎলে। ইমানা চৎখিবদু ঙসিদি থম্মোয়গী মীৎনা তাম্নদুনা য়েংলুরি।

২৪।৮।১৯৯২

# পরিক্ষা

স্কুলগী হেড মাষ্টরসু মচননুপী লুহোংবগীনি হায়দুনা স্কুল কারকত্রিবসি ঙসি মরি/মঙানি সুজিনলক্লে। ঐনা ইন-চার্জ ওইনা লৈরিঙৈসিদা লাকপ্লিবা থবকসিনা অমুকতোইবা স্কুল সেক্রেটরিনা কৌরি, ইন্সপেক্তর উম্নরুদবা য়াদ্রে, বোর্ডতা চংলুদবা য়াদ্রে, জ্ঞান-মেন অমত্তা হেক তাদবা এসিষ্টেন্দশিংসিনা মরোল অমা ঐ হেক লৈতবদা ক্লাস মতম চানা অমুক্তা হেক চংবিদবা। ওঝা নুপীশিংসিনা কালেন ওইরে রুমান হেক্তা লোল্লি, নিংথমথা ওইরগনা কতা হেক্তা পুথোরকই, থবকসে ওহোক্লা চিনখ্রবা। নুপাশিংসিসু মখোয়নদি ক্লাস চংদ্রেগা ঐখোয়না লোডু শান্নবদি কৈদৌনা য়াদনি হাযদুনা ফমদুনা হেক্তা লৈথোকপা। মখোয়না নুংশিদবসে স্কুলসিদা ঐখোয় হেড মাষ্টরগা ঐগনা লোইরে। ঐখোযনিমক হেক থাদোকপদনা লেটর বোক্সসে কমপ্লেন্ট লেটরনা পিক হেক্তা থম্বা। খর ফবা মথৌ মশক খংবা ওঝা খর য়াওরিবসিনা মখোয় ময়াম চংদুনা অঙাওবা হেক শেম্বীবা। সেক্রেটবিনা দোনেসন লৌ লৌদুনা হাপচিনলকপা ওজাশিংসিনা খরা খিৎ মহেনখ্রে, ৱা ঙাংনবা য়াদবা, মীৎ নাখ্রবা। ঐখোয়না ঙাংবা ৱা তাবিনবা লৈতবনিনা তুমিন য়েংদুনা অদুম লৈবদা মতাবা। খোইদৌদি শাওগৎলপোৎনি। মীৱাসু মতাবা, থবকসু ভারিমা অদুম মচিনবা, অদুগা তলবনা হৈগ্রু মনাদা য়োন্নগা পিবা অদুগা স্কুলগী মপুসু চিয়ারমেনসু, সেক্রেটরিসু, কেসিয়ারসু ওইবা মাদি অতৈ থবক অমত্তা তৌদনা লৌসু, ইম্খোলসু লেপসিনখ্রে, চেক্কী দলানগী য়ুম শাগৎখ্রে, গাড়ি লৈদুনা তোংখ্রে। স্কুলগসে তোকপু তোকথোকলসিরা কৈনো? খল্লকপা হেক হেক য়াওরকই। স্কুলদা লোইসিনবা ঙমদদনা য়ুমদা শুগে হায়দুনা পুরকপা স্কুলগী ফাইলশিংদু ফাক্তোকলুবদা কদাই কদাইদগীনো মরি মরি নিংশিংলক্তুনা খল্লিঙৈদা ফাইলদি অমত্তসু শুহৌদ্রে। "তাম্মো, মী লাকএ"

হায়দুনা ঐখোয় রতম্না হায়রকপদগী ঐ হৌগৎতুনা ফমফম কাদা চংলে। ঐ হেক চংখিবদা হান্না ইখং খংনরবগুম করি'মত্তা কোইদনা অহলদুনা হায়রকই - "ইবুংঙো উন্নবা নুংঙাইরেদা, ইবুংঙোগা বারি অমত্তা শাগে হায়দুনা লাকচরিবনে" ঐনা সোফাদা ফমথ ফমথনা হায়খি - "করি তান্নসিগে ইমা, য়ানি হেক্তা তাকপিয়ু।

- সুমদৌবনি ইবুংঙো, সে নচলসে (মাগী নাকলদা ফমলিবিদু তাকলদুনা হায়খিবনি, অমুকসু মখা তারকই) হাকুমসু লৈহৌরবা হনতক্কী ইবুংঙোখোয়গী স্কুলদা পরিক্ষা সেন্টর তারে, অদুদা ইবুংঙোগা করি করিনো খর তান্নজগে হায়দুনা লাকচরিবনে, নচলনে হায়দনা তৌরিবসিনা পংবনা, করিমতা হেক খংদবা, হৈতবা। সমাজগী হোংলকলিবা চৎনবী কৈদৌবা ময়ামসে করি'মতা য়াওজবা নত্তে, নিংথৌ মনাই চুমচৎ হায়দনা পংলৈদা লৈজবা জাৎনি, অদুবু হৌজিক্তি মসি য়ারকত্রেদো ইবুংঙো! কো? মশানগা চাওশিনলকপনে, মমান-মমাননবিশিংনা কলেজ কানখিবা উরগা ওহোক্লা নুংঙাইত্রবা ইমাসু। .... অদো ইবুংঙো, ইবুংঙোনা উপাই অমত্তদি তৌবিয়ু হনতকতি নচলসে খর লাহোকহনখ্রসিনে, কো। ইবুংঙোগী ইমা করিনো শোইদনা তৌনি।"

মাগী বাতাসি ঐনা হৈনদবি হায়বদু খম থেংলে। খোইদৌসি খংশাও শাওনিংলকই। "ঐবু অসুক লাইনা উরবকো!" খল্লুবদা ইতোমতা ইকাইবসু পোকলকই। ঐনা -

- "করি তৌরুগবনোদা, য়েংসি য়েংসি য়েংমিন্নবা হায়বদুনি।"

ঐগী বাতাদু মহাক ইপেন পেন্দ্রমাললে, করি করিনো অমুকতোইবা ঐবু থাগৎসিন্নরিব্রা, তসেংনা থাগৎলিব্রা খংদে, ঐগী পুক্নিং ফানবা বাহৈ ময়াম অমা ওরো ওরো হৈথরক্লে। চে মচেৎ অমদা করিনো খর ইরগা সাইদ টেবিল মথক্তুদা থমলগা অমুকসু মখা তারকই।

- "সে ইবুংঙো, মাগী রোল নম্বরনি। অদুদি ইবুংঙো, ইমাখোয় অমুক য়ৌরগে, হয়েং নুমিদাংবাইরম অমুক চৎখোরক্কে। অকুপ্পা বারি খরসু শাসি। খংদে ইবুংঙো, নচলসে হনতক্কী লাচ্চোকহনখিদবা ময়াদ্রবনিকো। চৎলে চৎলে।" হায়রল্লগা অনিমক হৌগৎতুনা খোকখ্রে। ঐ বাই খিতং শংবগুম তৌরে। ঐ য়াম্মা মুম্না কয়ারক খল্লে অদুবু বাফমসিদা য়ানিংদবা অমদি কন্না হেক মফাওরে। ঐ নিংশিংলি ঐনা ওঝা ওইদ্রিঙৈগী বানি, নোংমা অয়ুক অমা ঐগী ফমুং মনাক্তা ইমা চংলক্কুনা হায়খি

- "য়াহৌবু অদুক থেংলবদি কমদৌনা মী ওইদৌরিবনো? হা? নশাদুসু ফররোই। শুমাং-থেনলোং চাইরিবা অসিতসু ওক্তা হৌগৎলগা শিচিন-শেংজিনবা ময়াই থেংঙেমখৈ হৌগৎলগা ফিজাও অমগা কদাই কদাইদগীনো শঙ্গনি হায়দনা মীরেম খরগা ওল্সিন্নদুনা বারেম ঙাংগৈ ঙাংলুরগা চাকশংদদি হেক্তা চংলক্কনিনে চাদবা য়াদবনিনা। অদুদদি নুংশিদ্রেদো, চৈরেদো, ঙাংলেদো। নোই নোইগী নচৎশিংদুদি হেক খহুদ্রে, অদুগা ঐবুনা ঙাঙ্গল-চৈগল্লি ফৎতে হেক্তা মহায়বা। হৌগৎলুনে, ননাও অসিনা পরিক্ষা থাবা চৎলিবসি নঙসু খর চেনবিবা ময়াই হায়বা, মীগীদি মী নেকপনে, ওঝা চাক্কৌবনে হোৎনরিবা।"

ঐ ঐখোয় ইমাগী ঙাংপ্রগা লোইসিনবা হৈতবিদু তৌরআনি হায়বা খংলে। ঐনা "দাওগা য়াদৌ মানদেহে, তৌরঅদৌনি, নোং ঙানবগা পংথেং থেংবসু নত্রিবসিবু।

- করি থেংদনি, পুং তরেৎ তারবসিবু ঙনলিব্রো?"

ঐ অমুক খুমলুদ্রে, অদুম হৌগৎলে। ইমানা কম্না হায়মনবদগী ঐ ননাওগী পরিক্ষা সেন্টর তাম্না চৎলে। তৌনরমলিবদু উবদা ঐ ঙকই। খোংনাও ময়াদা শেকপী য়ানবদৌনা ফনা য়াম্না

নপনরমলে খোংবান্দ চেনবশিংদু। পরিক্ষা ঙাকপা কাংবুদুনা যন হোইবদৌনা হোয়দোরকই। ময়াম কাইদুনা চৈয়ে, খোংবান্দা ভাবসু য়াওই। ভুসিনবসু। তাপ ফাই শেৎ শেৎ - "অয়োমা শিরে" শেক্কুনা চেনলকই। রা কাই। "করিনো কুম্মেসিদি শেল তিংত্রবসু য়েংবা য়ারেনা।" ওজ্রোকপনি ঐখোয়গী মতমদু পংকুই কুইবা নত্রি, কয়া থুনা কয়া খেন্নরবনো? পরিক্ষানি মী লাংবা য়াদে হায়দুনা কা মনুংদা রা মচেৎ অমাফাও ঙাংনদে। চেজেৎ অমাফাও কা মনুংদা চাইথোক্তে। শিনবা ইকাইনৈ, নোট তৌবদা ইকাইনৈ, ওঝাদা ভাকথোকনৈ। হৌজিক্লা নোট তৌবা, শিনবা হৈত্রবদি নোক্লবিরে। লৈবাক অসি শোয়দনা মাংলগনি। ওজ্রোকপা চৎনবি অমা কদাইদগী কমদৌনা ওইরকখ্রিবনো মসিবু? ঐ অদুম হনলকখি। ইমানা য়াম্না ঙাংখি, থবক হায়বদা থওইদে হায়দুনা শাওখি, অদুবু ঐ নুমিৎতুমদি করিগুম্বা অমত্তা খুমলুদ্রে, ভুমিন অদুম লৈখি। ঙসিসু ফিভমশিংদো অদুম ইহোং হোংদ্রি। হৌখিবা চহিদসু ঐবু ও: সি: ওইনা থনখি। ছাত্র অমখক্তগী নোট ফারুবা হাক্তক্তা ইকোক থুগাইখিবগী দাগ হৌজিকসু কোকত্রি অদুবু ঐগী থম্মোয়দা মখোয়বু কিবদগী য়ানিংদবসি কোকলো হায়বদি হৌজিকসু মঙমদ্রি। "অয়: অনিদুদি? চৎখ্রবো?" ঐখোয় রতম্না চাগী ত্রে অমা পাইদুনা লেপ্লগা হায়রকপদুদগী ঐগী নিংশিংলম্বদু কাইখ্রে। মানা অমুকসু মখা তারকই।

- "অদুদি ঙসিদি ছুটিনিনা চাকসু খর থেংদৌমানলে, ইমাসু থেংলক্কনি হায়রম্মী। শঙ্গোমসি তামো লোইনা থকওসে অদুগা চানবসিসু।
- এহ: কদাইদৈনো সিদি?
- হৌজিক্কী তামোগা বারি শান্নখিবি অহলদুনা পিরম্বনে।"

(ঐ খংশাও শাওনিংলকই)

- "ঐসিবু ঙমোক খর পিজরগা মানা হায়রিবমখৈ য়ারনি

খল্লবজাৎলা ? ঐবু মীনা অসুক য়াম্না উসিৎত্রবা কো ! ঐদি ইচম চমনা লৈনবা হোৎনজবনি, মখোয়সিগুম্বা কাংবুশিংসিনা ঐবু খ্বায়দগী ফত্তবা মী ওইহনগদৌরিয়ে ।

- হেরা তাম্মোসু অদুম হায়না খনবদি হেনমনগ্রেদা । মচাগী রা খর হায়জবা লাকপদুদা চুম্না পুরকপা ওইরমনিদা, সিদি হৌনবিনি কৈনো ?
- নত্তে মাগীসিবু চুম্মী খনলিব্রনে নঙবো ?
- থিজিনলুরবদি অচুম্বা অমত্তবু য়াওদেদা তাম্মো, তাম্মোসু খনবিয়ুনে, ওঝাগী স্ত্রাইক, ছাত্রগী স্ত্রাইক, বন্দ, জেনেরেন হোলিদে ময়াম অমা, স্কুলদা লাইরিক তম্বদনা সেলেবস লোইদবা, পরিক্ষাদনা লোইনা হৎজিনবা, মানা মানা ঙমনবা উপাই থিনরকপা তাবনে । মমা মপাসু অদুমঙাই, পরিক্ষা ময়াদদনি মচানা লাইরিক তম্মী হায়বা নিংশিংলিবসে । মরাল লোইনা ইরে লৈনবা ঙাকনি । কান্নদেদা তাম্মো, অঙম্বশিংসিনদি মমিৎ তাংশিন্ন, মানা পংসিন্নদুনা লৈথোক্লগা ঐখোয়না কনথি থোকলুরগা অঙাওবা তানবনি ।
- নঙনা হায়রিবদো ইয়াম্বসু য়াই, অদুবু মসে চুমথোকপগী মতম থিনমনলবনে । নত্রবদি তুংগী তাইবঙপাল অদু করি ওইগনি ? নঙসু খঙ্গৌনে ।
- তাম্মোগী রাখললোন্দু য়ানিংদে হায়ববুদি নত্তে'বা অদুদা সমস্যা অসিদি ঐখোয়তনা কোকহনবা ঙমলোয়, পুম্নমক্কী দায়ত্ব্য লৈ হায়জবনিদা ।
- হোয়নে অদুবু ......
- ফরেসে তাম্মো, মসি রাসি তোকলসি । অদো ঐখোয় চাকসিবু ..... মেমতোম্বীসু মপাম চাক্লৌবা য়াওনি হায়দুনা চৎখ্রে । ইমাসু নুংথিল ওইনা লাকলনি ।

- অদুদি নঙ খর থোংউরোদনা।
- অসঃ ঐনা থোংবসিবু ........ হোরেল চাবা য়াদৌ মানদেদা তাম্মো।'' মাগী বাঙাংদু মহাক তল্লে হায়বা খংলে, ঐনা -
- ''নোইননে থবকসে, সিনা নুপাগীনি, সিনা নুপীগীনি হায়দনা তৌহৈদবগুম হেক্তা খনবা, থবক হায়বসিদি লোইনা হৈজিনগদবনি নুপা নুপীগী বা থমলোয়দবনি। অমনসু অমনসু তৌবা ইয়া য়াবা ঙাকনি হায়বা। খংদে খংদে ঐদি ফাইন শুগদবা য়াম্না লৈ, চাক লমলগা থোংলুরো।''

ঐগী বাতাদু রতন্দু কয়া হরাওবা মানদে, করি করিনো মুরুম মুরুম শোনলদনা মমাই লৈথোক্লুনা থোকখ্রে। থোংজিন কানথোকলমদাইদা হাযরম্বদুমদি ময়েক খর শেংনা তাখি - ''ঐখোয়গীসু পুজারিসে অমদি দরকার ওইরবনিকো।'' ঐ মানা চৎখিবদু মুন্না য়েংদুনা অদুম লৈহৌরে।

১২।৪।১৯৯৩

# ঐচ: আই: ভি: পোজিতিব

“নঙনা অসুক য়াম্না জ্ঞান তাদ্রিবা অসিবু করিগীনো হা? নঙবু নহে নশিং তমহনলিবা, মীরক তিনহনলিবা অসিবু অসিগুম্বা গাধাগী থবকসি তৌরক্কবরো? ইচাদি মীনুংশি চাওরেদা, দানম্বিরনিহে। নঙগীদমক খনবদা ইমাঙ্খ অসে থমফম লৈত্রে, ইজ্জৎ শন-মান পুম্নমক লৈখা তারে। ইচা হাক্তক অমদা স্বর্গ কাই, ইচা হাক্তক অমদা নরক তাই হায়বদো চুখ্রেদা। ... ইমাইপেম্মা ইমাইপেম্মা ঙকখ্রেদকো, ঙমখ্রে ঙমখ্রে। সিআ: লৈশাবিগকা শারদনা ইচা পাখঙসিবু হেক ফাবিবকো। .......”

থংনবা কাদা তামোচৌদা ঙাংখৈ ঙাংলুরগা ইমাদু ঐগী কারোমদা অমুক চংলকপগী মখোল তাবদুদা টেবিল মথক্তা লৈরম্বা লাইরিক অমা শৎ ফাক্তোক্নুনা ইমাংদা থম্লগা মুম্না য়েংই। ঙরাং নুমিদাং থেংনা হুনজিনলকপগী ইমাদু ঐঙোন্দা খরদি শোইদনা ঙাংনিংলমগনি। ঐগী মওং কৈদাদু তাৎনি হায়বা খংদ্রমানলে ইমাদু করিমতা হায়রমদনা অদুম থোকখ্রে। ঐখোয় ইমাসু হুন্তক্তী ঙাংঙে অমুকতোইবা অউ-অউবা অমত্তা থাদ্রে। তামোচৌগী থৌদৌসি ইমাগী মথ্বায় খর শোকপা মাল্লি। ইমানদি মচা কোকহন লাইহননি হায়দনা মীয়াম মমাংদা লেম্নদুনা চাওনা লুহোংনিংবনি অদুবু নুপীদু অমুক চেনলুরবিনি হায়বা তাবদগীদি অমুকতোইবা লৱাইদা মৈতান অচাকপা থম্বগা চপ মান্নখ্রে।

- “শম্বলসি শিদোকউ, সিদা খারিসি য়ারোইয়ে, ঐখোয়গী লম হেনজিনলে। শম্বল অথিংবা খুদিংগী ঐখোয়রোমদা খর খর’সুম তকসিনলকলিবা অসিবু নোই নপা-নচানা শিবদা পুগে হায়রিব্রো? ঐনা শিদোক্কবদি মওং চারোইকো।
- লাও লাও শিরোলাওনে, শিরোলাও হায়বা শম্বলসে।

নখৌনা লৈবা কনানো, থোকলকউলাওনে, থাংজৌসিনা চবৎ চবৎ য়ানথৎকেনে।”

য়ুমথংনবদা লাওনরকপদু তাবদা ইমাদু ঐগী নাক্তা হোবে হোবে চংলক্কুনা হায়রৈ -

- “হায় থোকখি লাকখিনুকো লাওনরিসে, মহা তাকু (ডাকু) ঙাক্তনি। হাৎকে তুপকে ঙম্বা। অমগীসু অমগীসু করি’মত্তা হেক হায়রুনু।

- ওহ্নোক্না হৈনখিদ্রে হাযগুন্নদনা, ঙাইহাক হেক লৈতনা ঙাংনরদনা। নহান, অমিনগগা লাকলগা ওহ্নোক্নরমলবনি ঐখোয়গীসিফাও য়াওনা। করিনো খংদে হঞ্জন হঞ্জন ..

- খংদে খংদে নখোয়দা থোকপিখিনু হায়রিবসিনি মখোয়না থোকপা তৌজসনু।

- য়ুমদা লৈরগা থোকত্রদি ফজরোই, ঐ মোচাখোয়দা অমুক্তা চৎলুখিগে ইমা, ঙসি ছুটি ওইরিঙৈসিদা মমাগী লুহোংবগীদুসু করি করিনো অমুক্তা হংলুগে।” ঙাংনা ঙাংনা ফি হোংদোক্লে। তামোচৌদগী গাড়ি শোদু লৌরগা অদুম থোক্লকলে।

ঐনা চংখিবদা মোচাদু করিনো অমা ইদুনা লৈরম্মী। ঐনা “করিনো ইরিবদুবু” হংলুবদা মহাক খঙপ্রেক খঙনা মমাই লৈথোরক্লে। ডাইরিদু খুমজিনলগা ঐবু থাজদনা উম্নরে হায়দুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লদুনা ফমননবা হায়রে। ঐনা চৌকিদুদা ফমথ ফমথনা হায়খি - “লুহোংঙমদাইসিবু নপুক্লিংদু কমদৌগে? য়েংলু য়েংলু খুদিং ইনৌদ নৌ, খল্লু-খল্লুবা পুম্নমক ইনুংদা নুংঙাইরমদৌ মানলিদা।” ঐগী বাফমদু তাবদা মহাক নোকফেৎতি তৌখি অদুবু মাইথোংদু মকা লাম্বদি নত্তে। ঐনা মখা তারুই।

- “কৈন্যাদুবু কদাইবাইদৈনো? মশক্কা য়াম্না ফজরমদৌ মাল্লিকো। নত্তে মমাংঙৈগী ইন্দুবালদুরো? মাদি য়াবনিহে। কয়া কুইরবনো ঐখোয়নি পুনখিদবা, মতমদো খনলুরগা নুংবু

নুংশিনে, ইন্দুবালাখোয়গী মমাংগী লম্পাক্তুদা নত্রো? নোং পুমচোৎ চোৎমিন্নবমখৈ থাবল চোংমিন্নখিবদো। ঐদি ঙরাংতা থোকখিবগুম ইনৌ নৌরি।

- উম: মতমদো ঙসিদি লোইনা হৌপ্রে। নিংশিংলিবসিমদি ইনৌতা নৌদুনা অসুম মরৈরগনি। নঙদি তাদ্রিবোইরে, ইন্দুবালাদি অতোপ্পা নুপা অমদা মমা মপানা থাজদুনা লুহোংখিবা অসুক কুইরসিবু।

- এহ: ঐদি তাদেনা, নঙগী লুহোংবসি ঐদি মাগনি হায়না খনলমলিবনি। কয়াম কুইগ্রবনোনে?

- চহি অনিরোম্বু হেনলমলনিদা। .... ঐসু ঙসিদি লুহোংলগনি হায়না ময়াম পুম্নমক্লা হোৎনবিরি। থোইদোক্লা ইমাগা-বাবাগগী আশাদি ঐ ইতোমতনি অদুনা মখোয়না মপান ফরিঙৈসিদা ঐবু য়ুম পানহন্নবা কন্না হোৎনরিবনি। ঐগীদমক হায়নরিবি কৈন্যাদো ঐগা হান্নবা শকখঙ-মাইখঙনবদি নত্তে। ইমানা তকসিনমনবদগী ঐগা উন্নদুনা ৱারি শানরুরে। কৈশামপাৎতগীনি। মশক মতৌ ফজে, ওফিসকী থবক অমসু তৌই। মমিংনা উশারানি। মাবু মৌ অমা ওইহনবদা থোইদোক্লা চোপলোই, অদুবু ঐ মাগদি লুহোংদবা তাই।"

-

- (মাগী ৱাফমদুদা ঐনা ঙক্লা হংলুই) অদুক য়াম্না ফৈসু হায়রগা করিগী? করিগী হোংলোইদৌরিবা? ঐ ভাব তাবা ঙমদে নঙনা হায়রিবদো।

- ঐ য়ুম পানলরোই, পুন্সি চুপ্পগী ওইনা।

- হেরা নাতৈ চাদবা, অদুবু ৱানেনা। চৎনবসু য়াররোইদৌবদা। পংখল খল্লুনুদা, ইন্দুবালানা লাপ্না নুংশিবা উশারানিনা নক্লা নুংশিনবা তারেদনা।

- অদুগী নৎতেদা ..... ফরে মসিগী বাসি কোম্না ঙাংনরসি।
- কোনবা য়াদেদা, লৈখায় তাথোকনখিদৌনি। মহে মহে আঃ – য়ৌনা চংশিনবা হৌনরকানসিদা নঙনা অদুম হায়না ইকোম কোম্না হেক হায়দোকপা য়াব্রনে?
- অদুবু হৌজিকসু মতমদি লৈরিদনা?
- নত্তে, অদুবু করিগীনো হায়বনি? নঙগী ননিং থুংদবা করি লৈদুনা অদুগুম্বা বাদু হায়রিবনো হায়বা?
- কৈসু লৈতে, অদুবু ঐ য়ুম পানবা য়াদবা মীশক অমদি ওইরে।
- নঙগী বাসি ঐ ভাব তাদেদা।"

নুংশাম্বর মপী অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা মোচানা তপ্না হায়রকই

- "ফরে তারো লিরগে - ঐনা করিগীদমক য়ুম পানবা য়াদ্রিবনো হায়বদো।"

ঐ মেত্রিক পাস হেক তৌবগা মপানলোমদা লাইরিক মখা তমথবা চৎলেদনা। অহানবদদি ইতোমতা তরক তরক ওহোক্লা হৈনরমদে, তুংদদি ইরৈকাই ওইরক্লে। সঙ্গ চাওথোরক্লে। মখল কয়াগী মীওই লোইনরে। নিশা হায়বদুমখৈ সুনা শকখঙনরে হায়বা য়ারে। শঙ্গ চাওরে হাযদুনা ঐগী নাপল ময়াই কাখৎলক্লে। ফাজিন পুক্সিনবিনবা য়াওদ্রবদা নিংখা তম্বগী লম অসুম অসুম পাকথোকলকখি। মনিন ওইনা থকপনা পেনলক্রদুনা হকচাংগী শিংলি থিদুনা কাপলে, কাপমিন্নরে। ইতোমতা হাযদোকপদা ইতোমতা ইকাইনিঙাই ওইরবা থবক কয়া লাইনা লাইনা পাংথোক্লে। অহিং কয়া কয়া অরোনশঙদা য়ারেক্লে। ঐ মঙলান্দা নুংঙাইবগী মপাল শারে। মসিগী মহে ওইনা নিংবা কায়রে। চহি অনিতা চংবা কোর্সনা চহি মরি তমলে। য়ুমদগী শেল থারকপা য়ানবা ওইদবা বা ঙাংদুনা ঐবু হেক পোকপী ইমাদা

ঐ মীনমলে। বাবাদা চিরোন তৌদুনা থাজহনলে। মসিগী ফল ওইনা হৌজিক্তি ঐ ইতোমতনা ইতোমতবু থাজদ্রবা মীশক ওইরে। নঙ ঐগী বারিশিংসি তাবদা ঙকলমগনি। ঐসু ঙকই, ইতোমতা থাজদে। নঙনা ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নবা হৌরকপদা ঐনা শাওখি। নঙবু চৈথিবনি। অদুগা ঙসিদি ইতোমতনা ইতোমতবু বারকচবা ঙমজদ্রে। ঐগী পুন্সি লৈখা তানা মাংলে। কৈদৌঙৈ কেনগনি হায়বা ঙমদ্রে মতম ঙাইদুনা লৈরবা, ইখোং নাম্মা কু মনুংদা থাংজিনলবা মীশক অমা ওইরে। পুন্সিসে হিংনিংলকপগী ইনোৎ অমা কন্না লাকপতা মঙাইরিঙৈ, শিথরুরবা পুন্সি পামেলসে য়েনিং হুনহনগে হায়না হোৎনজরকপা মীকুপসিদা অমুক হন্না নাহোকপা ঙমলরোইদবা লিপুন অমনা চেৎনা ফাজিনদুনা থমলমলে। ঐদি হৌজিক্তা মীকপ থোকলি অদুবু ঐগী তাইবঙপালদি ইমম মমলমলে।

- (ঐনা মাগী বারি মরক থৎলদুনা হায়খি)অসুক তেনখ্রবা মতম অসিদা নঙবু অদুগুম্বা মীশক অমা ওইখ্রবা? (ঐনা থেমজিনলদুনা অমুকসু হায়খি) ফরে মোচা, পুম্নমক অদো হৌখ্রে। হৌজিক্তি নঙগী অনৌবা পুন্সি অমা ফংননবা হোৎনরো। কান্নদবা পুম্নমকশিং অদো লোইনা কাওথোকখ্রো। করিমত্তা খল্লুরনুসে।
- (মোচানা পুমহিক হিকথরবা অমগী মতৌগুম নাওশোন্ননা হায়খি) পুম্নমক থাদোকপা ঙমলগনি অদুবু ঐগী হৌখিবা লমচৎ-শাজৎশিং অদুগী মহৈদি ঐনা চাদনা তোকপা ঙমলোইদৌরি। বাফম অসে ঐনা মাংজৌননা খংজরম্লবদি মাগা খক উন্নরমলোই, ইমাখোয়দসু ঐগী অয়াবা পিরমলোইদৌবনি। অদুবু বাফম অসে য়াম্না লুসিনখিবমক্তী নত্তে, অদুনা ঐ মসিদগী হনতোক্লবা ফিরেপসি লৌরবনি।"

য়েঙঙু তু হায়দুনা চে অমা ঐঙোন্দা পিরকই। ঐনা চেদু লৌদুনা য়েংলুবদা উরকই - "ঐচ: আই: ভি: পোজিটিব ওইরে"

হায়না ইরন্নদো। ঐ মোচাদা ঙক্লা য়েংলুই, রা ঙাংফম খঙদে। কাদু পুমচিক চিকই, অদুবু নুংহিক্লরবা থম্মোয়দগী থোক্লকপা মখোল থোক্কবা থোহ্বাংনদি মাইকৈ পুন্না পুমনিন নিনখি। ইতোমতা খনখি - "ঐচ: আই: ভি: পোজিটিব ওইরবা।"

২৩।৩।১৯৯৪

-()-

# য়েনিংথানা লাক্লবদা

'কৃষ্টীনা' মাগী মমিংনি। মীং অসি খংদ্রিঙৈদা মাবু ইহান হানবা ওইনা ঐনা উথিবসি শ্রীশ্রীকৃষ্ণগী মণি মন্দিরগী পরিক্রমা চৎফমদুমক্তদনি। মাগা ঐগা মফমদুমক্তদা মাইয়োক্লনা মীৎচান্নখিবনি। ঐনা য়েৎলোমদা থৈদোক্কে হেক তৌবগা মাসু য়েৎলোমদা থৈদোক্কদৌবগী, মানা অমুক ওইরোমদা থৈদোক্কে তৌবদুদনা ঐনসু ওইরোমদা থৈদোক্কে অমুক তৌদুনা ঐখোয় অনি লম্বী লমুক্লখি। বাদি অমত্তা ঙাংনদনা ঐখোয় অনি নোকমিন্নখি। ইকাইনখি। তৌফম খঙনদনা ঙাইহাক্তংদি মাসু ঐসু চপ লেপ্তুনা মাইয়োক্লনা লৈমিন্নখি। মাগী লাইবক্কী অঙাংবা শিন্দুর, তুমতক তাবি নাতোনগী কেসরি চন্দন, কোইরাওনবি মীন্নাদা পারপ্পা য়েকপা কাজল লৈচিলনা খনজিনখ্রবা পুর্নিমাগী থাজগুম কলক্লা য়েংনিংহনলি। মাগী চিন্বানগী অপাবা লৈ মচুগী লিপস্টিকনা পাবানা তৈরিবদু অঙাংবা গুলাপকী লিক্লানা চোৎলবা লৈনাগুম্না নিংথিজরি। মাবু কয়াম কুইনা য়েংদুনা লৈখিবা ঐ খঙদে। ''ইবুংঙো খজিক্তা চৎচগে'' হায়দুনা অহল অমনা হায়রকপদুদতা ঐ মীৎ-না খংশিং শিংলকপগুম তৌরকই। মানা চৎখিবা লম্বীদুদা ঐ য়েংদুনা অদুম লৈখি। মাগী লেংবান্দা শিন-থুংনা কুপলিবা মুরবা শমলাংশিংনা নোমহৌ নোমহৌ লেংলিবদু মাগী তনৌরিবী খুৎশানা হৎতুনা কৌরিবগুম ঐগী পুক্লিংদি মাগী মতুং ইন্নদুনা অসুম চৎলুরি। মানা অমুক্তং লৈথোক্তুনা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকখিবদো ঐ ঙসি ফাওবদসু কাওবা ঙমদ্রি। ঐগী মীৎ অনিসে খংপ্রেক খংখিবনি। মীৎচান্নবা ঙমদনা মরান লৈরবা মীশক অমগুম ইশোন শোহ্নরদুনা ইমিৎ অনিসে ইতুক তুকথখিবনি। ঐগী ইতৌদো মহাক্লা খঙবগুম্না তৌখি। নোকমি নোকমি তৌরদুনা

মহাক অদুম চৎখি। মাগী মাইথোংদু তনৌ তনৌনা উরবসু মহাক মপুং মরৈ ফারবিনি হায়বসিদি মহাক্কী মপুং ফারবি নিংথিরবি শাবান্দুনদি তশেং তশেংনা তাকলি। ঙৌরোক ঙৌবি পারপ তৌবি মখোংদা অঙৌবা শঙনগী অপাবা চমপল, ফিথুপ নাইবা তনান তনানবি পুঙৌ ফনেক, লৈ মচুগী অপাবা খুদাং য়াওদবি ফুরিৎ, লূনা ঙৌরোক ঙৌরবা অপাবা চুনিনা মাংগী নাক য়েৎ অনিদা ঙকশমদগী শাংনা থাদরকলি। পুমবুম তাবা ওইগী খুৎশাগী খুনিংথৌদা শিরিবা সানাগী খুদোপতু লৈয়োমুংগী লৈরিকুম নোকমি নোকমি তৌরি। য়েৎ থংবা মখুৎনা পাইরিবা লাইগী নির্মল য়াওরবা লৈগী মরি পানবা লিগী য়েন্দায় মচা অদু মঙোন্দগী শাৎকাইরকপা লৈগুম্না উরুরি। মহাক কনানো অহল অমগী মতুং ইনলদুনা অদুম চৎখ্রে, অদুবু ঐগী থম্মোয়দদি মহাক অদুম লৈহৌখি।

মেট্রিক পরিক্ষা থাগদৌবশিংগীদমক কোচিং ক্লাস অমা অথম্ননা তৌখি। স্কুলদুগী প্রিন্সিপালনা ঐবুসু ক্লাস খর লৌবিয়ু হায়বদগী ঐসু কোচিং য়াওবা চৎলি। ঐগী অহানবা ক্লাস লৌনবগীদমক চংলুবদদি খ্বায়গী মমাং থংবা বেঞ্চতুদা মহাক ফমদুনা লৈরমলে। ঐ ইঙক ঙকপদা নত্তনা ইপা পাখৎপা অমসু ফাওরম্মী। ক্লাসতা চংবদা পাখৎপগী মীহুন হুনবসিদি চহি মঙা-তরুকলোমগী মমাংদগী ফত্থ্রবনি, অদুবু ঙসিদি মৌ অনৌবিগুম রা ফাওবা কম্না ঙাংথোকপা ঙমলোইদৌরবগুম ইশোন শোঙ্গরকলি। ঐদা নত্তে, মহাকসুনি। ঐ খঙ্ঙৌ, মাগী মাইথোংদা ইকাই নুংশি য়াম্নবগী মমি তারি। মহাক ঐবু অসুম্না থেংনগনি হায়বা থাজরমদবা য়াই, অদুগা ঐসু থাজখিদে। নুমিৎতুগী ক্লাসতুমদি পুক্লিং লৈতানা ক্লাস লৌবা ঙমখিদে, মহাকসু মপুক্লিং ইতাও তাওনা লৈবগুম তৌখি। কাইনথংদবুদি মাসু থরায় য়াওখি, ঐসু পুক্লিং পেম্না তাকথোকচবা ঙমখি। অদুদগীদি ঐখোয় অনিসে খর নকশিন্নরা তিম্নরে হায়বা য়ারে, অদুবু মাসু ছাত্রি ওইনা অদুগা ঐসু ওঝা ওইনা। ঐগী পুক্লিংগী অয়োনবসিমদি মঙোন্দা

ফোংদোকপা ঙমখিদে, অদুগা মাবু খনদবসু ঙমখিদে। মাসুনি, হান্নগী মতৌগুম্না ইরাং পুবা মীৎয়েং অমসুং পুক্কিং ঈথক হৌহনবা মীনোত্তুংদি অদুম মরৈরি অদুবু মপুক্কিংগী রাহৈ অমত্তদি ফোংদোকললকখিদে।

নোংমা ঐনা ফমলিবা কাদুগী হেক থংনবা কাদুদা প্রিন্সিপালগা শান্নবা রারিদু হেক তারুরে, খংনিংবা অমা য়াওনা পারম্বা খবরদু থমলগা নাকোং থাঙ্গৎতুনা তারুই।

- "ওঝা, ঐসে কৃষ্টিনাগী মপানি। মাবু করম করম তৌরিবগে ওঝাখোয়না থেংনবিবদা? হৌখিবদুদসু সবজেক অমা নুংঙাইতে হায়দনা মখা তারকপা সবজেকশিং থাউ হায়বা য়াদদুনা তোকখোকএ। ইহান হান্না থাগদবা কুমদুনা টেবল টেনিস শান্নবা চৎলিবনি হায়দুনা দিল্লীদা চৎথোকলুবদগী লাইরিক পাহৌদ্রে হায়দুনা দ্রোপ অদুম তৌথোকলে। হনতক্কা শোইরবদি লাইরিক তম্বা তোকখোকও হায়রবনি।
- হনতকপুদি থরায় খর য়াওনা হোৎনবা মানলি। ওঝাশিংনা টেষ্ট মচা মচা লৌবগী রিপোর্টতদি ফিভম খর ফনা অদুম লৈরি। ঐখোয়না আশা চাওনা তৌরিবশিংগী মনুংদা মাসু অমনি। খজিক্কং চিংনরিবসি অঙ্কসিনি। অঙ্কাসিমদি খর শোনলিনে। চিনফা পুবা য়াবা সবজেকসু নত্তেদো।
- ঐনসু অঙ্কদু তাকপিগে হায়রিবনি য়াদেনে। ঐসু অঙাং খর হোম ত্যুইসন তৌই মদুদা য়াওসিনলু হায়বসু য়াদবা। অদুমকপু নুমিদাং নুমিদাংদি ঐনা নমদুনা খর খরদি হোৎহনলিবনি। খংদে ওঝা, ইতোন তোনবিনি হায়দনা ঐনা খরসু কেথোকহনলুরে। মানা হায়বতা য়ারুবসিদা নাও চাওথোকখ্রে।
- ঐখোয়গী মাইকৈদগীসু বেষ্ট লেবেলদা হোৎনরিবনি

পেরেন্টসকী মাইকৈদগীসু মপুক্লিং হন্দনবা হোৎনবিরকউ, শোয়দনা মাই পাক্কনিদা।

- ওঝাগী মচানা পরিক্ষা ফেল ওই হায়বদুদি কয়াদা ইকাইনিঙাইনোদো।

- হোয় হোয় মানি। ঐখোয়নদি ফহননিংঙিদো।

- য়াম নুংঙাইজরে ওঝা, ওঝাখোয়দা শিন্নজরিবসিনি। লম হেনলবসু হেক্তা ফুবিয়ু, চৈবিয়ু। (ছুটি থাবগী কাংসি মখোলদু তাবদুদা) ছুটি থারমানলে, অমুক চৎচরুখিগে ওঝা। (চৎখ্রমানলে, ঐনা খনখি, মেত্রিক্তা চহি অহুম তম্বসিননিদনা য়াম্না হৈ-শিংনা উই হায়রিবসিদি)।

থা অহুমলোম হৌখ্রে, কোচিংগী মতমসু লোইখ্রে। ঐখোয় অনিসু থম্মোয়দা ফোংদোক্লদবা নুংশিবা ময়াম অমা পুনদুনা অদুম লাপথোক্লরে, অদুবু ঐগী পুক্লিংদদি ইনক্তা নক্তুনা অদুম লৈরি, থম্মোয়গী মীৎনদি উদুনতা অদুম মরৈরি।

কুইরবগী তুংদা নোংমা ইথা হেক থাজদনা লাইরিক্কি মেলা তৌফম অমদনি মাগা থেংনখিবদো। মহৌশা মাগী তথক তথকপি মতৌদু ইহোং হোংলমদ্রি অদুবু মাগী শকফমদি নিংথিনা মপুং ফারমলে। মহৌশা মাম্না কেবসু নিংথিনা হৈরমলে। য়াম্না ফজথোকলমলে, তশেংনা মহাক নিংথিনা মপুং ফারবি ফজবি অমা হায়বদো ওইরে। মহাক্কী শাবান কলকনিঙাই ওইরে। ঐ নত্তবা কনানসু য়েংহননিংদবগুম খমবনজবা ফাওরকলি। ঐনা অসুম্না কলক্না য়েংজবদু মহাক্না খংলবগুম নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায়রকই - "সার মেলা য়েংলমলিরো?" মাগী বাহৈদুদা ঐ হুরানবা ফারবা মীশক্তুম তৌফম খংদনা ইক-আ তৌরদুনা খুমখি - "ঔঃ য়েংলমলিনে, করি লাইরিক লৈরবা?" মানা লাইরিক হাপ্পা প্লাসটিক্কী খাওদু থাংগৎলগা ঐঙোন্দা উৎলদুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়খি - "সার লোগী লাইরিকনে"। চুম্মী ঐ নিংশিংলকলে -

ঐনা ঐগী ক্লাসতা নোংমা মখোয়গী তুংগী আশা করিনো ? করি ওইনিংবগে হায়দুনা হংবদা মথং মথং মানা মানা নিংজবশিংদু হায়খি অদুগা কৃষ্টিনানসু হায়খি এডবোকেট ওইনি হায়দনা। ঐনা মাগী বাফম অদুদা পুক্লিং থৌগৎলদুনা নুপীশিংনা অইন খণ্ডবা য়ারক্তবা, হৈ-শিংবা অমসুং থৌনা ফনা তিং থোকপা পুন্সি মহিং অমা ওইনবা হায়খি। করি করিনো ঐ নুমিৎতো য়াম্না ঙাংখি। মানা থবায় য়াওনা মঙক নোম নোমদুনা মমিৎ কুপ্তুবমখৈ তাখি। অদুগা নোংমসু ছুটি থারকপগী তাঞ্জা অমদা ঐনা হায়খি - "কম্না হোৎনৌকো, অফবি উকিল অমা ওইবা ঙমনবা। ঐ নঙনা উকিল ওইবা ঙাইগদৌরিবনিকো!" ঐগী বাতাদুদা মানা নোকঅদনা - "মতমদুদদি সারদি খ্বাং কোনলনিয়ে।" হায়রম্লগা মহাক গেৎলোমদা অদুম চেন্থোকপ্রে। "সার করি লাইরিক থিবিরমলিবনো ?" হায়রকপদুদা ঐগী নিংশিংলম্বদু কাইরে। ঐনা ইথক থক্কৎনা - "থিরমদেদা সুম য়েংলম্বনি," ঐনা ফিভম খজিক্তং শেমলদনা অমুকসু মথা তারুই

- "য়াম কুইরেনেকো উম্নখিদবা, কমদৌরি ? উকিল তম্বা হৌরব্রো ?
- হৌদৌরে সার, হান্নদি গ্রেজুয়েড লোইরগা তমগে খনলম্বনি।
- অদুগা কৈদৌরবা ?
- উম ... উকিল পরপ পরপ ওইনিংঙঅবা (হায়রগা মহাক মহৌশাগুম কম্না নোকথোরকখি। ঐনসু নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়খি)।
- হোয়দা থবক ঙম্না তৌবনা শেল তানবা হানবা, শেল তানবা হানবনা পৈশাসু পাইবা, নত্রনে হা ? ....নমান্নবিসিগী মীংদি ...... ?
- কৃটিমালা।
- নবান্নীদি মীংসু হায়রপ মান্নে, বাখলসু তিন্নরম্নদৌবা মানলি। নঙসু উকিল তমদোইব্রো ?

- তমমোইদা সার, ঐদি কৃষ্টিনাদৌনা হৈতেদা।
- তৌরঅদৌনি মাই হৌনবি, বা ঙাংবদা মী পক্কনো ইবেম্মা।
- (ঐনা) ইহে, ঐখোয়দি সিদা সুম লেপতুনা বারি তৌ লৈরে, কান্টিন চংলুসি লাকও।
- (কৃষ্টিনানা) ইমান্নবিশিংদি মপান্দা লোইনা থোকখ্রে সার, ইবাননিনা লাইরিক অমা য়েংলিঙেদা কোনহৌরিবা। মতম লাকখিনিদা সার, থোকঅগে, কোম্না অমুক উম্নরসি।

বাহেশিংশি হায়রন্নগা মমাই লৈথোক্কুনা থোকখ্রে। ঐ হোয় মাই অমত্তা হায়খিদে, মানা চৎখিবদু য়েংদুনা অদুম লৈহৌরে। মহৌশাগুম মানা তুং হন্না অমুক্তং লৈথোক্কুনা য়েংলমলগা নোকফেৎ তৌরমবদুদনি ঐনা মঙলানগী ঈপাক অমদা কাখৎপা ঙমদনা ঈরাক্ক দুনা লৈহৌরিবা।

কৃষ্টিনাসে য়াম্না থুনসু শাওগল্লি অদুগা হছবসু য়াম্না থুই। থৌদোক অমবু নিংশিংলি - নোংমা ঐ ইতোমতা ষ্টাফ রুমদা হোম এসাইমেন্টশিংদু চেক তৌবা কন্না হোৎনরিঙেদুদা মানা করিনো অমা তাকপিয়ু হায়দনা গী গী হেক তকলৈ। ঐনা সি অমুক্তা লোইসিনখিগে, ছুটি থাখিবনা হানবা তারে হায়বগকা তাবিবা নত্তে। মানা হায়বা য়াদে হায়দনা মাগী লাইরিক্কদো ঐগী টেবিল মথক্কুদা থোক লংশিনলকইবনি, মানা পুরকপা ক্রেসচন ইবা চেনাদুসু শিংকুপ শানা শেগায়রগা ঐঙোনলোমদা লংশিনলমলিবনি অদুগা টিবিল মথক্তা থম্বা ঐগী ঈশিং থক্কবা বোটলদু থোক ইছুরমলগা মাগী মীৎচিদু ঐগী মীৎ তম্না ফৈরপ য়ুশিনলমলগা ফেৎ হায়দোক্কুনা চৎখ্রিবনি। কয়াদা মথোং চাখিদ্রিবনো? শাওসি কদায়, শাওনুসি কদায়। "উম নঙকো নঙ!" ঐনা ভকসি শোনবদু মহাক তাখিবরা তাদবরা থংদে, অদুম চৎখি। মহাক শাওখি। ঐ নুংঙাইহৌদে, য়াম্না নুংঙাইখিদে। মানা হায়বদো কোক য়েংবিরমলবসু ফগদবনি থনলকখি। অহিং চুপ্পা মাগীদমক থল্লুই, তুম্বা য়াখিদে। নোংঙানলগদি

ময়া ইহি হিগৎলদুনা ঐগী ইনাক্তা চংলক্লগা হায়রে- ""হেক নুংশিদবা।"" নোকমি নোকমি তৌরদনা অমুকসু মখা তারকই - ""ঐগী লাইব্রিকতো পিরকও সার""

- নঙগী লাইব্রিকপু ঐনা লৌবরনে?

- খংদে খংদে, লৌগেরা লৌরোইরা পিরকউ হায়রিসিনি। ক্লাসতা পুরকউকো, চংলমলগে।""

নমহায় হায়রমলগা মাগী মীৎচিগী ফৈরপ য়েংবা মীৎয়েংদু তৌরম্লগা নোকমি নোকমি অদুম চৎখ্রে। ঐ মাগী লাইব্রিক্তু পুরগা চৎপা তাখি। মানা অদুম ঙমখ্রে। মঙোন্দদি ঐসে ইশোন হেক শোহ্রে, করিগীনো খংদে মসে। মানসু হায়রিপোৎনি ""ঐনা ঙমলেদনা"" ঙসিসু ঐ মঙোন্দদি ইশোন শোহ্রবগুম অদুম তৌরি।

মহাক লো তম্বা হৌরে হায়বসি ঐগী মোবাইল ফোনদা পাউ পিরক্তুনা খঙহনলকই। ঐনা পাউদু তাবদা মথুম-মরাং হৌখি, পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওখি। ঐবু কাউবদি কাউদেদনা খনলুবদা থোইনা হেন্না ময়াই কাখৎলকপগুম তৌরি। মরক মরক্তা ঐখোয় অনি হেক হেক থেংনৈ। করিগুম্বদসু ঙাইহাক্তং ফমম্নিদুনা বারি-বাতাইসু অদুম মতৌনৈ। অদুমনদি ওইরগা ঐগী থম্মোয়গী বাসিমদি হায়বা ইঙম ঙমখিদে। ইতোমতা খোইরাংজবা, ইতোমতা লাংতক্লজবা, নিঙদোল পোমজবা নত্তনা ঐগী উপাই অমা লৈখিদবগুম তৌখি। খংদে মসিবু ঐগী নিংজবসি লম য়ৌদদুনা তৌরিব্রা? ঐখোয় অনিসি চহি খরদি খেন্নরে অদুগা ওঝা অমসুং ছাত্রিগী মরি মচা অমসু লৈশিন্নরে, মসিমক্লসু ঐনা পাখঙ ওইজরবসু ঐগী পুক্লিংগী বাসি তম্না ইঙম ঙমদবনি, অদুগা মাবু কাউথোকপা, নিংশিংদবা হায়বসিমসু ঐ শুকঙম ঙমখিদে। হৌজিকসুনি মাবুতা নিংশিংলগা পোথাবা ওইরি, মাবুতা খনলগা নুংঙাইবা ওইরি। মাবু হেক থেংনখিবা নুম্নিৎতুদগী, থৌদোক্তুদগী অসুক শাংলবা মতম অসে ঐনা মাবু ঙাইরকলি, কনা খঙহন্দবা ইতোমতা নুংশি মুর্ত্তি ওইনা থম্মোয়নুংদা থমজদুনা আশা কম্বাগা লোইননা।

কৈশামথোংদগী স্কুল পুমিন্নবি ওঝা অমগী লুহোংবগী পোৎপাং পিথোকউগে হায়দুনা চৎপনি। ইমাইবেম্মা থোকলক্লুনা ঐবু তরাম তরাম তৌদুনা কা মনুংদা চংলকনবা হায়ররে। ঐনা সোফাদুদা ফমথ ফমথনা হায় - "ইমাইবেম্মা, ঐসে ঙারাং ওঝা ময়াম চৎখিবদুদসু য়াওবা ঙমহৌদ্রে, য়ুমদা ইনাওনুপাগী মচা অমা হয়েংসি চুড়া-করন তৌগদৌরিবা অদুগী খর চিনলবা"।

- হৌজিক্তি মতমনিদো ফাইরেন লমতানিদনা। ঐখোয়গীসিদসু অনিনি হয়েংসে ঙনবা ত্রান্নগদৌরিবনি। ইচানুপীদো অবাংগীসিদা মমান্নবি অমনা চাক কৌরি চামিন্ননি হায়দনা চৎখ্রিয়ে। লোইরমলনি লোইরমলনি ঐ কৌহনলুরগে। (তঞ্জদুদা ইমুংলোমদগী কনানো অমনা কৌরকপদুদা) "ইবুংঙো ঙাইহাক্তং ফম্মুকো" হায়রন্নগা থোকখ্রে। ইতোমতা ইচিক চিকনা ফমবদুগী তঞ্জা লৌরগা ফক্লংদা থেৎলিবা ফোতোশিংদু মথং মথং য়েংলিঙেদুদা মী অমা চংলকলি হায়বফাও খঙহৌদ্রে। "সার চা, চা পাইসি" খোঞ্জেলদু তাবদা খঙপ্রেক খঙনা লৈথোরকপদদি কৃষ্টিনানা লেপলগা য়েংদুনা লৈরম্বদুগা হেক মিৎচান্নরুরে। ঐনা থাজদবা মতৌদুদা খংহায় হায়দোকখি -

- এহ! নঙদি সিদা কমদৌনা?

- বাবাগা পোকমিন্নবা ইনেগী য়ুমনে। (ইমাইবেম্মদু ঙাং ঙাংদুনা ইমুংলোমদগী থোকলকই) -"ইবেম্মা কৃষ্টিনা, ইনে নচেসু কৌরমলগে অদুগা মনিংগী নবোক চাউবিখোয়দা ঙাইহাক্তা চৎলুগে, মী লাক্লবদি ঙাইহনলম্মু, ঐ কুইরকলোইকো।" থোংজিন ময়াদুদা লেপলগা ঐঙোন্দা ওন্সিনলদনা অমুকসু - "ইবুংঙো, ফমলমথোকো, ইমাসু কুইরকলোই" হায়রমলগা থোকখ্রে। ঙাইহাক্তংদি ইচিক চিকই, অচিকপদু থুগাইরগা - "সারবু কয়াম কুইনা পাখঙ ওইখিদৌরিগে? মীগী খর চৎ, খর য়েং তৌদুনা লৈবদুনদি সারগী পাখঙসরি হায়বা ফমদু হায়দোকপা ঙমলোয়দা!

- কমদৌনি ইবেম্মা, খাংতারেদনা। লাইবক্কদি নেম থম্মোয়নদি বাং হায়দু তারে।

- অদুবু কানানো হায়বা ? ঐখোয়সু মতেং পাংবা য়াবা পাংনি কৈনো।

- পাউবু ফাওনদ্রিদা, ইবেম্মা।

- নপাংদি পাংজদ্রগা, নুপা মানদবো !

- এহঃ ঐবো ? কনা হায়বা ঐবু নুপা মানদে হায়দি ? ঐ নুপানিনে, থাজদ্রগা য়েংগেরা ?

- "চো - ইকাই খঙদবসিদি" হায়রগা মখুৎনা পাইরম্বা চোৎলি চোৎলি তৌবা তারেলদু ঐগী মাই তম্না থোক লংশিনলকই। মাসু ঐসু নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরে। ঙাইহাক্তংদি ইচিক চিকই। - ঐনা চাগী কপ্পু থাংগৎতুনা অমুক্তং চিংলগা -"উমঃ চাসিদি" হায়রগা ঐগী শুগৎতুনা খাংলিবা মতৌদু উরগা মানা পাখৎনা - "হৈমা কৈদৌরগে ?" ঐনা ফিভম হনজিনলগা - "হেক নুংশিদবা ! য়াম হাওবদো, 'সিগুম্বা চাসিবু ঐখোয় য়ুমদা কৈদৌঙে লোনলগা পিথক্তোইনোনা হংনিংলকইবা"। মতমদুদা মপানলোমদা মী লাকপগী মখোল তারে। ফুক হৌগৎলগা ঐগী য়েৎথংবা পাম্নোমসিদা খুৎশা অনিনা তাপ পাইসিনলগা শিকলৈ অদুগা নোকফেৎ তৌরদনা ফৈরপ তৌবা মাগী মহৌশাগী মীৎয়েংগী মীৎচি অমা য়ৈশনলমলগা থোকখ্রে। ঐ তৌফম খঙদনা মানা থোকখিবদু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌরে। ঐনা ঙাইরিবা ওঝাদু চংলক্তুনা ঙাইহাক বারি বাতাই তৌদুনা ফম্মীম্নরে। পোৎপাংদু পিরমলগা কাদুদগী থোকলকলে। থোঙ্গালদগী ঐনা লৈথোক্তুনা অমুক্তং য়েংশিনলুববু কৃষ্টিনানা আ— মাঙোল উথোকতেন্দা ঙারদুনা লেপলগা য়েংলম্বদুগা মীৎচাম্নথোকউরে। মাসু ঐসু নোকফেৎ তৌনৈ।

১১ ।৫ ।০৬

# মীনা মীদা

সানাহনবীগী মপুরোইবদু লোম্না ফুমদুনা থমলম্বা বোম অমা সিফাইগী গাড়ী অমনা হেক লাহোকখিবগা পোকথায়রকপদা বোমগী মচেৎকা সিফাইগী নোংমৈ শুল্লিগনা পান্দুনা লৈখিদবনি। মচানুপী চহি ফাবাৎত্রিবি অদুগা সানাহনবীগদা ৱাহৈ অমফাওবা হায়রম্বা নংদনা অদুম চৎথ্রবনি। মনাওনুপা য়াইমাগী নুপী থম্বালশংনা করি করিনো হায় হায়দুনা সানাহনবীগী মমানা লৌরুবদগী মচা পিশক্তুগা মপামদা লৈরকপা চহি তরেৎ-নিপানলোম ফারক্লে। মপুরোইবা লৈখিদবগী এক্স-গ্রেসিয়া ওইনা ফংবা লুপা লাক্ষ অমগী মনুংদা মানা শেল ওইনা ফংখিবদি লুপা লিশিং মরিফুমঙা খক্তনি। পুম্নমক মনাওনুপী থম্বালশংনা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনবিরিবনি ফমনপ্রে খনতোকই। মকুবোক্লা "শেলফমদু করিনো তৌদনা চাওথোক্লবা হোৎনৌ ইশুনুপীসি লেম্না মাংহনবা য়াবা নত্তে" হায়দুনা শিকি অমফাও লৌবিখিদে। শেলফমদু মনাওনুপী থম্বালশংনা মখোয়গী ওফিসতা থবক তৌমিন্নবিশিংদা পুথোকপিগে থাগী শেন্দোয় শোয়হনলোই হায়দুনা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রে লৌখি। অহানবা থা অমা অনিদুদি শেন্দোয়নি হায়দুনা লুপা লিশিং অনি অনি পিরকঅম্বনি অদুবু হৌখিবা থা অহুমসি শেন্দোয় পিরক্লে হায়দুনা হংলুবদা - "নচাবু তাই পুন্দুনা স্কুল কাহনলিবা, ইচেনা পৈশা মানা অমা থোক্ত'খৈ ফমজা চারকলিবা অসিবু কয়াম কুইরবগে? নঙগী লুপা লিশিং অমা অনিদুনা কৈদৌনদৌরিবনো হৌজিক্তি মতমদবো? নবেম্মা ঐ ওইবগীনিকো হায়বদি খনদেনে" হায়রে। সানাহনবিসু মচিন পেন্না খুমনিংবনি - "ইমা ইচাতগীদি ইমুংগী কুপনোম ময়াম অমা তৌনা তৌনা ঐনা ফিশা লোনশা তৌজরিবা অসিনসু হেন্দোক্লা মকোম্নজরবনি। ইবেম্মা ওফিস ৱালিনা চারম্বগী লুখাকফাও

শেংলিবনি, নখোয়গী নরন পায় অঙাংবি অমাগী মান শিজিন্নবা নত্তে" হায়না অদুবু খুমুদ্রে। মপুরোইবা লৈত্রবি নুপীমুক তোনবি সংসার অসিদা অনি সুনা লৈরমখিগদ্রা? মথম্মোয়দা খুদুম্না শুজিনজদুনা ও-খোংনা কপ্পুনা থাংজবা নৎতনা উপায় অমা লৈত্রবগুম খনজখি। মকুবোক্না - "ফত্তে তৌনু, ফরবসু ফত্রবসু নচেনি, অদুগীসু মথক্তা মরাইবক থিজরবিনি" হায়দুনা খামজিনজে হায়দু'ঙাই কান্নদে, অহন অমনি হায়বগী মাই মচেৎ অমা য়েংবিদ্রে। য়াইমসু অদু মঙাই মতৈমনি হায়না খন্দ্রমানলে, মাগী নুপীনা উঙবা খুদোম্বীগী মাইকৈদা চৎখ্রে। থৌদোক অদুদগী সানাহনবি মপামদা হনলকখিবনি।

ঐনা স্কুলদগী হনলকপদা সানাহনবিগী দুকান মপা য়ৌরকপদুদা সানাহনবিনা কৌশিনলক্কুনা চংলে। ঙসিদি সানাহনবিগী মাইথোংদু য়াম্না মকা লাম্না উই। পিশুমদা মীৎপান্দা কাজল পানা য়েকই, চিম্বান্দুসু লিপস্টিক হায়ফেৎতং নানশিনখিবগী মমি তাই। থোইদোক্না য়েংবা নুংঙাইহনলিবদি য়েৎথংবা নাকন্দা পৈরপ্না থেৎলিবা শমজিগী নাচোমদুনি। মনাক্তা চংসিনলগা ঐনা হায়রুই - "সানাহনবিসি ঙসিদি রাখল নুংঙাইবা মানলিদা।" নোকফেৎ তৌরদনা মানা খুম্মী - "রাদুনা ঙাক লৈবা য়াবরদো? নোং-ফাদোক ঐখোয়সু নুংঙাইথোকপা য়াইনা।

- হায়গুম্রদনা সানাহনবি নঙসে নহানমখৈগা মাম্নদ্রেবো, ঙসিদি ওহোক্না য়েংবা নুংঙাইগ্রে। নাচোম্না নাচোম ফজরিবা, হো -, অদুম হায়না খরসু মকেথোকউদনা হা? (নোক্লগা) ঙসিদি পোৎশিং ফরমদৌবা মানলিবো?

- [illegible] অমত্তা লানজগে, ঐবু থাগৎপিরিবসি তা'মচা [illegible], সিদবু [illegible] [illegible]ন্দবা য়ারিবরদো? শোমদা মনুংদা চংলকও, [illegible]নোমমসু য়েংহনগে'রা।

ঐ মাগী দুকান মনুংদা চংলে, মোক্না অমা লৈরিবদু থিতং



# অইবগী ফোংনবা থৌরাং তৌরবশিংদি

১)  মাইখুম  (উপন্যাস)

২)  (ৱারিমচাশিংগী পুন্সিনবা)

৩)  লাকানুংদা  (ঈশৈ শৈরেং)